# पहला राजा

## (পহলা রাজা)

# অহানবা নিংথৌ

জগদীশচন্দ্র মাথুর


হিন্দীদগী হন্দোকপা ঃ-

সৌগাইজম নবচন্দ্র সিংহ

লম্বোইখোংনাংখোং, উবিপোক কাংচুপ বোড



মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল।

(পহ্লা রাজা)

# অহানবা নিংথৌ

জগদীশচন্দ্র মাথুর

হিন্দীদগী হন্দোকপা ঃ-

সৌগাইজম নবচন্দ্র সিংহ

লম্বোইখোংনাংখোং, উবিপোক কাংচুপ রোড



মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল।

(গল্প গ্রন্থ)

# অহানবা নিংথৌ

ফণীন্দ্র বসু

***Translated by :***
Sougaijam Nabachandra Singh

***Published by :***
Sougaijam Books Publication
Uripok Achom Leikai, Imphal
On behalf of
Manipur Literary Society, Imphal



First Edition
January, 2013
Second Edition Dec. 2013

No. of Copies = 500
ISBN:- 978-93-81800-32-4

Price: Rs. 130/-

Special Hard Binding Price: Rs. 160/-

Printed at :- NAOREM PRINTERS
Uripok near oil pump.

(পহলা রাজা)

# অহানবা নিংথৌ - জগদীশচন্দ্র মাথুর

*ঐগী শাগৈ- নাতৈগী মহারোলশিংদা*
*হায়নিংঙাই লৈতনা*
*কান্নবা পীবিধিবা*
*ইলাহাবাদতা লৈবা জবাহরলাল নেহরুবু*
*নিংশিংলুবদা।*

হিন্দীদগী হন্দোকপা ঃ-

**সৌগাইজম নবচন্দ্র সিংহ**

লেকচরর,

হিন্দী টিচর্স ট্রেনিং কলেজ

ইম্ফাল।

# সেক্রেটরিগী ৱাহোল

মনিপুরী লেটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল, অয়াম্বা নহা ওইরিবা অইবা - অইবী কযাগী খোর্জেলোলগী লুপ অমনি। লুপ অসি নহা ওইরিবা অইবা অইবী কয়ানা খৃঃ ১৯৮৫ ইংদা লিংখৎখিবনি। ঙসিদি মনিপুরী লিটরেরী সোসাইটি ইম্ফাল, মনিপুরগী মনুং অমদি মপালগী অইবা অইবী কযাগী খন্ন- নৈনফম ওইরে। সোসাইটি অসি সাহিত্য একাদেমী নই দেল্লিনা শকখঙলবা খোর্জেলোলগী লুপ অমা ওইরতা নত্তনা লুপ অসিগী অইবা অইবীশিংনা ইবা ফজরবা মখল- মথেলগী লৈবাং চাবাশিংনা মনিপুরী খোর্জেলোলগী লৈকোলদতা নত্তনা ভাবতকী খোর্জেলোলগী লৈকোলশিংদা ফাওবা মকা ফন্না লৈশাং তল্লে।

লুপ অসিগী অইবা অইবীশিংনা ইবা তোঙান- তোঙানবা লাইবিকশিংদা তোঙাল- তোঙালবা লূপ কযানা পীবা খোর্জেলোলগী মনা কযা ফংনখ্রে। সাহিত্য একাদেমীনা পীবা খোর্জেলোলগী মনা লূপ অসিগী অইবশিংগী লাইবিকশিংদসু ফং যাওনখ্রে। খৃঃ ২০০১ ইংদগী হৌনা মনিপুরী লোল অমদি খোর্জেলোলবু যোকখৎলিব অইবা অইবীশিংগী অফবা লাইবিক খনগৎতুনা লূপ অসিনা অইব অইবীশিংবু পুক্নিং থৌগৎপা ওইনা চহী ২/২ কান্নবগা 'সেবাম মুক্তা মনা' পীদুনা লাক্লি। অসিদসু নত্তনা থ ৬/৬ কী ওইনা খোর্জেলোলগী চেফোঙ 'সাহিত্য লৈচল' ফোঙলি। লোযননা মতম মতমগী ওইবা সাহিত্যগী সেমিনার, ৱার্কশোপ কযাসু পাঙথোক্লি।

অইবা শ্রীএস নবকুমার সিংহ মহাক্না ইহান হান্না ডাঃ রামকুমার বর্মাগী ৰৎসনিংথৌ উদয়ন, অনী শুবকপদা লক্ষ্মীনারাযন মিশ্রগী 'সিন্দুরগী হোলী' অহুমশুবকপদা ডাঃ রামকুমার বর্মাগী 'একাঙ্কী খরা' মরিশুবদা কহানী কিরন (মঙাল নাইব ৱাবী) মঙাশুবদা গিরিশ কারনাডকী 'যযাতি' অমসুং তরুকশুবদা 'লৈবাং অনী' (হিন্দীগী এসেশিংদগী হন্দোকপা) লাইবিকশিং অসি হিন্দীদগী হন্দোক্নুনা ফোঙখ্রে। হন্দোকলোয অসিগী 'অহানবা নিংথৌ' কৌবা হিন্দীদগী হন্দোকপা ফম্বাক কুম্মৈগী লাইবিক অসি থাবর্গাদ মশাগী লাইবিক ৭ শুরে। লাইবিকসিমকসু হান্নগা খৃঃ ২০১৩ জানুযারীদা ফোঙখ্রবনি। সোসাইটিনা অমুক হন্না ৮২ শুবা লাইবিক ওইনা লাইবিকসি অনিশুবা খুৎনমদা পুথোকচবনি।

লাইবিক অসি খ্বায় তবাগী মফমদা অফ- ফত্ত অচুম অবান নৈনবিনবা শিন্নজবি।

শামুঙৌ থোকচোম
জেনরেল সেক্রেটরী
মনিপুরী লিটরেরী সোসাইটি
ইম্ফাল।

# (পহলা রাজা)
# অহানবা নিংথৌ



মীওইবসি মঙাও তিন্নদে হায়নৈ। সাহিত্যদা ঙাওবা য়াও, নিশাদা ঙাওবা য়াও, নুপীদা ঙাওবা যাও, শেলদা (স্বাবদা) ঙাওবা য়াও, ওল্লোক্লা য়ামল্লে। সংসাবগী মীয়ামসিনা ঙাওনবিবা ময়ামসি লোয়না ইবা তাববদি ঐনা হায়নিংলিবসি ফোঙদোক্লবগী মফম লৈববোই। সাহিত্যগী মখলসু ওল্লোক্লা য়ামল্লে। হায়বদি সাহিত্যদা তোঙান- তোঙানবা বিধা (মখল) উপন্যাস, ৱাবীমচা, নাটক (লীলা) নিবন্ধ (এসে) লমকোয় ৱাবী অমদি শৈবেংনচিংবা কয়া অমা লৈবিবনি। মসিদা উপন্যাসতা ঙাওজবা, ৱাবীমচাদা ঙাওজবা অমদি শৈবেংদা ঙাওজবা অমদি নাটক্তা (লীলা) ঙাওজবা মখল- মখলনি। ঐগী ইবেম কৌবী ছাত্রী অমা লৈ, মানা লীলাদা ঙাওজবসি অঙকপনি। মাদি পবিক্ষা মনুংদসু লীলা য়েংবা অদুম চৎলি। পবিক্ষাদি কোন্না অমুক থাবা যাই য়েংহৌদ্রবা লীলাদুদি অমুক উবা ফংলবোই। লীলা অমা অমুক হোংদুনা শান্নখিনি হায। মসি মাগী অঙকপা হৈনবী মখল অমনি। মী- মীগী অপাম্বা হৈনবী হায়দুনি ঙাক্বাক কোল্লগা তুম্বা মীসু য়াওবম্বা য়াই। ঙাবি মনম্না নাওশুম ঈশৈ ওইবগা অঙাংশুম তুমথবম্বসু য়াই।

ঐসু মযামসিগী মনুংদা নাটক্তা ঙাওজবা মীশক অমনি। মঙদফাওবা নোংমতা উখিদ্রিবা বাবন্দু দ্রামাদা মী অমনা শাবকপদা বাবন মাল্লিকো হায়বিপোৎনি। টি বি.গী সেবিএলদা মহাভাবতকী কৃষ্ণ শাবসি মাল্লি পকচৈসু হাযবিবনি। কৃষ্ণদুদি অঙাং ওইবিঙৈদগী শোল্লকপনি নোংমতা মশক উজগে ফংজদে। উশু- উদনা কবম্না মাল্লি হায়বিবনো ঐ খঙজদে। মীয়ামসু অদুম হায়নৈ, ঐসু অদুম্মক হায়।

দ্রামাদা ঐনা পামজবসি মকওইনা দাইলোগনি। ফজ- ফজববা দাইলোগ তাক্বগা চাবা তুমদবদু তুমখিদুনা চাক লাম্মকইবনি। চাক লাম্মম্বসু কাওখিদুনা অমুক পুক থন্না চাববোই নিংঙকই। মসিনি লীলা- দ্রামাগী মগুনসি। মনিপুবগী অফাওবা কবি অমনদি দ্রামাগী লাইবিক পাবসি হৈনদে হায়না খববদা ইবকখি। মাদি শৈরেংগা চাক্কা তোৎলগা চাজগে, স্বব হোনবদসু শৈবেংগা পুল্লগা হোনজগে হায়না খঙবা কবিনি।

ঐদি শৈবেং পামদবা নত্তে, পাবদা পাক হেক খঙবা ঙমদবগী ৱাফমদুনি। শৈবেংদা শব্দ শক্তিগী লক্ষনা, বঞ্জনা য়াম্না শিজিন্নবনা খঙবদা ৱানা থোকপা, ইমেজেবি অমসুং আইবোনিকেল ওইবা ৱাহৈ - ৱাতা ময়াম য়াওবকপা অদুননি। মোর্দন ইল্লেগোবি ওইবা মওংদা ইবকপনসু ওইবা য়াই। 'অহানবা নিংথৌ' হায়বিবা নাটক অসিসু মদুমক্রি। পৌবানিকসু মাল্লি, ইতিহাসিকসু মাল্লি, আধুনিকসু মাল্লি, ইমান্দা মাল্লি। মসিগুম্বা লীলাসি মীযাম্না প্যবদা ভাব তাবদি ৱাগম্লি। মসিননি কবিদুনা দ্রামাগী লাইবিক পাবা হৈনদে হাযখিবদু। অদুবু কুপ্না শাযবগা ওইনম্বা অমা ফাওবকপগুম মুন্না পাবীববদি মহাও অমদি শোযদনা ফংবীগনি। পাবীববশিংনসু নাটকসি অমুক্তং খল্লুবীবগা পাবীদুনা মহাও অমদি শোযদনা ফংবা ওইবীয়ু হাযনা নোল্লুকচবি।

হন্দোকলোয় ঃ-

সৌগাইজম নবচন্দ্র সিংহ



মকপ- মপাং কয়ামকম্না ঐঙোন্দা হংঙি- অদোমগী অনৌবা নাটকতুবু ইতিহাসিকলা নত্রগা পৌবানিকলা অদু নত্রগনা বিএলিষ্টিকলা?

নাটক ইবা খুদিংনা মশাদা থেংনবকপা লৌশিং ঙাক্লদুগী নুংগী ওইবা সমস্যাশিং অমদি মওং- মতৌশিংদুনা নুংনাংহল্লি, অদুগা মখোয়শিংদু মশক থোকপা ওইননবা মহাক্লা পাত্রশিং, অমদি থৌদোকশিংদু থিবি। মখোয়শিংদুবু লীলা ফম্পাক্কী অকোয়বদা লৈহন্নবা হোৎনবি।

মসিনি ঐনা লিলাসিদা তৌজবিবসি ।

মকওইবা পাত্র অমদি থৌদোকশিংদু ঐনা বৈদিক অমদি পৌবানিক সাহিত্যদগী লৌই। অদুবু মবম অসিদগী নাটক অসি পৌবানিক হায়না কৌবদি য়াবোই। ব্রাহৌদোক্কী শরুক খবদা শ্লোক খবদি মোহনজোদড়ো হড়প্পা সভ্যতাগী লৈতৌ ব্রাবীগা মবী লৈনৈ। অদুমকপু মসিনা নাটকসি ইতিহাসিকনি হায়বদি যাদ্রি। ব্রাবী- ব্রাতাই শানবগী মওং খবদি হৌজিক্কী মতমসিদা ঙাংনবিবা লোন্দা- পুদাদা ইবি, ঈশৈশিংদুসু ফোঙ্ক কী মওং মাল্লি। অদুবু মবমসিখক্লা নাটকসি বিএলিষ্টিক্কী মওংনি হায়বসু যাদ্রি।

বৈদিক অমদি পৌবানিক সাহিত্য, পুবানগী ওইবা অমদি ইতিহাস, লোকগীত অমদি ব্রাবী শানবগী মওং খুদিংমকসিদা ঐনা প্রমান চাবা মচাকশিং ফংই, সমস্যাশিংদু ফোঙদোক্লবগীদমক মখোয়শিংদুগী মতেংদগী ঐহাক নাটকসিদা পুক্লিং লুপ্তুনা লৈজবিবনি।

সমস্যাশিংদু মতম পুম্নদা আধুনিক ওইবি, চমম্নবিবশিংদুদি ঐনা থেংনখ্রবা অশেংবা থৌদোক ঙাক্তনি।

অদুনা নাটকসি পৌবানিক নত্তে, ইতিহাসিকসু নত্তে, অদুগা বিএলিষ্টিকসু নত্তে। মসিদি মোর্ডন এপ্লেগোবি (মতমসিগী অমদা হায়বগা অতোপ্পা অমা খঙনবা) ফমপাক্কী লীলা মওংদুনি।

ঐনা অনৌবা ব্রাফম অমা হায়জবা নৎচদে। বর্নাড শো (জোন ওফ আর্ক) ক্রিষ্টোফব (ডি ফার্ষ্ট বোর্ন), ডি এস লোবেন্স (ডেভিদ), জো এলুট্টি (ট্রোজব ব্রাব), ব্রেষ্ট (গেলিলিও) নচিংবা তোঙান- তোঙানবা নাটককাবশিংনা থায়নগী পাত্রশিং, থৌদোকশিং অমদি লৈবম্লিবা ফিভমশিংদুগী মতুং- ইন্না লীলা ফমপাক্তা মতম- মতমগী সমস্যাশিংবু তোঙান- তোঙান্না খায়দোকই। থোইদোক্লা নৌবিবা ইটালিগী ফিল্মগী ডাইবেক্তব

পাসোলিনীনা ফিভমসিমক্তদা যীশু খৃষ্টগী পুন্সি ৱাবী অমদি অকোয়বগী ফিভমগী মতুং ইন্না হৌজিক হৌজিক ওইবিবা পুন্সিগী অশোয়বশিংদু উৎতুনা তাক্লি।

অহানবা নিংথৌসু অসিগুম্বা মখলগী লীলানি। থোইদোক্লা পুক্লিংদা চিংনজবা অমদি নোল্লুকচবগা লোয়ননা ঐনা থম্মোয় শেংনা লীলা য়েংবীবিবশিং অমদি পাবীবিবশিংগী মফমদা নিযম কয়াসি চাংয়েং তৌদুনা য়েংজগনি, মবমদি তশেংনা চহি য়ামখৎলকপা অমদি থেংনকবা জ্ঞান- লৌশিংদুতা নত্তনা চাংয়েং তৌদুনা য়েংনিংবগী হৈনবীদু ঐঙোন্দা লৈজে, অদুম ওইনমক মতিং লৈবা অমদি হবাও- তযাম্বগী নুংশিৎতুনা ঐবু হুমদুনা পুবদি ঙমদ্রি, মদুদা তোংলগা ঐনা শিঙনবগা লোয়ননা ঐগী লাইবিকশিংদুগী অনৌবা মওং- মতৌদু লাউথোকচবসু ঙমদ্রি।

জগদীশচন্দ্র মাথুর

নঈ দিল্লী

জুন । ।১৯৬৯



| (নুপা) | (নুপী) |
|---|---|
| ১। সুত্রধাব (লীলা শিল- লাংলিবা) | ১। নটী (লীলা শিল- লাংলিবী) |
| ২। গর্গ | ২। সুনীথা |
| ৩। অত্রি | ৩। মনাইনুপী |
| ৪। শুক্রাচার্য্য | ৪। অর্চনা |
| ৫। সুত | ৫। উর্বী |
| ৬। মাগধ | |
| ৭। পৃথু | |
| ৮। কবষ | |
| ৯। অহানবা খুল্লাকপা | |
| ১০। অনিশুবা খুল্লাকপা | |
| ১১। অহুমশুবা খুল্লাকপা | |
| ১২। অতোপ্পা খুল্লাশিং | |
| ১৩। বালখিল্য | |

# অহানবা নিংথৌ

## (অহানবা তাঙ্কক)

(মৈঙালদুনা সুত্রধাবদা য়ৌবি, অদুগা সুত্রধাবনা ভাবকশিংদা হায়বদুনা খঙহল্লি।

সুত্রধাব ঃ- থা অমদি থব্রানমিচাকশিংগী মনাক য়ৌনিংবনা লাংতক্লববা নঙগী অয়াংবা শগোলগী মখোঙদু থাংহন্নবগীদমক মপান নাইদ্রবা শক্তিবু শিজিন্নবিবা লমদমসিগী অপঙবা বৈজ্ঞানিকশিং, লাক্লো ঐগা লোযননা নকোক্তু নোম্বক্লো।

হবাও তযাম্বা, অব্রা-অনা, পুক্লিং-পেনবা, থব্রায ব্রাবা, অকনবা ঈথক-ঈবৈ, অমদি অপিকপা ঈশিং চাইবীদুনা নঙগী কল্পনাগী মশক ওইববা চুমথাংদু খল্লিবনি, মখোযশিংদুবু নখুৎমক্লা লংখৎলিবা লৌশিং যাওদ্রবা অপঙবা কবিশিং, লাক্লো, ঐগা লোযননা ঈশিং খুজোক কৎলসি।

মীকুপ অমদা যুগ কযাবু মঙাল পীবিবা অমদি লোইনাইদ্রবা অহাংবা মালংদা মখেল থোক্তনা লাউবিবা, নঙগী খঙনিংবগী নোংথাং অমদি অমঙবা নোংগী মপৈনা ব্রহ্মাণ্ডগী মাযকৈদা পাইবি, অদুগুম্বা নোংগী হৌবকফমদুবু খঙদ্রবা অপঙবা ফিলোসোফবশিং, লাক্লো, ঐগা লোযননা লাউবসি।

লাক্লো, লৌশিং, কল্পনা অমদি পুক্লিংদগী পোকপা খুদিংমক লাক্লো, ঐখোয পুন্না খুকম্লসি । (লিলা পান্নবী থোবকই)

নটী ঃ- নাটক হৌবকপদা হৌজিক কালসিবু লাই-খুকম্নব্রা?

সুত্রধাব ঃ- নহাক অনৌবনি হাযবসি যাবগে মোর্দন ওইবে অদুবু নিংশিংগদবদি

নটী ঃ- নঙনা থাযনগী সুত্রধাব, কনজবভেতিব ডিবেক্তবগী ফিজোল শেৎলগা লীলাগী ফমপাক্তা থোবকপনি। অদুবু আর্যমচা ধলক থিনফমদা তেনব্রা মবোলদৌনা নথম্ভগী খোঞ্জেলদা খুকমজবদু কনানা তাবিগনি?

সুত্রধাব ঃ- নটী, মবম অসিনা ঐনা লাউবিবনি, ঐনা কৌবিবনি, বৈজ্ঞানিকশিং, কবিশিং অমদি দার্শনিকশিংবু মবমদি মখোয়না লাক্লগা ঐগা পুন্না কোক নোম্দুনা, খুৎ লোন্নবগা অমত্তা ওইবা খোঞ্জেলদা........

নটী ঃ- ওকচবে, নঙনা মতমসিগী সাইনতিস্ত, পোইট অমদি ফিলোসোফরশিংগা পুল্লগা ঈশ্বরদা পার্থনা তৌগনি থল্লি ঈশ্বর মাগী থবক্কুবু হৌজিক ফাগী তাদ্রিববনে? তশেংনা তাববনি!

সুত্রধাব ঃ- ঐহাক ঈশ্বববু খুকমজবস্না নত্তে।

নটী ঃ- অদুদি, শক্তি লৈবদুদা

সুত্রধাব ঃ- মহাক্না ইল্লকপদা সেটিলাইট অমদি এপোলো কযা থাদা যৌথ্রবনি।

নটী ঃ- ঈশিং ঈপাক্কুনা.

সুত্রধাব ঃ- মাগী ঈথক্ ইপোমদুনা কবিগী কল্পনা পোকহল্লিবনি।

নটী ঃ- চিন্তাগী লৈচিল- নোংফাইশিংদুনা.

সুত্রধাব ঃ- মদুনা কনখৎলকপদা লৌশিংগী নোংথাং পোক্লকইবনি। কদাযদনো মখোযগী লৈফমদু? মখোযগী হৌবকফমদু কদাযদনো? কদোমদনো

নটী ঃ- কদাযদনো মখোযগী লৈফম? কদোমদনো মখোযগী হৌবকফম?

সুত্রধাবঃ- ব্রাহং কযানা থল্লবা ঈহৌবক্লিবা তুবেলসিদা হন্না- হন্না পাওখুমগী থোং শাবি .. .. অদুগা হন্না- হন্না তেক্লি।

নটী ঃ- অদুম ওইনমক ব্রাহংগী ঈচেলদুদি লেপ্তুনা চেস্থবি।

সুত্রধাব ঃ- অদুগা পাওখুম্না ঙাওচৎনবি... .. ঙসিদগী চাওবাক্না চহি লিশিং মবিবোমগী মমাংদা থোকখিবদুগুম্বনি।

নটী ঃ- কদাযদা. ......

সুত্রধাব ঃ- ব্রহ্মাবর্তদা ।

নটী ঃ- ব্রহ্মাবর্তদা?

সুত্রধাব ঃ- যমুনাগী নোংচুপথংবদা, সবস্বতী অমসুং দৃষদ্বতী তুবেলশিংদুগী লমদমদা ।

নটী ঃ- সবস্বতী অমদি দৃষদ্বতীদি শুপ্নতগী মমিংতা মঙাইববনি।

সুত্রধাব ঃ- অদুবু মতমদুদদি? মতমদুদদি ব্রহ্মাবর্তদা থৌদোক- ব্রাথোক কয়া থোকখি...... মশিং ওঙ্খোক্লা য়ামখ্রে. ... মীওৎ- মীনৈ, লালহৌবগী ঈবাং, মীহাৎ- মীপুন, অদুগা...... ... .
(নুংশিববা যন্ত্রগী ঈশৈ তাবকই)
(মৈঙালদুনা সুত্রধাব অমদি নটীদগী হন্দোক্লগা ফমপাক্কী মযায থংবা শকক্তা শন্দোকখি অদুগা ব্রহ্মাবর্তদা স্থানেশ্ববগী মনাক্তা লৈপুং অমা উবা ফংঙি, ফমপাক্তুগী খ্বাইদগী মনিং থংবা শকক্তা সীডিশিং অমদি মখোযগী মথক্তুদা চুথেক মবি লৈবা লৈপুং অমা লৈ। লৈপুংদুদা মী অমগী মবেপকা মান্ননা শাংবা কৃ অমদা অশাংবা ফি অমনা হকচাংদু কুপশিল্লি। সুনীথা যেৎলোমদগী লাকই অদুগা সিডিদা কাবগ কৃদুগী ওইবোমদা লেপ্লি। মৈঙালদুনা মঙোন্দা ইন্নবগা মথক্তা তাবি। ব্রাশকপগী মওংদনি, অশাওবা মীৎযেংদা যেংলি। মাগী মতুংদা মনাই নুপীদুগী মখুৎতা থাওমৈ অমা পাযবি।)

সুনীথা ঃ- থাওমৈদু সিদা থম্মু।
(মনাইনুপীদুনা কৃগী নাকল অমদা থাওমৈদু থম্মি।)

সুনীথা ঃ- মাযদা খুল্লিবা ফিদু হাইদোকউ!
(মনাইনুপীদুনা অশিবদুগী মমাইদা কুপ্লিবা ফিদু লৌথোকই। বেনগী মাইথোংদু উবা ফংঙি। সুনীথাগী মচিন্দা খোঞ্জেল থোক্তনা ব্রাহে খবা হাযবগুম তৌই।)

সুনীথা ঃ- ঙসিসিবু থাশিবা?

মনাইনুপী ঃ- মান্নি, সনাইবেম্মা!

সুনীথা ঃ- অহিং- নুংথিল পূন্না, নুমিৎ কুন্নিপাল শুববা। অদুম ওইনমক হিংলিবগুম খল্লি, অশিবা হকচাংসি!

মনাইনুপীঃ- অঙকপনি!........ অঙকপা শক্তিনি সনাইবেম্মনা শোকপিবা নানবিবসিসু।

সুনীথা ঃ- (খুৎতুম শীঙলগা লমন খুম্লিংবগী ব্রাঙাংদা, অতোপ্পা মবোল অমদগী ঙাংবগুম) হো অশি লৈবাক্কী লাইয়াম পুন্নমক!

......... পুবক্লো, ঐগী মথৌনা ফববা ইচানুপা বেনগী থবায়দু, অমুক হন্না পীবীবো। ঐনা মাগী হকচাংদা অঙকপা মওং অমদা নানবীদুনা মাবু অমুক থবায় হাপ্লিবা য়াবগী মওংদু ওইহল্লবনি....... লাক্লো, হল্লক্লো বেনগী থবায়। (অমেংবা খোঞ্জেলদা) হল্লক্লো, ইমাগী ইবুংঙো বেন।

মনাইনুপীঃ- নুমিৎ খুদিংগী সনা ইবেম্মনা অসুম্না হায়বিবি। সনাইবেম্মনা নুংতিগী ওইনা। অদুবু অনৌবা থোইদোকপা অহোংবদি উদে।

সুনীথা ঃ- ঙসিদি মুন্না য়েংঙু।.. .... মীহুন হুনবকা যাওব্রা, নত্রগা লেংঙক্পা য়াওব্রা হায়না।

মনাইনুপীঃ- (অশিবদুদা মখুৎ নাল্লগা). .. কবিমত্তা যাওদে । অদুবু সনাইবেম্মা। হান্নসু ঐনা হায়জখ্রবদুনি কুশা মনাগী থৌবিসি মঙকশমদগী লৌথোকপিয়ু।

সুনীথা ঃ- হল্লক্কদৌবিবা থবায়দুনা থৌবিসিদগী নাম্থোকপা ঙম্লোয় হায়না নঙনা খল্লিববা। মদু নঙগী অবানবা ব্রাখলনি। অদুবু ফবে, ঙসিদি থৌবীদু লৌথোক্লো।

(মনাইনুপীদুনা বেনগী ঙকশমদগী থৌবীদু লৌথোকই।)

মনাইনুপীঃ- মুনিশিংদুনা কুশাগী থৌবীসিদা মী শিনবা মন্ত্রদু শোঞ্জিল্লবনি সনাইবেম্মা। (থৌবীদ সুনীথাদ পী।)

সুনীথা ঃ- (থৌবীদু য়ানশিল্লি, মৈঙালদা ফাসগী থৌবীদু অকিবা ফংনা লংনা উবি) মীহাৎপগী মন্ত্র। নত্তে। মী হাৎপদি মুনিশিংদুগী মখুৎননি মখোয়শিংদুনা অমম্বা অহিংদা তুম্লিবা নবসিংহগী মথৌবীবু থৌবীসিনা লাকশিল্লগা হাৎখিবনি।

(ঙাইহাক্তং লৈবগা) পাযশিল্লু অচানবী। . চীংগী নাপোমদা চৎলগা কোম তৌদুনা থৌবিসি ফুমজিল্লু।

মনাইনুপীঃ- ফুমজিল্লু হায়বা সনাইবেম্মা? থৌবীদু লৌশিল্লি।

সুনীথা ঃ- হোয়, তশেংনমক থৌবীসিদা মন্ত্রগী শাপতু য়াওববদি ব্রহ্মাবর্তগী লমদমসি শাপনা থল্লবা জঙ্গল হায়বদু ওইবগনি।

মনাইনুপীঃ- হৌজিকসু ওইবিবনি সনাইবেম্মা। ডাকুশিংনা আশ্রমশিং অমদি

যজ্ঞগী শঙশিংদা লান্দাবক্নে। কনবিনবা কনাসু লৈত্রে।

সুনীথা ঃ- (মশক উদনা কৌবগুম্না) চেকশিল্লু শুক্রাচার্য! হৌজিক্তি নহাক মখল- মথেলগী চৈনা কয়া মায়োক্নবা তাবনি, অমদি নঙগী গর্গ, অত্রি, অমদি নঙগী মীফত্ত ময়ামদুসু ! (মনাইনুপী) কবিগী লেপ্লিবনো? . ...... চৎলু।

মনাইনুপীঃ- থেংত্রগনি ! সনাইবেম্মা... .

সুনীথা ঃ- ঐদি সিদা লৈবগনি ! অদুগা ঙাইখো !..... থাওমৈসি পুখো ! (খোন হৌনা পুবো চৎলু !. ..... ..

(মনাইনুপীদু তপ্না থোকখি।) অমম্বগী মহুমদগী মাগী থরায চেক্লাদু অমুক হন্না পাইহনবীবকউ অশি লৈবাক্কী লাইযামশা ! . .

(মমশিল্লকই। অমুক হন্না ঙাঙ্খোবকই - নটী অমদি সুত্রধাবদা য়ৈবি।)

নটী ঃ- থবাযদু হল্লক্নবগীদমক অশিবা কৌবা লাইদা হাযজবা তাববা? মসিবু কবম্বা অঙকপা ৱাফমনো !

সুত্রধাব ঃ- থোইনা অঙকপা নত্তে নটী ! অশিবা হায়বসি খুৎশা হৈবা মীশক্নম্বনি, মাগী মখুৎতা পুন্সিগী খনিদগী থোবকপা ইচম চম্বা নুণ্ড ফাওবা অবংবা হীবা ওইবিবনি।

নটী ঃ- অবানবা ৱাফমনি ! খুৎশা হৈবগী থবক্তি অশিবখক্কী নত্তে, মখোযদি ৱাঙাংগী শ্রদ্ধাঞ্জলি অমদি মতিক- মগুন শক- শোনবগী পালিশনা তক্লুনা শিববশিংদুগী লৈবাক ওল্লবা হকচাংশিংবু সনা ওলহনবা ঙমলিবনি।

সুত্রধাব ঃ- নত্তে, নটী ! ৱাঙাংদি খুৎশা হৈবা মীগী খুৎলায নত্তে। ৱাঙাংদি খ্বাইদগী শাথিবা মী শোকহনবা ঙম্বা খুৎলাযনি।

নটী ঃ- নঙনা হাযবিবগী অর্থসিদি মুনিশিংগী ৱাঙাং, মখোয়গী শাপ অমদি মন্ত্রদগী মীয়াম্বু ওৎ- নৈগনবা বেনদু শিখিবনি। থৌবীদুনা মাগী ঙকশমদা লাকশিনখিবা নত্তে হায়বিব্রা?

সুত্রধাব ঃ- অদুম্না ঐনা কবম্বা মতমদা হায়খ্রবগে? অদুবু মসিমদি নিংশিংঙু,

হৌজিক্কী মতমদা, হান্নসু শাপ অমদি মন্ত্র হায়বদি ৱাঙাংগা খোঙ্হোক্কগী মকমদা থাংশাং অমদি ফাঁসি থৌবীগী থবক থৌওংদুনি।

নটী ঃ- অদুবু কবি- কবিগুম্বদা খুলায়শিংদু অবেম্বা তাবসু য়াওই।

সুত্রদাবঃ- ওইবসু য়াওই! খুৎলাযশিংদু অবেম্বা তাই। মুনিশিংগী ঙাংলিবা ঈশিংগী ঈপাক, তোর্বানগী লৈঙোই মথক্তা থনম্লিবা শুপ্নতগী অচেনবা লৈঈশিংদু তপ্পবা নুংশিৎকী শহুম্না মুথৎপা হৌবম্মী!
(মঙালদু অমুক ফমপাক্তা ফাওবকই, অমম্বদা মাযকৈ অমবোমদগী গর্গ মুনি অমসুং অতোপ্পা মাযকৈ অমদগী অত্রি মুনি চঙলকই।)

গর্গঃ- কনানো গুরু সুক্রাচার্যবা?

অত্রিঃ- ঐ অত্রিনি গর্গ?

গর্গঃ- ঐসু নঙগা উনগে খল্লম্বনি। চীং নাপোমদুগী মনাক্তা! শুক্রাচার্য উনব্রা?

অত্রিঃ- উনদে!।

গর্গঃ- থবক্কুবু খবা য়াগদৌবিব্রা?

অত্রিঃ- যাবোই। খা অমদি নোংপোক্তা মীযামগী লম্বীদা খুঙ্গং খুদিং কোযনা চৎতুনা থিকবে। . . . তোঙান- তোঙানবা খুন্নাকপশিংগসু উন্নবে। অদুবু কনানসু মাবু উই হায়দ্রে। . অঙকপনি, মীফত্তদুগী অশিবা হকচাংদু পুজাগী লৈবাং ওনখ্রে।

গর্গঃ- ৱাফমদুমক্রি। নোংচুপলোমগী খুঞ্জাশিংদুনা ঐঙোন্দা হাযখি- নখোয় ময়াম্না বেনবু হাৎখিবনি, ময়াম্না আশ্রম অমদি যজ্ঞবু ঙাক- শেন্নবা থৌবাং তৌবীয়ু।

অত্রিঃ- ঐখোয়না হাৎপা? মীয়ামগী তুক্কৎচবদুনা মশা মতোমতা মচেৎ- মচেৎ তাজখিবনি, মীয়ামগী খোল্লাওগী নুংশিৎনা হুমদোকখিবদুবু মী হাৎপা কৌগদ্রা?

বালখিল্যঃ- তশেংনমক অদোমগী খোল্লাওদু মায়কৈ খুদিংদগী শাওনা ঙাংখিবনি (অত্রিনা লাউবগী খোঞ্জেলদু মতৌ তন্নদুনা) মীফত্ত, ওক্কবা’... ...

অত্রিঃ- ‘নবক্তা লৈগদবা মী।’- মান্নি, ঐনা লাউখি অদুগা মীয়াম্না হৌনা

লাউবদুনা অমুক খুমখিবনি। 'হাই বেন, ধর্ম্ম য়াওদবা মী'.. ...
বালখিল্যঃ- 'নঙগী ফত্রবা থবক্তুনা নঙগী অশিবগী লাই হায়বদু ওইবিবনি।'
অত্রিঃ- মীনা আহুতি তৌবদা যজ্ঞগী মৈবীদু হেন্না চাকখৎলে। ঐনা হংলি- হৱন সংস্কাব তৌবনা জাতিগী থৱায়নি- লাইশিংগী থৌজাললনা ঐখোযগীদি অমৃতগী মশক্তি। আর্য জাতিগী ঈ- শেংদোকপতনা ঐখোযগী ইকায খুম্নফম ওইবিবনি। অদুগুম্বা থৱাযশিংদুবু মাঙহল্লিবা, অমৃতবু মাঙহল্লিবা, ইকায খুম্নববু মাঙহল্লিবা, ইকাযবা খঙদ্রবা পাপীদুবু হিংদুনা লৈফম থোকপ্রা?
... থোক্তে! শুকথোক হেক থোক্তে! মদুনা অতিযা পুম্বা পুমনিল নিল্লগনি!
(মীৎকুপ অমত্তং তুমিন্না লৈ।)
গর্গঃ- অদুগা হৌজিক্রা? কযাদা পুমচিক চিক্লিবনো!
অত্রিঃ- ঐখোযগী খোঞ্জেল তাবদা সমুদ্রসু ঈথক হৌখিদ্রে।
গর্গঃ- মীযামগী পুক্লিংদসু শান্তি যৌবকপগুমলে।
অত্রিঃ- অসুম্না হান্নসু থোকখ্রবনি। অদুগা মতাংদুদা ঐখোযগী মুনিশিংগী থম্মোযদসু শান্তিদু যৌবকখ্রবনি।
গর্গঃ- কৈদৌঙৈ?
অত্রিঃ- নিংশিংবীযু!
গর্গঃ- (ৱাখল তৌবগুম) চহি কুন শুখ্রবা ৱাফমদু কবি অমুক খল্লিবনো অত্রি?
অত্রিঃ- ফত্রবা লমচৎ নাইদ্রবা বেন্না মতাংদুদা মীয়াম মমাংদা মপাবুংবু ইকায়বা পিখিবনি। .... অদুগা ঐখোয় মুনি মযামসু চিন্দগী খোঞ্জেল অমত্তা থোকখিদে। অহিংদুমক্তদা অঙনা ব্রহ্মাবর্ত থাদোক্তুনা হিমায়লগী ত্রিগর্ত জঙ্গলগী মাযকৈবোমদা কদায়দা মাঙখ্রবনো খঙদ্রে! অদুবু ঐখোয় মুনি ময়ামদি তুমিন্না অদুম লৈথোক্লে।
গর্গঃ- ঐখোয়না মখোয়গী খৎনবদুদা কবম্না য়াওকগনি? মপা- মচা অনি খৎনবে, আর্য নত্তবা হম্ভবা থাক্কী নুপীদুগী ৱাহৌদগী........
অত্রিঃ- মহাকপু বেন্না অহানবদা লৌশিল্লগা কোন্নদি শঙ্গোমদা তাববা

হয়িংগুম হন্দোকখিবনি অদুগা উপায় লৈতবদগী নুপীদু মতোমতা শিজবা তাখিবনি।

(শুক্রাচার্য চঙলকই।)

শুক্রাচার্যঃ- অদুবু মহাক্লা মতোমতা শিজখিদে, অত্রি !

গর্গঃ- অদোম লেংবীবক্লে ! শুক্রাচার্য !

শুক্রাচার্যঃ- লাকপবুদি ঙশাইনা লাক্লবনি, অদুবু নখোয় অনিগী ব্রাবী তাদুনা লৈবল্লিবনি।.....

অত্রিঃ- লোন্না তাবদি ভৃগু শাগৈগী মমাংঙৈদগী হৈনবীনি।

শুক্রাচার্যঃ- ঐখোয় ভৃগু শাগৈদি ইশা চেকশিন্নবা হোৎনজৈ হাযবসিদি যাই, অদুগা অদোমগী আত্রেয শাগৈগী মীশিংদি ব্রাঙাংদা ওইনা।

গর্গঃ- মহাক্লা আত্মাহত্যা তৌদ্রবদি কদাযদা লৈখ্রে।?

শুক্রাচার্যঃ- হিমালযগী ত্রিগর্ত জঙ্গলদা মকু ইবুংঙোনা চৎখিবা মফমদুদনি। অঙ্গনা মাবু চংজফম পাখবান। মাবুসু অদুগা মাগী গর্ভদা যাওবিবা বেনগী মচাবুসু'

গর্গঃ- বেনগী জাৎ যান্নবা মচা। আর্যশাগৈগী ঈবু মোৎহনবা কবিনো অদোম্না হার্যাবিবিবদু শুক্রাচার্য?

অত্রিঃ- মদুগী প্রমানদি?

শুক্রাচার্যঃ- ইশামক্ত্রা ম[illegible]দুদা থাখিবনি, মবর্মদি বেনগী অতোনবা জাতগা মচাদু ব্রহ্মাবর্তদগী লাপ্না লৈনবান। অদুবু ঙসিদি তাবে ।

গর্গঃ- কবিবুনো?

শুক্রাচার্যঃ- হিমালযগী ত্রিগর্তগী থৌনা ফবা লাম্মীদু ব্রহ্মাবর্তদা লাকখ্রে।

গর্গঃ- অতোনবা জাতিগা যানশিন্নবা মচাদুবা?

শুক্রাচার্যঃ- নত্তে, কুচু ঙৌবা আর্যনি, অদুবু মাগা লোযননা কুচু মুবা জাতি যান্নবা মচাদুসু যাওবি।

অত্রিঃ- কনানা তম্বগে অদোমদা?

শুক্রাচার্যঃ- সুত অমদি মাগধনা।

গর্গঃ- সুতকা মাগধবু মফমসিদা কবম্না লাক্লিবা? সবস্বতী তোর্ববান্দা

ঐখোয়গী তুংদা আশ্রম য়েংশিন্নবা থনল্লগা মফমসিদা লাক্লববনে?

অত্রিঃ- ঐদি হান্নবা খঙজি। সুতকা মাগধগা বন্দনা তৌহল্লবসু (লাইশোল ঈশৈ শকহল্লবসু)! অদুবু মখোয়না কবম্মা আশ্রমদু ঙাকশেনবদা পুক্নিং চঙগদগে?

শুক্রচার্যঃ- তাবীয়ু! মখোয় লাক্লে মবমদি .. . ঐখোয়গী আশ্রমদা সবম্বতী লাম্থোক্লগা হিংচাবশিং অমদি ডাকুশিংনা শাথিনা লান্দাবক্লে।

গর্গঃ- আশ্রমদা লান্দাবক্লবা?

শুক্রাচার্যঃ- অকিবগী মশক ওইবা লান্দাবনি!

অত্রিঃ- অদুদি ঐখোয সিদা কবি তৌদুনা লৈবি? ঐখোয থুনমক হনবা ফৈ, থুনমক!

গর্গঃ- হোয হন্নবা তৌবসি শুক্রাচার্য! ঐহাক অর্চনাগীদমক্তা ৱাদবা ঙমদে।

অত্রিঃ- গর্গ, সোবাবেনগী জগোইশাবীগী মচানুপীদু মচানুপীগুম্মা যোক্তুনা অদোম্মা আশ্রম ঙাক শেনবগী থবক্তু অমুক্তসু লুহল্লে।

গর্গঃ- ঐ ইশামক্লা পামজবদি মহাকপু যাম্মা থুনা আর্য পাখঙ অমদা লুহোংবীবদুনি! অদুবু ডাকুশিংনা লান্দাবকপসিনা!

শুক্রাচার্যঃ- অৱাবা ৱাখল খনবীক্কবনু! ..... সুত অমদি মাগধনা আশ্রমদগী চেল্লক্লগা অর্চনাসু মফমসিদা লাক্লগনি হাযবম্মী। ... ঐনা মখোযবু মাবু থিনবা থাবকপনি।

অত্রিঃ- ওম্থোকপা অকিবগী ঈবৈদা ঐখোয মযাম তাববে! আশ্রমনা লান্দাবা, সোমদনা মীওৎ-মীনৈ কল্লবা বেনগী অশিবা হকচাং অদুগা অমুক্তা মীযামগী নিংবা কাযবা!

শুক্রাচার্যঃ- কবি- কবি হাযবা, তমথিবা ঈবৈগী মনাক্তা থৱায় হিংজনবা তোর্বানসু লৈবা য়াওই, আচার্য! ঐহাক লম্বী অমা উবা ফংলে।

অত্রিঃ- কবি লম্বীনো?

(ফিজং মকমদা খবা নিল- খোংঙি। খোঙনা চেনবদা খোংজিগী মখোল তাবি।)

গর্গঃ- তাও, তাও! খোংজি মখোলসে!..... কবিনো অর্চনাসু

মফমসিদা লাক্লববা?

শুক্রাচার্যঃ- কনাবো?

(চেল্লগা স্বব থবেৎ- থবেৎ হোন্দুনা মীনাই নুপীদু লাকই, অদুগা সুত অমদি মাগধনা মাবু তান্নবকই।)

গর্গঃ- হায়মা, নুপীসিদি.........

সুতঃ- ফাও, ফাও মাযা হৈবী নুপীনি।

মাগধঃ- (থুনা যাঙনা মাইকৈ অমদা চেল্লগা মনাইনুপীদুগী লম্বী থৎলি।) মন্ত্রগী লাংনা ঐখোযবু ফানবা হোৎনবি নুপীসিনা!

(মনাইনুপীদু অতোপ্পা মায়কৈ অমদা চেন্নবা হোৎনৈ অদুবু গর্গ অমদি অত্রিনা মাগী লম্বী থৎলি।)

সুতঃ- গুরুদেব, মাগী মখুৎতগী থৌবীসি মুনবীয়ু।

মনাইনুপীঃ- য়াবোই, যাবোই থৌবিসি ঐ পীবা ঙম্লোই।

শুক্রাচার্যঃ- মবৈ তৌগনু নুপী! ঐখোয মঙানি, নঙদি নথন্তনি। (মীনাইনুপীদু উপায লৈতনা মাযকৈ মবিদা কোইযেং যেংঙি। শুক্রাচার্যনা মাঙদা চঙশিল্লগা থৌবীদু মুল্লি।)

মনাইনুপীঃ- মসিদি নম্ফু হাফুগী থবক্লি।

শুক্রাচার্যঃ- (থৌবীদু যেংলগা) মসিগী থৌবীসিনি! সুত, মাগধ নুপী অসি নখোযনা কদাযদা থেংনৈ?

মাগধঃ - চীংখোঙদা কোম তৌবগা থৌবীসে ফুমজিন্নবা হোৎনবম্বনি।

সুতঃ- অদুগা অকিবা ফংলবা মন্ত্রসু থিবম্মী।

শুক্রাচার্যঃ- কবি মবমগী?

মনাইনুপীঃ- নোংমা অদোম্মা থীখিবা অকিবা ফংলবা মন্ত্রশিংদুনা থৌবিসি শাপ লৈববনি মুনিবব!

অত্রিঃ- অদুদি মসি সুনিথানা লমন খুম্বা ওইগনি!

মনাইনুপীঃ- মযাম্মা খনবীনিংবদু খনবীয়ু!

গর্গঃ- থৌবীসিগী মহুৎতা কবিগুম্বা সুনীথানা মচানুপাগী শক পোলাংদু ওইনা ফুমজিন্নবা যাথঙ পীবম্লবদি খুদিংমক য়াইফবা ওইবমগদবনি।

মনাইনুপীঃ- অদোমগী চিন্দা 'সনাইবেম্মা' হায়বা ব্রাহ্মৈ শিজিন্নবা

হৈনবীদববা গুরুদেব!

শুক্রাচার্যঃ- চিঙ্খিবী মীনাইনুপী নঙগী নবেম্মদুদা পাও পীখো, ঐখোয়না মাবু উন্নবা পাম্মী হায়য়ু।

মনাইনুপীঃ- (খরা কবেম্নবগী মওংদা) তবাম্না ওকচবি, মী যজ্ঞ তৌবা পুবোহিতশিংবু!

অত্রিঃ- হে, লমকেৎ- লমহাইবী নুপী!. .... .

শুক্রাচার্যঃ- (অত্রিবু খাম্লগা) কবম্বা লম্বীদা নঙগী নবেম্মদু উন্নবা চৎকদগে?

মনাইনুপীঃ- মুনি মযামদি থাশিগী অমম্বা অহিংদা হান্ননা লম্বীদু খঙখ্রবনি মুনিদেব !

শুক্রাচার্যঃ- ঙসিদি ঐখোয অতোপ্পা লম্বীদা চৎকদবনি, অচানবী! সুনীথাদা তস্মু, ঐখোয় মাগা খৎনবা লাকপা নত্তে, হাযজবা লাক্লিবনি। অহিং অসিদা ব্লাবী শান্নবগী তাঞ্জা পীববদি যাইফবা ওইগনি। চৎলো। অদুগা মসিমগা তাখো। মঙোন্দা কুশনা শেম্বা থৌবীদু হৌজিক শাপ চেন্দ্রবনি হাযনা তস্মু, হৌজিক্তি মীংচৎ লৈবগী খুদম ওইবগনি!মনাইনুপীদু চৎখি। ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈ!

অত্রিঃ- মযামসিবু কবিনো শুক্রাচার্য! ঐখোয মযাম সুনিথাদা হাযজবা লাকপা নত্তে! ঐখোয কবিগুম্বা উপায অমনা নাপল চাওবী নুপীদুদগী পাপচেল্লবা বেনগী অশিবা হকচাং লৌবা লাকপনি।

শুক্রাচার্যঃ- তশেংবমক্লি! . . . অদুবু হান্না সুত অমদি মাগধগী পাওসি তাখিসি।

গর্গঃ- অর্চনাদু কবম তৌখ্রে, সুত?

সুতঃ- মীপুম খুদিংমক কোয়চেন চেন্নখ্রে। কুমাবী অর্চনাসু মায়কৈসোমদা লাকপদু উখি।

মাগধঃ- ডাকুনা ওইগদ্রা নত্রগা উমংগী মৈনা! উনা উনা ঐখোযগী আশ্রমদু চাক্লক্লবদা, মীনুংশি খঙদবা মতৌ উবদা যজ্ঞগী শঙদু হীক্লা- হীক্লা কপখি।

সুতঃ- মশিং থিঙমদ্রবা মীযামদুগী খোঙগী উফুলদুনা লৈচিল নোংফাইগুম শন্দোকখি অমসুং মদুদা যজ্ঞশঙগী মৈখুদু ব্রহ্মাদা

সুসুক্ষগী থৱায়গী মতৌগুম তিনখিবন্মী!

অত্রিঃ- অঙকপনি, নখোয মযামদি কবম্না হিংহৌবগে!

সূতঃ- মখৌনা ফবা নুপাদুগী মপান্দগীনি গুরুদেব।

মাগদধঃ- মহাক্না মাগী মরুপশিংদুগা নোংথাংগী মতৌগুম অতিযাগী কাচিন অমদগী কুমথবকখি . . . ...

সূতঃ- মাগী শগোলদি ইন্দ্রগী বজ্র অমদি মৈগী মৈবীগুন্ননি। মাগী তেঞ্জৈনা বরুনগী অকনবা ঈথক ঈবৈনি।... .

ডাকুশিংদু মফমদুমক্তদা ঈংমন্দুনা তুবা হৌবকই অদুগা খবদি চেনখিবন্মী। ঐখোযগী থৌনাদু লাক্লন্মী।

শুক্রাচার্যঃ- নঙনা মাবু লেপ্পনবা হায়খিদে।

সূতঃ- হাযখি! . . মহাক্না হাযখি, মহাক থুনমক স্থানেশ্বরদা যৌগদবনি, অদুগা

অত্রিঃ- অদুগা কবি . .

মাগধঃ- অদুগা সুনিথাগা উনগদবনি।

গর্গঃ- মাবু কবি-কবি খঙলবগে?

মাগধঃ- বেন শিবে হাযবদুমদি খঙই।

অত্রিঃ- অতৈদি কবি?

সূতঃ- অতৈসু খঙলম্বা যাই। মঙোন্দা স্থানেশ্বর যৌবদা থেংথগনু হাযনা যাথঙ ফংখি।

গর্গঃ- কনাগী য়াথঙনো?

সূত ঃ- মদুদি পল্লমদে। যাম্না থুবন্মী। ঐখোয় ময়াম অশম্বা লম্বীদা লাক্লগা অদোমদা মানা যৌদ্রিঙৈদা হান্না পাও পীগে হাযনা ঐখোযনা খল্লমবনি।

শুক্রাচার্যঃ- য়াই গর্গ, মদুদি লুপকদৌববা হিগীদমক মানবী দেবতাগী ববগুম্না পীবকপনি।

গর্গঃ- অনিগী মবক্তা ঐখোযগী মানবীদু কনানো?

শুক্রাচার্যঃ- মদুবু খনবা য়াবা ৱাফমলা?

সূতঃ- গুরু, কুচু ফজবা, থৌনাফবা আর্যদু হিবম খুদিংদা ঐখোয়গী

অনৌবা লুচিংবা ওইবদা মতিক চাই।

মাগধঃ- মাগী মাযথোঙদা লৈঙাকপা ওইবা য়াবগী মমি তাই।

অত্রিঃ- অনৌবা লৈঙাকপা ! অনৌবা নিংথৌবেল ! . .... তাবিবব্রা সোম্না গর্গ? . . অদুগা ঐগী ব্রাঙাংশিংদুনা কবি ওইগনি, ঐনা বেনবু হাৎপা মতাংদা পাও পীখিবদুদি? লৈঙাকপগী ফমদি অবেম্বনি, মীওইবা খুদিংমক চপ মান্নে অদুবু ধর্ম্মনা নিংথৌনি অদুগা ঐখোয মুনি ঋষিশিংসু ধর্ম্মগী ফমসিগী লমজীং লমতাকপনি। অদুগুম্বা মগুন লৈববা ব্রাহৈশিংদু কবি ওইবা তাবি?

গর্গঃ- মীযাম্না অসুম্না হায়নৈ, বেনবু হাৎখিবা মখুৎশিংদুনা অনৌবা লৈঙাকপা শেম্বা ঙমদববা?

অত্রিঃ- নিংথৌ শেম্বা? . ঐখোযনা নিংথৌ শেম্বগা কবি মবি লৈনবগে? ঐখোয়দি অওনবা পুবকপশিংনি। ঐখোযদি লুচিংবনি, চফু শাবা নত্তে।

শুক্রাচার্যঃ- হোয, ঐখোয লুচিংবনি। মবম অসিনা ঐখোয লাওবা তাই। অদুগা অত্রি, অদোমগী ব্রাহৈদু নুংশিৎকুম যাঙই, অদুগা চুমথাংবুসু কৌবগুম তৌবি।

সুতঃ- ঐখোয অদোমগী খোঞ্জেলদু ওইগনি, আচার্য অত্রি, ঐখোয অনি সুত অমদি মাগধ ! ঐখোযনা অনৌবা লৈঙাকপদুগী থাগৎ ব্রাহৈ শক্কনি, মাগী মতিক - মগুনবু অতিযা শিনবা থুংনা যৌহনগনি।

মাগধঃ- ঐখোযদা ব্রাহৈদু তাকপিযু আচার্য, ঐখোযনা মখোযবু উচেক ওইহল্লগা অতিযা শিনবা থুংনা পাইহনগনি।

অত্রিঃ- ব্রাহৈশিংগী উচেক ! কাংঙাশিংগী পবেং নত্রগা উমাইবীনা পাইবগুম?

শুক্রাচার্যঃ- মতাংসিদা কাংঙাগী পবেং।

অত্রিঃ- বেনগী মগুন শক- শোনবদা ঐখোয অঙৌবা কাংঙাশিং মশিং ব্রাৎনা পাইহনখিববা? (থাগৎ ব্রাহৈ হাযবদুনা) 'হে মীথোয মীহেল্লবা নিংথৌবেল, হে লৌশিং চঙখোল্লবা, হে থৌনাফববা

অঙ্গগী মচানুপা বেন! অদোম্না ধর্ম্মবু কনবা ঙমগনি।' ইনিংথৌগী মকম থুপ্পা লৈতবা ঐখোয ঈশ্বরগী মতিক- মগুন শকচ- শোঞ্জবা ঙমগনি। ... . . অদুগা মানা কবি খুম্মকই নিংশিংলিববা? মহাক্না খুম্মকই- "অপঙবশা কবম্বা ঈশ্বরগী ৱাফমবু পান্নিবনো? ঐনা নখোযগী মপুনি, নখোযগী ঈশ্বরনি। লাই খুদিংমক ঐগী হকচাংদা যাওবিবনি। মবম অসিনা নখোযগী নথৌ ওইনা ঐবু পূজা তৌবো ! যজ্ঞ অপুম্বা থাদোক্লগা ঐঙোন্দা খুদিংমক কৎথোকচবো।"

গর্গঃ- অহৌবদগী অনৌবা লৈঙাকপদু তমথিবা মীশক ওইদনবা ঐখোয়গী উপায অমত্তা লৈবরোইদবা?

শুক্রাচার্যঃ- ঐনা উপায অমা পুথোক্লে।

গর্গঃ- উপায হায়বা? . . . তাসিনে হাযযু !

শুক্রাচার্যঃ- ঐখোযনা অনৌবা নিংথৌদু পুনশিনগনি।

অত্রিঃ- বেনগী মঙমশমদা লাকশিনখিবা কুশা মনাগী থৌবিসিনবা?

শুক্রাচার্যঃ- কুশা মনাগী থৌবিসিসু কান্নবক্কনি। অদুবু মদুনা নত্তে! . নিযম কযানা পুনশিনগদবনি।

গর্গঃ- নিযমশিংদুদি কনানা শেমগনি ?

শুক্রাচার্যঃ- নিযমশিংদু ঐখোযনা শেমগনি। ব্রহ্মাবর্ত্তগী মুনি অমদি ব্রাহ্মনশিংনা। ঐখোয প্রজাগী লুচিংবশিংনি, ঐখোযদি ইশাগী লাইনিং অমদি তপস্যানা মবম ওইবগা নিংথৌবু লমজিং লমতাকপা ঙমগনি। নিংথৌগা ঐখোয়গা য়ানবা ৱাবোল লৈগনি!

গর্গঃ- যানবা ৱাবোল? মদুদি মমল হুন্নবগুম্বনি।

শুক্রাচার্যঃ- হোয, মমল হুন্নবনি। নিংথৌগী লৈঙাকপগী য়ুমফমসিদি মমল হুন্নবা ওইগদবনি, ঈশ্বরগী খুদোল নত্তে হাযবা ৱাবেপসিদা তাবে।

অত্রিঃ- নিংথৌ ! . .... অনৌবা মিংথোলসি মঙোন্দা পিবদা লৈঙাকপদুগী পুক্লিংদা ঈশ্বর ওইনিংবগী অপাম্বা পোক্লোইদবা?

শুক্রাচার্যঃ- পোক্লোই!.. ... নিংথৌ হাযবদি মীনুংশি লৈবা মীশক!

ঐখোযনা খনবা নিংথৌদুনা ঐখোয়বু লুনা- চান্না তৌবীবা, অমদি ধর্ম্মবু ঙাক- শেনবা মীশক ওইগনি, মঙোন্দা ঈশ্বরগী শক্তি লৈবা, নত্রগা লাইগী মতৌগুম মঙাল লৈবনা নত্তে, শুপ্রতগী মাগী অধিকাবদা যুমফম ওইগনি, ঐখোয়না তাকপা চৎনবী নিযম, ঐখোযনা শেম্বা যানবোলশিং ইনগদবনি।

অত্রিঃ- অদুগা যানবোলশিংদুনা মঙোন্দা কবি কান্নগনি, শুক্রাচার্য?

শুক্রাচার্যঃ- ঐখোয মুনি- ঋষিশিংগী মন্ত্রগী শক্তি, ঐখোযগী আর্শিবাদ, ঐখোযগী পাওতাক।

সুতঃ- অদোমগী আশির্বাদনা মাগী মাযপাক্লবগী লম্বী ওইগনি।

মাগধঃ- মাগী নুপা থোকপগী লৈতেং. .

সুতঃ- মাগী মিংচৎকী লুহূপ!

অত্রিঃ- মদুখক্তনা যাবগদ্রা?

শুক্রাচার্যঃ- মবম অসি লৈবননি, ঐখোয়গী চৎনবীগী মতুং ইন্না মাগী মচা- মশুশিংনা সিংহাসন্দা ফমগনি!

গর্গঃ- মচা- মশুশিং! . . নিংথৌগী মচা- মশুশিং! . . . অদোমদা অশোযবা খবা লৈবে শুক্রাচার্য!

শুক্রাচার্যঃ- নত্তে গর্গ। সুত. মাগধ, চৎলু অদুগা অর্চনাদু থিবগা মফমসিদা পুবকউ।

গর্গঃ- ঐ ইশামক চৎলগে, অর্চনাবু থিননবা।

(মপান্দা খোঞ্জেল তাই।)

সুতঃ- ঙাইবীখো আচার্য! . কনানোম্মা লাক্লে ... ।. (সুত -মাগধ মনাক্তা চঙশিল্লগা যেংঙি।)

মাগধঃ- মহাক্তনি! . . ঐখোযবু ঙাকপি- শেনবীগদবা।

সুতঃ- ঐখোযবু অবানবা খুভম পীবিগদবা! মহাক্তনি। (মখোয অনি তুংদা হন্দোক্লগা লেপ্পি।)

(পৃথু চঙলকই।)

শুক্রাচার্যঃ- পুন্সি নুংশাংবা ওইবীযু, অদোমবু তবাম্না ওকচবি!

পৃথুঃ- অসুক থেংহ্নবা অহিংসিদা ঐবু ঙাইবীবিবদু কনানো?

শুক্রাচার্যঃ- সবস্বতী তোর্বান্দা অদোমগী ইতিক ইথৌনাদুনা যজ্ঞ কুণ্ডদু মুৎখিগদবদগী কনবীবে!... . ঐগী ইম্মিং শুক্রাচার্য কৌজে, পুন্সি নুংশাংবা ওইবিয়ু!

অত্রিঃ- ঐগী ইমিংনা অত্রি কৌই! . লৈবাংগী লৈনমগুম, অদোম্না যৌবীবক্ত্রিঙৈদা অদোমগী শৈথাবোলদুনা ঐখোযবু পুক্লিং মকা লামহ্নবীবে।

গর্গঃ- গর্গনা পিজবিবা যাইফ- মঙ্গলসি লৌবিয়ু, পুন্সি নুংশাংবা ওইবিয়ু।

শুক্রাচার্যঃ- ঐখোয মবিখক্তা নত্তে, ব্রহ্মাবর্তগী মীপুম খুদিংমক্না অদোমবু ঙাইজবিবনি।

পৃথুঃ- মযামগী মফমদা ইকোক নোঞ্জবি! অদুবু ব্রহ্মাবর্তসিদদি ঐবু কনানসু মশক খঙদে! ঐদি অহানবা ওইনা হিমালযদগী মফমসিদ - কচর্বনি।

সুতঃ- (মাগধগা লোযননা মাঙদ চঙশিল্লগা) ঐখোয অর্নিদি অদোমবু শকখঙজবা যাম্না কুইবে, অথৌবা!

পৃথুঃ- (মশক খঙলদুনা) নখোয অনি ওইবে? (ঙাইহাক্তুং লৈবগা) সবস্বতী তোর্বান্দগী মফমসি ফাওবদা অবোনবা লম্বী লৈব্রা?

গর্গঃ- মতম অযাম্বদা ডাকুশিংনা লান্দাবক্কদ্রা হাযবগী চিংনবা পোকপশিংনিদি মখো... ...বানবা লম্বী খঙবা তাবনি নত্রগ অদোমগুম্বা লীকং - তেন পাযবা থৌনাফবা মীনা ঙাকপি শেনবীবা দবকাব ওই।

পৃথুঃ- ঙাকপি- শেনবীবা! মদুদি যাম্না লাযবা থবকনি, ঐখোযগী ইথৌদাংনি'. . . অদুবু ডাকুশিংগী অতোপ্পা কাংবুদগী চেকশিন্না' লৈবা তাই মযাম পূম্নমক্না। হনখিবা মতমদা আশ্রমগী অকোযবগী লমদমদুদা ঐনা অমুক্তি কোযনা চত্তুনা যেংশিনগনি

শুক্রাচার্যঃ- অদোমদি হৌজিক হনবিখিবোই। . .

পৃথুঃ- কবিগী? (খজিক্তুং নোকই)। কবিগুম্বা মুনিদেবনা ঐগুম হিমালয়গী মতমবাক্তা লৈবিবা কুলুত লমদমদা লৈবা মীশক

ওইবন্নবদি অসুম্না হায়বীবমগদ্রা?

অত্রিঃ- কুলুততা লৈবা দেবপ্রস্থগী আর্য শাগৈবা সোমবু?

পৃথুঃ- অহোয় মাম্নি।

গর্গঃ- য়াম্না ব্যবহাব তৌনবা শাগৈনি অদুদি।

পৃথুঃ- ব্যাবহাব তৌনবা? আচার্য, ব্যবহাব তৌনবা শাগৈগী নত্তে, ফজববা লমদমদুগী বিপাশা তুবেলগী ঈচেলদা উনগী চীংদোলশিংগী ঈশৈদুসু য়াওবিবনি।

অত্রিঃ- হিমালয়গী ঈশৈদি নাওশুম ঈশৈগুম্বনি, অদোমগী নুপা থোকপদুনা ব্রহ্মাবর্তদা লান শিঙনবগী খোল্লাওদু তাশিন্নবোইদ্রা?

পৃথুঃ- ঐহাক কনাগুম্বনা শীঙনবদা মায লৈদুনা খক চেল্লোই আচার্য,. *হিমালযনা ঐঙোন্দা মঙলান পীবা নত্তে, শক্তি* পীবনি।

গর্গঃ- অদুদি কবি তৌবা তাববা?

পৃথুঃ- মমাশিজ সুনীথাদা মাগী মবন- মথুম শিন্নবল্লগা অমুক সবস্বতী তোর্বান্দা লাইনিংবা মযামগী আশ্রমশিং অমদি মৈগী কুণ্ডশিংদু ঙাক- শেন্নবগীদমক দবকাব ওইবা নুমিৎ খবদি পন্থখিগনি।

অত্রিঃ- মবল মথুম হাযবা? কনাগী?

পৃথুঃ- ঐখোযগী গুরুগী।

অত্রিঃ- কনানো অদোমগী গুরুদো?

পৃথুঃ- ত্রিগর্ত উমংগী মনাক্তা বিপাশা তুবেলনা অমম্বা চিংনুংদগী মপান্দা থোবক্লগা শান্নিবিবা মফমদুদা ঐগী ইকায খুম্নজবিবা গুরু অঙ্গগী খাংপোক্ত লৈবি।

মুনি অমদি সুত, মাগধ ঃ- (শুক্রাচার্য নত্তনা মখোয খুদিংমক অমত্তা ওইনা ঙক্লদুনা) অঙ্গ!

গর্গঃ- অঙ্গবু অদোমগী গুরু॥

পৃথুঃ- ময়াম্না ঙকপিবিবা কবিগীনো?

শুক্রাচার্যঃ- ঐখোয় ঙক্তে পৃথু, অদুবু ব্রাফম অমদি অদোম্না খঙদে অঙ্গদি

বেনগী মমাংদা হান্না ব্রহ্মাবর্তগী লৈঙাকপা ওইবম্বনি।

পৃথুঃ- খঙঙি। য়াম্না কুইববা ৱাবীনি।

শুক্রাচার্যঃ- অদুগা নোংমা অহিংদা কনাদসু তাক্লমদনা তুমিন্না চৎখিবনি।

পৃথুঃ- অদুম্না তাখি।

শুক্রাচার্যঃ- অঙ্গনা মীবোল্লবী নিষাদ নিংঙোল অমবু চঙজফম পীবিখিদবদুসু তাবিবল্লগনি।

পৃথুঃ- মদুবু অমুক হায়বা দবকাব ওইবিববা?

শুক্রাচার্যঃ- মবমদি অদোম্না সুনিথাগী মাঙদা খন্নবা পাম্লি! অদুগা . অদুগা ঐখোযনা মদু কৈদৌনুংদা যাবা ঙম্লোই!

পৃথুঃ- কবিবো?

শুক্রাচার্যঃ সুনিথানা নিষাদ (অতোনবা জাৎকী) নুপীদুনা পোকপা মচাদু বেনগী মচা ওইনা যাবদু ঙম্লোই।

পৃথুঃ- নিষাদকী মচা !. .... ঐগী মকুপ, ঐগা মহৈ তমিন্নখিবা কবষ!

গর্গঃ- মাগী মমিং কবষ কৌব্রা?

পৃথুঃ- গুরুদেব ! মপান্দা মহাক শগোল মনাক্তা লেপ্লি। কৌজবকউ হাযব্রা?

শুক্রাচার্যঃ- ঙাইহাক্তং ঙাইবীখো।

পৃথুঃ- অদোম্না মাগা উনবীবগা খঙগনি। মহাক থোইদোক্লা মগুন লৈবা মবম্না ঐনা শগোল অনিনা লাম্মী অমগী থবক ওইনা শিজিন্নবে!

অত্রিঃ- মগুন লৈবা? জাৎ যান্নবা মচাদুদা মগুন লৈববা?

পৃথুঃ- গুরু অঙ্গনা কবষকী মুববা উনশাদুগী মখাদা অশেংবা ঈ চেল্লি হায়না হাযবম্মী।

গর্গঃ- অশেঙবা ঈ... নত্রগা যানশিন্নবা !

অত্রিঃ- ব্রহ্মাবর্তদা জাৎ যান্নবা মচানা লৈবাক ঙাকপদুবু অদোম্না ফত্তবা ওইনা লৌবীদববা?

পৃথুঃ- মুনিশিংনা লৈঙাকপদু পাম্বীবি!.. মদু ফংগদৌবে।

শুক্রাচার্যঃ- অদোমবু মফমসিদা থাবকপগী অশেংবা পান্দমদু অমদি অঙ্গগী

পুক্লিংদা কবি খল্লি হায়বদু অদোম্না খঙবীবমদবা য়াই।

পৃথুঃ- মুনিদেবনা তাকপীবগী অর্থদুবু.. .....

শুক্রাচার্যঃ- পৃথু, অদোমবু মফমসিদা থৌদাং কযা পাঙথোক্লবা থাবকপনি অতোপ্পদা নথৌদাং শিন্ননবা নত্তে।

পৃথুঃ- অসিগুম্বা খুদম অমত্তা ঐগী গুরুনা পীবকখিদে।

শুক্রাচার্যঃ- মবমদি মহাক্না অদোমগী অবোযবা দীক্ষাদু অদোমদা লোৎশিনবা পাম্বনি।

পৃথুঃ- ঐহাক ব্রাখল তৌখিবা তাবি।

অত্রিঃ- পুন্সি নুংশাংনা পানবীযু পৃথু, অদোম্না শীঙনবদগী মায লৈবোই হুজিক্তা হাযবিখি ঐখোযনা তৌজবিবা বার্ত্তনসিসু অদোমগীদি শীঙনব' মখল অমনি।

পৃথুঃ- বার্ত্তন তৌবা?

শুক্রাচার্যঃ- হোয' (মীযামদা লাউথোকপগী মওংদা) ঐখোযনা অদোমবু ঐখোযগী লৈঙাকপা ওইনবা বার্ত্তন তৌজবি। (তুমিন্না লৈ)
অদোম্না তুমিন্না লৈবিবিবা কবিগীনো?

অত্রিঃ- (মীযামদা লাউথোকপগী রাঙাংদা) ব্রহ্মাবর্তদা ঙসি ডাকু অমদি লুট তৌবশিংনা পীক থ'ল্ল, সবস্বতী তুবেলগী রাংমবোমদা তমথিবশিংগী (ডাকুশিংগী) শহবশিংবু আর্যগী লাম্মীশিংনা হান্ননা তাম্থোকখ্রবনি, মফমদুগী অমুক হিংচাবশিংদুনা মঙক হাইগৎলক্লে ঐখোযগী যজ্ঞ অমদি মৈগী কুণ্ডশিংসু মাঙহন্নবা হোৎনবি, বেদমন্ত্রবু শোল্লিবা মীশিংদুবু খোঞ্জেলদুমক্না মাঙহন্নবা হোৎনবে। অদোমগী হিমালযসু মদুনা শোকহন্দনা লৈবা ঙমখিগদ্রা?

পৃথুঃ- (ব্রাখল তৌবগুম) ব্রাশকপা অমদি শীঙনবগী মবক্তা কবম্বা খনগদগে?

শুক্রাচার্যঃ- মদুদি অদোম্না সবস্বতী তোর্বান্দা ডাকুশিংগী মবক্তা লান্দাখিব মতমদুদা লেপখ্রবনি।

পৃথুঃ- ঐগা লোয়ননা কবষসু অদুগুম্বা ঈথক- ঈবৈ মবক্তুদা

থেংনখিবনি।.... মুনিদেব ঐহাক য়াজবে, অদুবু কবষসু ঐগা পূন্না লৈমিন্নবা তাবনি।

শুক্রাচার্যঃ- ঐখোয়গীসু য়ান্নবা ব্রাফম খবা লৈজবি।

পৃথুঃ- কবিনো?

শুক্রাচার্যঃ- অদোম্না মতমচানা শোযদনা খঙবীগনি। তলহটীগী চীঙখোঙদা ঙাইহাক্তুং ঙাইবিযু ..... সুত অমদি মাগধ মখোয় অনিনা অদোমগী নাক্তা থুংলবা মতমদা অদোমগা কবষগসু মখোয়গা লোযননা লাকপিযু।

পৃথুঃ- কদাযদা?

শুক্রাচার্যঃ- মাঙদা লৈবিবা চীং মচাসিদা সুনীথানা বেনগী অশিবা হকচাংদু থম্লিবা মফমদুদা চীংদুগী মনিংদা খোং অমা লৈবনি। মফমদুদা তুমিন্ন থংলবা তাবনি।

পৃথুঃ- অদুগা, সোম মযামদি?

শুক্রাচার্যঃ- ঐখোয মযামদি সুনিথাগা উন্নবা চৎলগনি।

পৃথুঃ- ঐসু মমাইবেম্মা সুনীথা উন্নগদবনি।

শুক্রাচার্যঃ- শোযদনা উন্নবিযু! অদোম্না উন্নবগী শেম-শাববা মতমদা ঐখোয পাও পীজবক্কে। (পৃথুবু থনম্লগা অতোপ্পা মাযকৈ অমদা চৎখি।) (পৃথু- ব্রাখল তৌদুনা - মুনির্শিংনা চৎখিবা মাযকৈদা ইন্নে, অদুগা অতোপ্পা নাকল অমদগী কবষ থোবকই। কুচু মুনবং তৌবা, মমাংঙৈগী শক্তমনি, অদুমকপু মশক থিবদি নত্তে অদুগা মাইথোং মকা লাম্মি।)

কবষঃ- খবদি খঙবা ঙমলব্রা?

পৃথুঃ- (খংলগা) কনানো? কবষ! হোয খঙবা ঙমলে। মখোয মুনি অহুমদু পুনশিন্নবে, মখোযগী আশ্রমদগী ঐখোযনা ডাকুশিংবু তাহ্বোকখিবনি। মখোয মযাম্না ঐখোযবু মমাইবেম্মা সুনিথাগা উন্নহনগনি।

কবষঃ- পৃথু নঙনা খঙলিবদুনি ঐহাক থুনা উন্নবা পামদে। গুরুদেবগী অবোয়বা য়াথং নংলমদ্রবদি।

পৃথুঃ- (করিগুম্বা থবা নীংশিংলকপগুম) গুরুদেব !
কবষঃ- ঐখোয় কবিগী অমুক হল্লোইদৌরিবনো? ঐখোয় অনি পুন্না লৈবগা থবক ময়াম তৌগদবা লৈবি।
পৃথুঃ- ঐনা নঙগা লৈববসু, নত্রগা নঙনা ঐগা লৈববসু ৱাফমদু চপ মান্নবা নংত্রা?
কবষঃ- নঙগী ৱাহংদু অঙকপনি!
পৃথুঃ- ঐখোয় অনি পুন্না লৈমিন্নবসু য়াই !
কবষঃ- অচুম্বনি! অদুদি ঐহাক নঙগা লোয়ননা হনবা য়াগদ্রা !
পৃথুঃ- য়াবোই !.... ঐহাক মফমসিদা লৈবসু য়াই। .......
কবষঃ- অদুদি মহাক্লা চুমলে।..... পৃথুনা ঐঙোন্দগী লাপথোকপা পাম্মী ! হায়না উবীনা হায়।
পৃথুঃ- মদুগী মতাংদু তোকখিসি !.....ঐখোয়না কবি তৌগদগে হায়বদু ঐ মঙোন্দা হায়গে।
কবষঃ- ঐঙোন্দা হংঙুনে, ব্রহ্মাবর্তদা মীয়াম্না ৱাদি য়াম্না ঙাংঙি, অদুগা থবক্লা খজিক্তং তৌই! ...... ত্রিগর্তদা ঐখোয় পৃথিবীসু কংদনবা অদুগা পুক্লিংসু ৱাদনবা। ..... নীংশিংলিব্রা ৱাহৈ ময়ামদো?
পৃথুঃ- উবীনা অতৈসু য়াম্না হায়খিব্রা?
কবষঃ- মহাক মফমসিদা য়ৌবকম্রে হায়না খল্লি।
পৃথুঃ- ওইথোক্তবা ৱাফমনি!
কবষঃ- ঐনা লেম্লা মফমদুদগী খবা লাপ্লা উগী মখাদা নুপীগী শক্তম অমা ঐনা উখি! .... ঐনা কৌবম্মী, অদুবু মহাক মাঙথোকখ্রে।
পৃথুঃ- (হৌখ্রবা ৱবীগী মঙলান্দা তাউবদুনা) মহাক্লা মাঙদা লেপ্লম্লগা মফম খঙদনা মাঙখিবগী নঙোন্দবু চমম্লবদু লৈবব্রা?
কবষঃ- নত্তে, ঐনা উখিবশিংদু অচুম্বা ঙাক্তনি।
পৃথুঃ- (ৱাফমদুগী মতংদা) অদুগা পুক্লিংনা কঙাওনবি। উপালদুদা লৈবা মহুমদু তম্লা উচেক্না পাইরবকপা মতমদা উপালদু য়াম্বংলম্বগুম কঙাওনবি।
কবষঃ- (পৃথুগী মপাম্নোমদু পায়বগা অমেংবা খোঞ্জেলদা) পৃথু!
পৃথুঃ- (কবষকী মায়কৈদা লৈশিল্লগা) নঙ ঐগা লৈগদবা নংত্রা?...

ওইনিংবা ওইজসনু, ঐনা নঙোন্দা মীনল্লবসু ?

কবষঃ- মখোং মবম খঙদবা রাহুংসি ঙসি নঙগী নচীন্দগী থোবক্নি ! ....
পৃথু ! লাক্লো, ঐখোয় হল্লসি।

পৃথুঃ- নত্তে। হল্লবগী লম্বীদুদি থিংজিনব্রবনি। ...... ঐখোয়না তৌগদবা য়াম্না লৈবি। ...... ঐ নঙোন্দা হায়গে।...... (ওইরোমদা থোকখি। মৈঙালদুনা নটী অমদি সুত্রধাবদা য়ৌবি।)

নটীঃ- পাউখোং অমা চল্লুবা?

সুত্রধাবঃ- অমত্তা নত্তে অনিদুম চল্লু।

নটীঃ- মৈঙাল য়াওদনা কবম্না মমি তাবগে?

সুত্রধাবঃ- রাখলগী শুমাংদা মৈঙাল য়াওদনা তাবিবা অবেপ্পা লৈত্রবা মমিদুনি।

নটীঃ- মীৎ উইশিন্দনা কবম্না তুম্না য়াবগে?

সুত্রধাবঃ- ইশা ইথন্তবু কাউখোকচদুনা মঙলান্দা তাওবদি তুম্বদা মীৎ উইশিন্দে।

নটীঃ- মবাল শীগনু সুত্রধাব, মবাল শীগনু ! কবি- কবিগুম্বদা অপঙবগী চীংদোন্দা অপাম্বগী ঈচেল চেন্না- চেন্না কুণ্ডদুদা য়ৌই মফমদুদা ইশা ইতোমতা অকাওবদুদা কোইবৈ লৈদুনা লৈ।

সুত্রধাবঃ- অদুম্না তৌববনে?

নটীঃ- অপঙবা ক্বাক্সী মতৈ- মনাওদুনা মহুম শাবে অদুগা মকম কোক্লে। মশক খঙদবা কোকিলগী মকমসু মদুদা য়াওবমগনি হায়বদু কবম্না খঙগনি।

সুত্রধাবঃ- চমজবা হায়বসিসু মাইখুম অমনি নটী ! শাশিন্নবা শক্তমগী তাইবঙদা অশেংবদি অমখক্তনি,.. অকাওবা, ... অতোপ্পবু নংত্রগা ইশা ইথন্তবু !

(মৈঙালদুনা লীলা ফমপাক্সী মাঙথংবা শকক্তগী থৈদোক্লগা তুং থংবা শকক্তা ঙাল্লি, মফমদুদা সুনীথানা বেনগী অশিবা হকচাংগী মনাক্তা লেপলি। মনাক্তা মনাইনুপীদু লেপ্লি। য়েংথংবা মায়কৈদা মুনি অহুমদু লৈবি।)

সুনীথাঃ- ময়াম পুম্নমক অমুক হনবীরকখিনি হায়বসি ঐ খঙডি। ঐহাক হান্নন খঙডি !...

অত্রিঃ- সনাইবেম্মা সুনীথা, সনাইবেম্মগী মতৌসি উবগা ঐখোয়সু ব্বারিবনি।

সুনীথাঃ- ময়াম্মা ব্বাবিবদু ঐহাক পামজদে।

গর্গঃ- অদুক কন্না হোৎনবীবদুদা সনাইবেম্মনা কবি ফংবিববগে?

সুনীথাঃ- ঐনা কবি ফংলবগে হায়বদুদি ময়ামগী মাঙদা উবা ফংলিবসিনি ।.... ময়ামগী মন্ত্রনা মহাকপু মচেৎ- মচেৎ তাহল্লে, ঐগী তন্ত্রনা মহাকপু অমুক তাইশিলহল্লে।

অত্রিঃ- ঐখোয়গী মন্ত্রদি প্রজা মীয়ামগী খোঞ্জেলদুনি !

সুনীথাঃ- কান্নদবনি খোঞ্জেলদু, লৈবাক ঙাকপদা হৈশিংবা য়াওদনা ! . . . মীৎতাংবা অমবু ইন্দুবগা ময়াম্মা মতিক - মগুন লৈবা মীশক্তু মচেৎ- মচেৎ তাহল্লে। . ঐনা অমুক থিব- থিবগা মদুবু পুনশিল্লে।... অসিগুম্বা থৌনা ফবসিনা ব্রহ্মাবর্তবু কনগদৌবিবনি। ... লৌশিংগী মৈবীসিনা, অগ্নিহোত্রগী মগুন লৈববা মৈখুসিনা !

শুক্রাচার্যঃ- দেবী সুনীথা, ঐখোয মযাম মবৈ- যেৎনবা লাকপা নত্তে, তাইশিন্নবা লাকপনি। .. . বেনগী অশিবা হকচাংদু ঐখোয়দা পীবিবো।

সুনীথাঃ- মুনিশিংনা মাগী হকচাংদু লংজাদা হুনজিন্নবা অমদি মাগী শকদুনা মৈনুংদা !....

শুক্রাচার্যঃ- নত্তে !..... সনাইবেম্মনা তন্ত্রগী অমদি নানবীবদুগী মতিক- মগুন্না তৌখিবা থবকশিংদু ঐখোয়না অমুক মপুং ফাহনবা ঙম্নববনি।... .

সুনীথাঃ- মুনি ময়াম্নবু মপুং ফাহনবীগদ্রনে শুক্রাচার্য? ময়ামদি মাঙহনবতা হৈবনি, শেমগৎপদি হৈতবা নৎত্রনে?

শুক্রাচার্যঃ- ঐগী ব্বাসি তাবিয়ু, সুনীথা। ...... সনাইবেম্মনা ইশাগী অঙকপা হৈশিংবদুনা বেনগী হকচাংগী ফিভমদু শেম শাবে.... শক্তমদুমক, মওংদুমক। ... অদুবু মাগী মতিক- মঙালদু কদায়নো?

সুনীথাঃ- হকচাংসিদা মতিক- মঙালদু য়াওবিবনি। (মায়কৈ অমদা লৈথোক্লগা কনাগুম্বা অমদা লাউবগী মওংনি।) হো অশি লৈবাক্কী লাইয়ামশা, তুখোঙ- তুখোঙ খুদিংদা য়াওবিবা মতিক মগুন ময়ামদু অমুক হন্না লৈহনবীবো।....

শুক্রাচার্যঃ- সনাইবেম্মা, অশি লৈবাক্কী লাইয়ামশিংদুদি থবায় লৌবতমক হৈবনি, থবায় হাপ্পদি হৈতবনি।

সুনীথাঃ- (খঙহৌদনা মমায় লৈশিল্লক্লগা) মুনিদেবদি থবায় হাপ্পা ঙম্বীগদ্রা?

শুক্রাচার্যঃ- ঙম্মোয়।

সুনীথাঃ- অদুদি কবিগী?

শুক্রাচার্যঃ- বেনগী হকচাংসিদা মাগী মতিক- মগুনদু লোৎতুনা লৈবি হায়না মুনিদেবনা হাযখিবনি!.. . ঐখোয়না মাগী মতিক- মগুনদু অমুক লৈহনগদৌবিবনি!

সুনীথাঃ- মতৌ কবন্না?

শুক্রাচার্যঃ- মাগী হকচাংদু নোইবগা।

সুনীথাঃ- নোইবগা?

শুক্রাচার্যঃ- হোয়, লাইয়াম অমদি হিংচাবশিংনা সমুদ্রবু নৈখিবগুম ঐখোয়সু বেনগী হকচাংবু নোইবগা মাগী মতিক মগুন লৈবা শকক্তু পোকহনগনি।

অত্রিঃ- মতিক- মগুন লৈবা শকক্তু অহিংবা মীশক অমগী মচাগুম থোবক্কনি।

সুনীথাঃ- মচা ওইনা!

শুক্রাচার্যঃ- ঐখোয়না সনাইবেম্মগী অঙকপা শক্তিদু অবেম্মা তাহনবা পামদে!.... ঐখোয়না যজ্ঞ কয়ামকম তৌই। .... হকচাংবু নোইবগা খ্বাইদগী চাওবা যজ্ঞ ওইগনি অমদি বেনগী অফবা মতিক মগুনদু শোয়দনা পোক্কক্কনি হায়না ঐখোয়না থাজে!

সুনীথাঃ- সমুদ্র নৈবদা অমৃতসু থোক্লকখি, হসু, ফজবসু অখিবসু।

গর্গঃ- বেনগী ফগুবা মগুনসু পোক্লকপা য়াই।

অত্রিঃ- ঐখোয়না মাগী অফবা মগুন অদুতমক লৌশিনগনি।

শুক্রাচার্যঃ- য়াথঙ পীনবীয়ু, দেবী, ঐখোয় ময়াম তুংলোমদা লৈবিবা ঈশিংখোংদা ইকজবগা থবকসি পাঙথোক্লবা হোৎনজগে!.. ....
(মুনি অহুম্মক অশিবা হকচাংদুগী নাকল অমদা পবেংশানা লেপ্লি। সুত অমসুং মাগধ পর্দা অমা পায়বগা থোবকই।)
কবিগুম্না হয়েং অয়ুক ফাওবদা ঐখোযগী থবকসি মহৈ যাল্লবদি সনাইবেম্মা অমদি ব্রহ্মাবর্তগী মীয়ামনা নুমিৎ থোবকপগা লোয়ননা মফমসিদা বেনগী মতিক- মগুন লৈববা অংশদু (মশাদগী থোবকপা শায়োলদু) খুকয়্নগনি।
(সুত অমসুং মাগধনা ফিগী লাই য়েকপা পর্দাদু অমদি অশিবা হকচাংদু মুনিশিংগী মাঙদা লৈবি। তপ্না- তপ্না মৈঙালদু হুম্থবকই। সুনীথা লৈমাযদা দগুবত তৌদুনা খুকুম্মী। ঙাইহাক লৈবগা মনাইনুপীদুনা মাবু হৌগৎপী। মম্মি। ঈশৈগী অহৌবা খোঞ্জেল, মদুদা যজ্ঞ তৌবগী খোঞ্জেলসু তাবি। তপ্না- তপ্না মৈঙালদুনা অমুক হন্না নটী অমসুং সুত্রধাবদা য়েববি।)

নটীঃ- চীংজাওগুম কংলবা সমুদ্রদা অঈংবা খোংগী দ্বীপ (ইথৎ)

সুত্রধাবঃ- মী কুণ্ডলবা নিলখোংবা, খুঙ্গংগী লৈঙোইলমগী মথংদা মী চীক্লবা নুংঙাইবনা থল্লবা উমংমচা ..

নটীঃ- অঙাং ওইবগী পঙবদুনা খৎন- চৈনববা তুংদা, অমুক তিন্নবগী নুংঙাইবনা তুজুংবা পোকপা.

সুত্রধাবঃ- নুমিৎ খুদিংগী পুকচেল শেংদবা ব্রাহ্মণগী ঈচেল- মবক্তা থঙহৌদনা পুক্লিংনা খোযদাবা মবোল থোক্লবা নুংগী অবাঙবা মখোল !
...... . .

নটীঃ- মীৎনা উবিবশিংসি নমথাক ঙাক্তবা ?

সুত্রধাব ঃ- নত্তে, পুন্সিগী লৈপবেংদা লেংশিল্লিবা, খুদিংমক চপমান্নবা লিক্লু ঙাক্তনি পীকশু পীকতে চাওশু চাওদে !(অর্চনা চঙলকই । মাগী মতুংদা উর্বীশু ইন্নবকই । )

অর্চনা ঃ- অদুগা নঙনা মাবু থিবা মফমসি ফাওবা লাক্লবা ?

উর্বী ঃ- কবি অকাইবা লৈবগে ?

অর্চনা ঃ- অবানবদি কনাসু তৌদে, লানবগী ৱানি ।...... অদুবু নঙগী নিংথিবা শক্তমদুদগী কনানা নাম্ৱোকপা ঙমগদগে ?

উর্বীঃ- ঐগী শক্তম? (নোকই ) অনানবা উনশাসিদা উফুল মবিকসু য়াওবিবনি।

অর্চনা ঃ- পৃথিবীদসু উনশাদু য়াওবিবনি। . ....... অদুগা পৃথিবীগী মতৌগুম নঙগী মাইথোঙদশু বসকী মমি তাবি।

উর্বী ঃ- ঐনা পৃথিবীবু খুবাক্কুম্না খল্লি......মহাওনা কদায়দা লৈবা, অদুগা খনিনা কদোমদা লৈবিবা ! .... ..মবম অসিনা মখোয় অনি পৃথিবীসিদা হল্লকপদু ঐনা পাম্মী।

অর্চনাঃ- মবমদুগী !..........শুপ্লতগী মবমদুগীবা !

উর্বী ঃ- ৱাফমশিংসি নঙনা খঙবা ওন্নবোই।

অর্চনা ঃ- কবিগী ?

উর্বী ঃ- কবিগুম্বদা নুংশি- নুংওন হায়বদু খঙত্রববা?

অর্চনাঃ- লুহোংলবা মতুংদা মথন্তা খঙজবকই হায়না তাই।

উর্বীঃ- অদুনা লুহোংবদু ঙাইবিব্রা? . . অপঙবী।
(কবিগুম্বা লংলা- লংজিন অমা ফংবগুম। ঈশৈ ঙংবা হৌবকই।)

অর্চনাঃ- (ঙক্লা) ঈশৈ শক্লিববা।

উর্বীঃ- নঙনা পঙবদুগী ঈশৈনি । তাওনে.... (শকই।)
ফমলি ঐনা সনাগী পুখমসি লৈতেংদুনা,
অদুবু লাকপিদ্রে কনামত্তা,
লৈত্রে কনাসু তংবিনবা মহাও,
সনাগী পুখম অবংবা তেংকোৎশিং,
য়াওবি পীক থন্না মহাও কযা,
অদুবু লাকপিদ্রে কনাসু লাকপিদ্রে,
বসবু পামজবশিংনা শোকপিবদ্রে,
নিকহনগনি পায়বদুনা সনাবুনসি মিৎকুপ্তা,
ফন্নিবনি হান্নদগী লৈতেংদুনা সনাগী পুখমসি,

অদুবু লাকপিদ্রে কনাসু,

...... লাকপিদ্রে।

অর্চনাঃ- ঙাইখো ! নহাক ঐগা লৈমিন্নবা য়াব্রা?

উর্বীঃ- ননাইনুপী ওইনা নত্রগা নতাবোই ওইনা?

অর্চনাঃ- ইতাবোই ওইনা !......

উর্বীঃ- নখোয়গী ইমা পাবুংনা য়াগদ্রনে?

অর্চনাঃ- মমা- মপা লৈজদবশিংগীদি ইয়াদা য়াবনি।

উর্বীঃ- কনানা নঙবু য়োকপিবনো?

অর্চনাঃ- হোই, হৌজিক্তি ঐহাক মুনিগী মচানুপীনি।

উর্বীঃ- অদুদি নঙদি আশ্রমদা লৈগদবনি। স্থানেশ্বরদা কবি তৌদুনা লৈবিবনো?

অর্চনাঃ- উপায় লৈতবদগী লাকপা তাখিবনি!

উর্বীঃ- ভাব তাবে !

অর্চনাঃ- কবি খঙলবগে নঙনা, অমুক্তং তাশিদনা?

উর্বীঃ- স্থানেশ্বরদা পাম্মুবদু ফংবা য়াই খনবগীনি।

অর্চনাঃ- নশানা খনবা ৱাফমদু ঐঙোন্দা থংজিল্লক্লববা?

উর্বীঃ- ইশাগী ৱাফম হায়বা?

অর্চনাঃ- ৱাফমদু নঙনা মপুং ফানা হাযদ্রি! . মখোযবু থিবা নঙনা অসুক লাপ্না ব্রহ্মাবর্তদা লাক্লিবসি মখোয় অনিবু নঙনা নুংশিবা নৎত্রা?

উর্বীঃ- অদুসু লাক্লি হায়না খনবীব্রা?

অর্চনাঃ- জ্ঞান তাবা ঙমদে!

উর্বীঃ- নুংশিবা হায়বসিসু থিজিনবা মখল অমনি। ঐগী ৱাখলগী নোংনা মমায় অনি পানবা মিংশেলদা য়েংলি।

অর্চনাঃ- অদুনা মহাক কদায়দা চুগনি হায়বা খঙদে!... . মসিদদি অমখক্তা ঙাইবে। ব্রহ্মাবর্তসিদা নঙগী চয়েৎনবদু কোক্লগনি....... ইতাবোই!

উর্বীঃ- ব্রহ্মাবর্তদা চয়েৎনবা কয়া পাক শন্না লৈবি। অশিবা নিংথৌগী হকচাং, ডাকু অমদি লুট তৌবশিংগী তমথিবা নোংলৈ ...... অদুগা মখল- মখলগী নমথাক লৌনম কয়া!.....

অর্চনাঃ- নঙদি য়াম্না খঙঙিবু!

উর্বীঃ- ব্রহ্মাবর্তদি উচেক ফাবশিংগী লাংনি...... কবিসু খঙজদ্রবা লমখুনু অনিদু লাংদা থুদুনা তোক্লবনি।

অর্চনাঃ- খঙলে! .. অদুদি লমখুনু অমোমদুনা মখোযবু শুমহৎলল্লগা ইদুনা পাইবক্লে! ..... মখোয়বু সিদা লৈবব্রা?

উর্বীঃ- স্বাইদা লৈবন্নসু যাই।

অর্চনাঃ- অদুদি নঙসু ঙাইহাক্তি লাংসিদা থুবা তাবি! . . . (খজিত্তং নোক্লগা) লাং!

উর্বীঃ- ঐখোয অহুম্না হনখিবগী মতমদু যৌদ্রি ফাওবা!

অর্চনাঃ- ওম্থোক্লা পাংদেদা ইতাবোইসি।

(খঙহৌদনা উর্বীগী মাযথোংদা শীঙনবগী মমি . . ময়াই কাবগুম)

উর্বীঃ- ঐনা উবিবসি নঙসু উবা ঙম্লবদি

অর্চনাঃ- অদুনা কবি! ...... নঙগী নমীৎতা উবিবদু কবম্না মমিনো!

কবম্লা মীৎফম হোংদ্রিবা!

উর্বীঃ- (মাগী ব্রাহ্মেদু অবাপ্লদগী লাকপগুম) ঐ উর্বীনি! ঐনা পৃথিবীগী থম্মোযগী মিহুন তাবিবনি, ঐনা লাপ্লা অতিযাগী - মনাক্তা লেপখৎলগা অকনবা অর্মদি অযাকপা মৈশাগী মঙালদু যেংলিবনি, মদুগী মৈচাক্লুনা ব্রহ্মবর্তগী পুখ্রি খোংবান অমদি তু- খোং কংলগনি।

অর্চনাঃ- নঙবু অসুম যেংলগা ঐদি অকিবদুম পোকই!

উর্বীঃ- (তাশিন্নদনা) অদুগা উপায লৈজদ্রবী পৃথিবীসি কংশিল্লগনি। পৃথিবীগী অৱাবদু ঐ খঙঙি!

অর্চনাঃ- (উর্বীবু পায়বগা) নঙ নঙবু কদাযদা লৈবগে? . . .

উর্বীঃ- (পায়বদুনা মবম ওইবগা হল্লকপগী মওংদা) ঐহাক. .... থোইদোক্লা অমেংবা খোঞ্জেলদা) লান্নদি লৌবোইকো?

অর্চনাঃ- কবিগীনো?

উর্বীঃ- তাও, ঐ নঙগী নতাবোই ওইবা ঙম্লোই।

অর্চনাঃ- নুপা অনিদুগী মবক্তা নঙগী চয়েৎনবদু কোক্লবসু য়াবোইদবা?

উর্বীঃ - ৱাফমদুগী নত্তে।..... ঐগী ইতাবোইদি অমখক্তনি..... পৃথিবী ! পৃথিবীদি ময়ায় কাববা নিশাগী মতৌগুম ঐগা পুনশিন্নববনি.... অদুগা ব্রহ্মাবর্তগী লৈমায়দা লৈবিবশিংদু ঐহাক খাঙবা ঙম্লোই... .. শুকঙম ঙম্লোই....... (য়েংলোমদা থোকখি।)

অর্চনাঃ- ঙাইখো ! ... উর্বী...... উর্বী ! (মখুৎতু থাঙ্গৎতুনা লৈবি।) ...অমুক্লা ঈশৈ শকপা, অমুক্লা হবাও- তয়াম্বা ! ...... অদুনা মাগা ইতাবোই ওইগনি, লৈজবা শক্তি শীজিন্নদুনা !

(ওইথংবা নাকন্দগী খোঙদগী কোক ফাওবা ফিনা মশাদু কুপশিল্লগা নুপা অমা চঙলকই।)

নুপাঃ- অর্চনা !..... অর্চি !

অর্চনাঃ- (খংলদুনা মমায় লৈবগা) কনানো ! (অকিবা অমদি অঙকপা খোঞ্জেলদা)

নুপাঃ- কিগনু ! (মমায়দা কুপ্পা ফি লৌথোকই।)

অর্চনাঃ- পাবুং ! (মাঙদা চঙশিল্লগা) পাবুং ! .. ঐ ঙসাইদগী নঙবু থিবিবনি।

গর্গঃ- খঙঙি !. . চৎলসি ঐগা পূন্না।

অর্চনাঃ- কদাযদা?

গর্গঃ- ঐ হায়গে।

অর্চনাঃ- অদুবু..... অদুবু .......

গর্গঃ- (অর্চনাবু মানা লাকপা মায়কৈবোমদা পুবদুনা) চৎলসি !..... নঙগী থবক লৈ। (থোকখি। মৈঙালদুনা লীলা ফমপাক্তগী থৈদোক্লগা সূত্রধাব অমদি নটীগী মথক্তা তাবি।)

সূত্রধাবঃ- নোংমদি মহাদেবনা পার্বতীবু পুবগা অতিযাদা কোইবম্মী। নুপীগী জাৎতা পোক্লবী পার্বতী মতাং চাবা- চাদবা ৱাহং কযা হংদুনা মহাদেবদু খাঙবদা ৱাবম্মী।

নটীঃ- কবিগুম্বা নুপাশিংনা চমম্নবা থবক তৌবমদ্রবদি নুপীশিংনা কবিগী ৱাহং হংগদৌবিবনো?

সূত্রধাবঃ- মখাদা মীবমলেনগী মফম অমদা ধর্ম্মগী মবমদা খন্না নৈনবম্মী।

পার্বতীনা ত্রিশুল পায়বগা মহাদেববু খান্নগা হায়রকই- হে পশুপতিনাথ, মীওইবদি জ্ঞান লৈবা জীবনি। রাখল খঙ্বা ঙম্মি, অফ- ফত্ত য়েংলগা মতম খুদিংদা অচুম্বা মথৌদু খঙবা ঙম্মি। অদুগা মখোয়না কবিগী ধর্ম্মবু দবকাব ওইবিবনো?

নটীঃ- ধর্ম্ম ! কবম্বা ধর্ম্মনো?

সুত্রধাবঃ- মহাদেবনা পাওখুম পীবকই- "দেবী, মীওইবনা জ্ঞান লৈবগা লোয়ননা শা- ঙাগী লীচৎসু চৎলি। মায়কৈ অমদা থিজিন -খোৎচিনবা, অফ- ফত্ত মশক খঙবা, অমদি রাখল খঙ্বা ঙম্বা জীবনি, মাযকৈ অমদনা মখোয় শা- ঙাগুম ওইবিবনি, হিংসা তৌগনবা, রাখল য়াওদবা, চুমদ্রিং চৎপা।

নটীঃ- কবিগুম্বদা অতিযাগী ঙমখৈ লৈত্রবা শুকংদা কোয়বা চৎলিবা জ্ঞান লৈবগী মওং, কবিগুম্বদনা নুঙশিংগী মবক্তা অমম্বা অমদি অখুবা শুকংদা কোয়না চৎলিবা শাশিং।

সুত্রধাবঃ- মহাদেবনা হায়বকই- হে গনেশকী মমাবেম্মা, শাগী লিচৎ যাওবনা মীওইবনা মখল অমা নত্রগা অমগী মপানগী ওইবা থকশি- খাশি দবকাব ওই, অসিগুম্বা মপানগী ওইবা ইঙ্গিৎকী মতেংনা চৎপা নত্রগা লেপ্পা নাপচৈনা ওল্ল- ওল্লগা মশাগী রাবেপ লৌবা ঙম্বা, মমলদুবু অবেপ্পা ওইনা লৌবা য়াবা ।.. . মদু ধর্ম্মনি।

নটীঃ- অদুদি ধর্ম্ম হায়বসি মীওইবা হায়বা শাদুগী খুর্জিনি।

সুত্রধাবঃ- অদুবু অয়াম্বা মতমদা শাদুনা খুর্জিদু শায়দৎকল্লি। (মৈঙালদুনা মৈপুং মথক্তা য়ৈবৈ, মফমদুদা মনজুশা মাঙদা খুমজিল্লিবা পর্দাদু মাযকৈ অনিদগী সুত অমদি মাগধনা পায়দুনা লেপলি, মদু কথকলীগী নায়ক্কী শক্তম লৌবিবা পর্দাগী মওংনি।

মথং - মথং নোং ঙাল্লকপগী খুদম তাক্লদুনা মৈঙালদু ফমপাকথক্তা শন্দোবল্লি। অদুগা ফমপাক্তুগী মবোল অহুম উবি। মথক থংবা মবোলদুদা সুতকা মাগধগা পর্দা পায়দুনা লৈবি, মবোলদু খাইদগী পিকই। মদুগী মখাদা খবা পাক চাওবদা মায়কৈ অনিদা মখুৎ পুল্লদুনা মুনিময়ামদু লেপ্পি। শুক্রাচার্য, গর্গ অমদি অত্রি। মখাদা মায়কৈ

অমদা সুনিথা, মনাইনুপী অমদি অতোপ্পা নুপীশিং, মায়কৈ অমদনা মীয়ামগী লুচিংবা খুল্লাকপশিং লৈবি।
ফিজং মকমদা ঈশৈ মখোলদু অসুম- অসুম তপথখি।
শুক্রাচার্যনা হায়বকই।)

শুক্রাচার্যঃ- ব্রহ্মাবর্তগী মীয়াম পুম্নমক ঐখোয়গী ৱাসি তাবিয়ু। সনাইবেম্মা সুনীথাসু পুক্লিং চঙবীয়ু! .... বেনগী অশিবা হকচাংদু সনাইবেম্মা সুনিথানা মাগী হৈশিংবা মতিক - মগুন্না নান্দুনা অসুক কুইবা মতমসি চেকশিন্না থম্বীবে, ঙসিদি ঐখোয়গী লাইনিং অমদি তপস্যাগী শক্তিনা মাবু নোইহবে। .... অহানবদা ঐখোয়না বেনগী যেৎথঙবা ফৈগন্দু নোইহবে। (ফিজং মকমদা তাল- নাইনা পুং ঝালগী মখোল তপ্পা অমুক তাবকই। পার্দাদু খজিক্তং লেংঙি, অদুগা তপ্পা- তপ্পা অসুম- অসুম পর্দাদু মখাদা নেমথহল্লি। পর্দাগী মথক থংবা শকক্তা অমুবা মাইখুম উপ্পা মমায়দু উবা ফংঙি। মায়খুমদু অকিবগী মশক্তি অমদি মুই। ডমকশিংগী মখোলদু খবা হৌগৎলকই। মাইখুম উপ্পা নুপাদু পর্দাদু চোংলগা মপান্দা থোবকই। সুত অমদি মাগধ অমুক হন্না পর্দাদু থাঙ্গৎলকই।)
(মখাদা মীয়ামগী খুল্লাকপশিংদু অমমমতা ওইনা, অদুগা অকোনবদা অমত্তা ওইনা পুল্লপ হায়বকই।)

অহানবা খুল্লাকপাঃ- ঐখোয়না অকিবা ফংলবা মাইখুম উপ্পা মীশক অমা উবি।

খুল্লাকপা ২ঃ- মাগী কুচুসি অকাবা উচুক্কা চপ মান্নে।

খুল্লাকপা ৩ ঃ- মাগী মমীৎসি ঙাংলি অদুগা তমথিনা উবি।

ময়াম পুল্লগাঃ- কনানো তোঙানবা অঙকপা জীবসিবু ?

অত্রিঃ- মহাকসি বেনগী ফৈগলদগী পোকপদুনি।
(মাইখুম উপ্পা নুপাদুগী কবেম্নবা মীনোক।)

অহানবা খুল্লাকপাঃ- কবম্বা অঙকপা মীনোক্লো বেনগী ফৈগন্দগী পোকপা মচাসিগী?

খুল্লাকপা ২ঃ- ঐখোয় ময়ামদা নোকপগুম তৌবি।

খুল্লাকপা ৩ঃ- বেনগী মপুক্লিংগী অমোংপা খুদিংমক ফৈগন্দগী পোকপসিদা
য়াওববা জাংলা?
(মনাক্তা চঙশিল্লগা মহাক অমুকসু নোকই।)

শুক্রাচার্যঃ- (থুনমক মবেংবান্দা পাযবগা) ফম্মু নিষাদ ! ... নহাক অসুকপা
উমংদা অমদি চীং - মান্দা কোয়না চৎপা জাতিশিংগী লুচিংবা
ওইগদবনি, বেনগী ফৈগন্দগী পোকপা সিদা ফম্মু!

নুপাঃ- (মাগী মখুৎতু লৌথোক্লগা) ফৈগন্দগী পোকপা। .... (নোকই)
হা. .. হা.... হা!........
(থুনা য়াঙনা চৎখি।)

গর্গঃ- নিষাদ ! নিষাদ !... .

সুনীথাঃ- বেনগী ফত্তবা মগুনদু থোবক্কনি হায়না কিবম্বদু মসিনি।

শুক্রাচার্যঃ- ঙাইবিথো দেবী সুনিথা ! ঐখোযনা বেনগী যেৎথঙবা
পাম্বোমদু নোইখি, অদুগা . . (ডমকগী খোঞ্জেল পর্দাদু লেংঙি,
সুত্তকা মাগধগনা পর্দাদু মখাদা থাদে অদুগা খঙহৌদনা থোইদোক্লা
নীংথিজববা মাযথোঙদা মকোক্তা লুহুপ অমদি হকচাংদা
লীকং- তেন অমদি কবচনচিংবা নিংথিনা লৈতেংলদুনা
মশক- মতৈ ফজবা মগুন লৈবা নুপা অমা মাঙদা চঙশিল্লকই।
ডমকনচিংবগী মখোলদু নেমথখি।)

অহানবা খুল্লাকপাঃ- মতিক- মঙাল লৈববা মায়থোঙ।

খুল্লাকপা ২ঃ- কুচু ঙৌববা হকচাং.

খুল্লাকপা ৩ঃ- চাও- শাংলবা পাম্বোম

মখোয মযামঃ- কনানো মসিবু? দেববাজ ইন্দ্রগী শক্তমগা মান্নে।

শুক্রাচার্যঃ- মহাকসি বেনগী পাম্বোমদগী পোকখিবা পৃথুনি !

শুনিথাঃ- মসিনি, মসিনি, হোযনে মসিনি। মসিনি মৈদা ঈক্লবা সনাদুনি।
মসিগীদমক্তা ঐনা বেনগী হকচাংগী লৈবংদু মৈ হৌদুনা থমখিবনি।

শুক্রাচার্যঃ- পুন্সি নুংশাংবা ওইবীয়ু, মসি লৌবীয়ু।
(পৃথুদা কুশ মনাগী থৌবিদু পায়হল্লি।)

সুনীথাঃ- কুশ? কুশ মনাগী থৌবী..... .

শুক্রাচাযঃ- মান্নি, কুশগী থৌবীদুনি। অদুবু দেবী, পাখৎপীগনু! ... পুন্সি নুংশাংবা ওইবিয়ু, অদোম্না মীয়াম মমাংসিদা ঐখোয়দা রাশকপা তাবনি।

পৃথুঃ- ঐহাক শেম শাজবে।

শুক্রাচার্যঃ- অদুগা রাশক খুদিংগী অদোম্না কুশগী থৌবীসিদা কিশি কিগদবনি!

পৃথুঃ- অহানবা রাশক্তুবু?

শুক্রাচার্যঃ- অদোমগী পাম্বোম পাঙ্গলনা ব্রহ্মাবর্তগী আশ্রম অমদি যজ্ঞগী শঙশিংবু ঙাকশিনগদবনি হায়বসিনি।

পৃথুঃ- শোযদনা ঙাক- শেঞ্জগনি। (কিশি কিশিল্লি।)

অত্রিঃ- অনিশুবা রাশক- নুংশিবা অমদি নুংশিদবগী রাখল থাদোক্লগা থরায পানবা খুদিংগী মফমদা চপ মান্নবা মীৎয়েং থমগদবনি।

পৃথুঃ- ঙমজবা শক্তিদা অমত্তা ওইবগী রাখল থমজগনি। (কিশি কিশিল্লি।)

গর্গঃ- তাইবঙপানসিদা কনাগুম্বনা ধর্ম্মবু থওইদ্রবদি মাবু মায়থিবা পীবগা দণ্ডি পীগদবনি, অদুবু ....

পৃথুঃ- দণ্ডি পীগনি, অদুবু.... .

গর্গঃ- বেদ থিবিবা ব্রাহ্মনশিংদি অদোম্না দণ্ডি পীবা য়াবোই।
(পৃথু তুমিন্না লৈ।)

শুক্রাচার্যঃ- তুমিন্না লৈবীগনু, পুন্সি নুংশাংবা ওইবীয়ু। অহুমশুবা কিশি কিশিনবীয়ু!
(পৃথুনা কবিমত্তা খুমদনা কিশি কিশিল্লি।)

অত্রিঃ- মবিশুবা রাশক বেদদা পীবা অমদি ব্যবহার তৌবগী নুংতিগী ওইবা ধর্ম্ম তাক্লিবদুগী মতুংইন্না লৈবাক ঙাক্কদবনি। অচান- মীবান নাইবা তৌবোইদবনি।

পৃথুঃ- অচান- মীবান নাইজবোই। (কিশি কিশিল্লি।)

শুক্রাচার্যঃ- মঙাশুবা রাশক ! সমাজদা জাতি অচৌ- মচা য়ানশিন্নবা (চাবৌ- মৌবৌনবা) তৌবোইদবনি, আর্য জাতিগী ঈদা য়ানশিন্নবা তৌবোইদবনি।

(পৃথু তুমিন্না লৈ।)

গর্গঃ- অদোম্মা অমুকসু তুমিন্না লৈবিবে!

পৃথুঃ- ঈ- য়ানশিন্নবা থিংবা ! মসিবু ওইথোকপা য়াগদ্রা?.....

অত্রিঃ- থৌনা ফববা, চিংনবীগনু ! ডাকুশিংনা শিঙনবদু নিংশিংবীয়ু।

পৃথুঃ- নিংশিংলি!... (কিশি কিশিল্লি অদুগা কুশগী থৌবিদু পীবি।) লৌশিনবীয়ু।

শুক্রাচার্যঃ- (কুশগী থৌবীদু পৃথুগী মখুৎতগী লৌবগা) পুন্সি তোলোইবীয়ু, খুৎতু পীবীবকউ! কুশাগী থৌবীদুনা পৃথুগী খুদাংদা য়েৎশিল্লি।) .... মসি কুশগী থৌবী পুনবগী নিযমনি, কিশি ময়ামসিনা রাজধর্ম্মনি, জনপদগী মীয়ামসিনা প্রজানি অদুগা প্রজাশিংবু নুংশিবীবা অদোম্মা ঐখোয়গী নিংথৌনি।

খুল্লাকপা ময়াম অমদি মুনিশিংঃ- যাইফবে, ঐখোযগী অহানবা নিংথৌ পৃথুনা যাইফবে।

সূত- মাগধঃ- হে ইনিংথৌ, হে মীথোই মীহেনবা, হে, মপু ঐখোযনা অদোম শৈথাবী ! (সুত অমসুং মাগধ মাঙ্গদা চঙশিল্লি অদুগা মখুৎ লোন্নবগা খুকম্মী।)

সুতঃ- ইনিংথৌনা ফত্তবশিংদুবু দণ্ডি পীবিবা তাবনি, ইনিংথৌনা ধর্ম্মবু ইকাযখুম্নবিবশিংগী মাইযোক্তা লৈবাশিংবু মাঙহনবীগদবনি। ইনিংথৌতনা প্রজাশিংবু যোকপি থাকপিবা অমদি নুংশি- চানবীগদবনি। মবম অসিনা হে যেক্লববু মাঙহনবা ঙস্বা, ব্রাশকচেৎপা, মীযাম্বু ঙাক শেনবীবা ইনিংথৌ, ঐখোযনা ইনিংথৌ ইবুংঙোবু খুকমজবি।

মাগধঃ- নুমিৎ কৌবা লাইনা, থা নিপালদি শানা লৈবগা ঈশিং চিংশিল্লি অদুগা নোংজু থাদা মদুবু অমুক হৈথবকই, মতৌ অসুম্না ইনিংথৌনা প্রজাদগী শেন্দোনগী মওংদা লনথুম খোমজিল্লগা মদুবু প্রজাগী য়াইফনবা অমুক চাদিং তৌগদবনি। মবম অসিনা নিতিবু ঙাকপীবিবা ইনিংথৌবু খুকমজবি!

সুতঃ- নোংঙাল্লকপদা অমম্বগী সমুদ্রনা তাশিল্লগা মাঙখিবগুম ইনিংথৌগী লৌশিং ফংবদগী অবা- অনা, মীওৎ- মীনৈ, অমদি

লমচং নাইদবগী অমোংপা কয়াদু মাঙখ্রগনি।

মাগধঃ- অমম্বনা কুপশিল্লবা উপাল- রাপালশিংদা উচেক্কী খোঞ্জেলনা নুমিৎকী মঙাল ফংবদা খোংজি মখোলগুম ক্রিং- ক্রিং খোঞ্জেল তাবি। অদুগুম্না মুনি অমদি ব্রাহ্মনশিংগী যজ্ঞগী মখোলনা ইনিংথৌগী মফম বুদিং লৈবিবা আশ্রমশিংদু পুমনিল নিলহনগনি।

সুত- মাগধঃ- (অমত্তা ওইনা) হো, কন থৌববা, নুপাথোকপা থোয়না হেন্না থৌনা লৈববা ইনিংথৌ, ঐখোয়না হন্না- হন্না ইনিংথৌগী ওইবক্কদবা মগুনশিং অমদি থবকশিংদুগীদমক খুকমজবি অদুগা. ...

(পৃথুনা হেনগৎলক্লিবা থাগৎ- রাহৈ খুদিংমক তাদুনা লৈবম্মী, মখোয অনিবু খাম্মি।)

পৃথুঃ- ঙাইবিখো ! . . ময়াম্না কনাবু থাগৎপিবিবনো?

সুতঃ- ইনিংথৌবু !.... .

(চঙক্রদুনা মখোয অনি রা ঙাংবা ঙমদে।)

পৃথুঃ- ময়াম্না থাগৎপিবিবদুগী মিংশেলদুদা ঐগী মাইথোংদি উবা ফংদে। (মশাগী মাইখুম লৌথোক্লগা) ময়াম্না ঐগী মাযখুমসিদা থাগৎলিব্রা ! হৌজিক যেংবীযু !

মাগধঃ- মদু মাইখুম্মক্তি নত্তে, ইনিংথৌগী তুংগী শক্তমদুনি ! ওইবক্কদৌবা মতিক মথৌনা অদুগা লান্দা থৌবগী মযিশিংদুসু উবা ফংলিবনি।

পৃথুঃ- ঐবু থাগৎপিবদু তোকপিবো . হৌজিক্তি ঐনা নিংথৌ ওইবগা থবক খজিত্তং ফাওবা তৌদ্রি। হৌজিত্তগী কবম্না থাগৎকদৌবিবনো? (খুদিংমকপু কৌবদুনা) তাবিয়ু মুনি পুম্নমক, তাবিয়ু ইমা সুনীথা, তাবিয়ু ব্রহ্মাবর্তদা লৈবিবা মীপুম খুদিংমক! ময়াম্না ঐঙোন্দা নিংথৌ খুভম শিন্নবীবে। মসিগীদমক্তা ঐবু থাগৎপীবা পামদে, ময়ামগী মতেং ওইনা পাম্মী। রাহৈগী হবাও তয়াম্বদু নত্তে, থবক্কী ঈথৌলাংবদু পাম্মী। থবক শুদনা থাগৎপদুদি ফত্তবা থবক তৌকবগী থীনা ঙাংনবগুম লেমজনিংঙাই ওইদে। (খঙহৌদনা মপান্দগী নিষাদকী মাইখুমফিদু মাঙদা তাবকই।)

গর্গঃ- নিষাদ !

সুনীথাঃ- ফৈগন্দগী পোকপা !

(কবষ চঙলকই। চীংলেম্বা অমদি মথৌ চিনবগী মওংনি।)

কবষঃ- মান্নি, ঐহাক ফৈগন্দগী পোকপনি ! ময়াম্মা চেকশিন্না লৈবীনবা ঐহাক হল্লকপনি।

পৃথুঃ- কবষ ! ... নহাক লাকপা ফবে। নঙগী দবকাব লৈববনি।

কবষঃ- পৃথু !

অত্রিঃ- ইনিংথৌ হায়য়ুনে, নিষাদ !

পৃথুঃ- কৈদৌবে কবষ ?

কবষঃ- ডাকুশিংগী কাংবুদু অতোপ্পা মায়কৈ অমদা চঙশিল্লক্লে

পৃথুঃ- আশ্রমলোমদা?

কবষঃ- নত্তে, মখোয থাবোমদা সবস্বতী লাম্হোক্লগা হৌজিক মখোয খুঙ্গংগী মায:ে তম্ন চঙ লক্লি।

খুল্লাকপা ১ঃ- খুঙ্গং তম্না?

খুল্লাকপা ২ঃ- ডাকুশিংনা খুঙ্গং তম্মা লাক্লে ! . চেল্লো !

খুল্লাকপা ৩ঃ- চেল্লো, চেল্লো !

সুতঃ - মখোযনা সোমদা লাক্লবদি কমদৌবা?

মাগধঃ- ঐখোয কদোমদা চেনগনি ?

খুল্লাকপা ১ঃ- ঐখোয়গী ইমুং- মনুংদি !

খুল্লাকপা ২ঃ- ঐখোযগী শা- ষনদি !

অত্রিঃ- ঋষিদগী হান্না আশ্রমবু ঙাকশেনবা চুমগনি !

গর্গঃ- ঐখোয়গী লম্বী থিংজিনখিবা তাববদি?

শুক্রাচার্যঃ- ইনিংথৌ, উপায় অমদি য়েংবীয়ু । (ইবাং লাংঙি।)

পৃথুঃ- তপথবীয়ু ! ময়াম অমুক্তা তপথবীয়ু ! ...... ময়াম্মা ঐবু নিংথৌ হাপ্লিবে, অদুনা ঐগী য়াথঙসি তাবিয়ু ! ..... সুত অমদি মাগধ নখোয় অনি অবোনবা লম্বীদু খঙলব্রা?

সুতঃ- খঙজৈ ইনিংথৌ !

পৃথুঃ- খুল্লাকপশিংসি মায়কৈ অদোমদা পুস্রো !

মাগধঃ- কদায়দা পুগদবনো ইনিংথৌ?

পৃথুঃ- নোংপোক থংবা ঙমখৈদা অনুপ লমদমদুদা । ... নখোয় অনিবু লমদমদুগী লৈঙাকপা ওইনা খল্লবনি।

সুত- মাগধঃ- ইনিংথৌনা য়াইফবে!

খুল্লাকপাঃ- ঐখোযগী লবুক অমদি পুকৈদি !

পৃথুঃ- ঐনা মখোয়শিংদু ঙাকশেনগনি। খুঙ্গং খুদিংদা নহা পাখঙ তবা- তবা ঐগা লোয়ননা লৈগনি। ময়াম্না অনুপ লমদমদা লানবন শাবিয়ু। লেংবীবো, অদুগা মফমদুদা পাম্বোমগী চেকপল খাবিকুবো।

সুত ঃ- পাম্বোমগী চেকপল !

মাগধঃ- পাম্বোমগী চেকপল !

(সুত - মাগধ অমসুং খুল্লাকপকশিং থোকখি।)

সুনীথাঃ- ইচা ইবুংঙো !

পৃথুঃ- ইমাইবেম্মা! লান্দা শোক্লবশিংদুগী সেবাসু তৌবীগদবনি।

সুনীথাঃ- ঐনা শোইদনা তৌজগনি! নুমিৎসি ঐনা ঙাইদুনা লাকপনি। বেনগী স্ববগী ঈচেলনা পৃথিবীদা মাঙখিবদু হৌজিক নঙগী য়াথঙনা অমুক ফাওবক্লে। মসিনি ঐখোযদা মাইকৈ তাক্লিবা। চৎলসি, অচানবী (থোকখি)।

পৃথুঃ- অদুগা মযাম্না, গুরুদেব বেখট কী আশ্রমদা যজ্ঞ অমদি লাইনিং- লাইশোন তৌবীয়ু, অদুবু হায়জগদবা অমত্তংদি ... ..

গর্গঃ- হায়জগদবা হায়বা ! ইনিংথৌগী য়াথঙদি হিগী পালগুম্বনি। ঐখোযগী হিদি মতোমতা অদুম্মক হোল্লগনি।

অত্রিঃ- ঐখোয়গী য়াইফ- মঙ্গলদি ইনিংথৌগী তুংইনবা মমিগুম ওইগদৌবিবনি।

শুক্রাচার্যঃ- ইনিংথৌ ঐখোয়গী আশির্বাদকী খুদমনি খুদোল অসি ! (লীকংদু পীবি) লৌশিনবীয়ু, লীকং অসিগী মমিং আজগব কৌই! .... নোংমা ইন্দ্রনা লীকং অসিদগী সবস্বতী সিন্ধ অমদি বাবী তুবেলশিংগী তোর্ববান্দা হিংচা - য়াইতম্বশিংগী সহবশিংবু মাঙহনখিবনি!

ঙসিনা ইনিংথৌগী ইখুৎমক্লা মায়কৈ মায়কৈ অদোমদগী লাকপা ডাকুশিংবু মাঙহনগদবনি।

পৃথুঃ- মুনিশিংগী থৌজালনি। অশেংবা লীকংগী লিবীদি জনপদগী মীয়ামনি, মুনিশিংগী পাওতাক্লা মসি উপায় ওইবিবনি। মবম অসিনা ঐনা ময়ামবু ঐগী মন্ত্রি মণ্ডল ওইনা খনজবে।

গর্গঃ- মন্ত্রি মণ্ডন !

পৃথুঃ- মুনিবব শুক্রাচার্যনা ঐগী পুবোহিত মন্ত্রী ওইবীয়ু। গর্গ মুনিনা জ্যোতিষ মন্ত্রি, অত্রি মুনিনা লৈঙাক মন্ত্রি।..... দবকাব ওইবকপা মতমদা ঐনা মুনি ময়ামদগী পাওতাক লৌজনবা আশ্রমদগী কৌজবক্কনি।

শুক্রাচার্যঃ- ঐখোয় শোয়দনা লাকচগনি।

গর্গঃ- মফমসিদা ইনিংথৌ ইথক্তা ঙাইদনবা ঐখোযনা শীনজববনি।

পৃথুঃ- ইথক্তা লৈবদি, মুনিবব, ঐগী অফবা নিতিনি . অদুগা অমনা কবষসু ঐগা পূন্না লৈগনি।

শুক্রাচার্যঃ- মুনি গর্গগী ব্রাফম্না অতোপ্পনি !

অত্রিঃ - ফবে ঐখোয চৎচবগে। মঙ্গল ওইবীয়ু ইনিংথৌ। (মখোয অহুম থোকখি।)

কবষঃ- নঙদি মন্ত্রি মণ্ডলদু পাওখোংদৌনা ব্রা ভংঙি।

পৃথুঃ- নঙদি ঐগী মন্ত্রিমণ্ডলগী মেম্ববনি, ঐগী সেনাপতি ! আজগব লীকংসি শেন্নৌ!

কবষঃ- পৃথু নঙগী মন্ত্রিমণ্ডলনা ঐবু ফৈগন্দগী পোকপা হায়না লাউথোকপীবে। ঐদি উমংগী জাতিশিংগী লূচিংবা ওইগদবনি, নঙগী সেনাপতি ওইগদবা নত্তে।

পৃথুঃ- মাইখুমশিং অসিবু নঙসু অচুম্বনি হায়না খল্লিববা?

কবষঃ- অচুম্বনি হায়না খনবসিবু নঙলা ঐবা?

পৃথুঃ- অচুম্বদি অমখক্তনি, সবস্বতী লাল্লগা ডাকুশিংনা ব্রহ্মাবর্তপূম্বা কোয়শনগনি অদুগা নঙ- ঐগী নুংশিববা হিমালয়সু...... ত্রিগর্তসু পুমমাং মাঙলগনি। অসিগুম্বা মখলগী লাম্বেংনবসি ঐনা য়াথোকখ্রে।.... ঐগী ইতেং পাংউ কবষ!

কবষঃ- মানদি মখোয় ডাকু নত্তে হায়বি।

পৃথুঃ- কবষ, উর্বীগী মিংগী মিত্রংদুনা হৌজিক ঐবু কণ্ডাওনহনবা ঙম্নবোই। উবেদনা কিশিগী লিপুন্সি ? ... (কুশ মনাগী থৌবীদু উংলি।) কুশগী থৌবীগী কিশি খুদিংমক্তু ঐনা ৱাশক অমমম্ শকখিবগীনি।

কবষঃ- হায়বদি লিপুন অমদি মায়খুমশিংসিবু নঙ অশেংবনি খনব্রা!

পৃথুঃ- কবষ, অচুম্বদি অমখক্তনি, ঐখোয়গী ইথৌদাং!

কবষঃ- অশেংবদা অমদি অচুম্বদা খেন্নবা লৈবা য়াই পৃথু। . . ঙাইহাক্কী মমাংদা উর্বীগা ঐগা ৱাবী শান্নবে হাযবসিদি অশেংবনি।

পৃথুঃ- ৱাবী শান্নবে হায়বা?

কবষঃ- মখোযশিংদু খুঙ্গংগী মাইকৈবোমদা চঙশিল্লি হাযনা ঐঙোন্দা চেকশিন্নবা হায়বকখি।

পৃথুঃ- অদুগা উর্বীনা অতৈ কবি কবি খঙবগে?

কবষঃ- মাবু কৌবকউবা? . . উন্নবীগেবা?

পৃথুঃ- ঙাইখো! . ... উর্বীনা নঙবু চেকশিন্নবা হায়খিবা (ৱাখল তৌবগা) কবিগুম্বা .. . . কবিগুম্বা উর্বীসি হুবানবা ডাকুশিংদুগী মচানুপীদি নংত্রববা? মসিবু ঐখোযনা চহি কযাগী মমাংদগী খঙবা ঙমলক্রবা মাগী অ͏ ͏নবদুদি ন͏ ͏ত্রেকো? মাগী অবোনবদু খঙদ্রিবা মবমসিবু কবি ওইবিগবা? . আর্যশিংগী যেক্লবা ডাকুশিংগী মচানুপী?

কবষঃ- কবিনো অদুনা পৃথু! নঙসু আর্যশিংবু থাগৎপা হৌবক্লববা? গুরুজীগী পাওতাক্তু কবম তৌথ্রবগে? হৈনদেদা! উর্বীনা আর্যশিংগী যেক্লবা ডাকুশিংগী মচানুপী অদুগা ঐনা আর্যশিংগী মনাই নিষাদ!

পৃথুঃ- ঐবু শাওহনগনু! কবষ, ঐনা ডাকুশিংবু মাঙহন্নবা ৱাশক্লবনি!

কবষঃ- অদুবু উর্বীনদি মখোয় ডাকু নত্তে হাযবি। লুট তৌবনা মখোয়গী শিনফম নত্তে।

পৃথুঃ- অদুগা আশ্রমদা মখোয়না লান্দাবদুদি?

কবষঃ- মতম অমদা ব্রহ্মাবর্তদা আর্যশিং অমদি ইন্দ্রনা মখোয়গী সহববু মাঙহনখি.... সিন্ধু, ইবাবতী সবস্বতী তোর্ববান্দা ইবং লংলম্বা

সহ্‌বদু মাঙখ্রে। হৌজিক ব্রহ্মাবর্তগী মুনিশিংনা মখোয়গী যজ্ঞগী মিংদা জঙ্গলশিংবু কক্লিবদু মখোয়না কিবি। লৈবাক চেহ্নদুনা সবস্বতীগী তুবেল থিংজিল্লি। মতৌ অসুম্না মখোয়গী খবা লৈজবিবা লবুকশিংদু মাঙ তাক্লগনি।

পৃথুঃ- য়েংলিবনি, ঙাইহাক্তংসিদা নঙবু উর্বীনা য়াম্না তাকপি তম্বীখ্রে।

কবষঃ - চৎলসি পৃথু, ঐগা নঙগা, উর্বীগা পূন্না সবস্বতীগী ঈচেল অমুক হন্না চেন্ননবা থিবসি, অদুগা মতোমতা খৎনবসিগী মক ফুকপা ঙম্লগনি!

পৃথুঃ- খৎনবা! মসিবু নঙনা খৎনবনি হায়বিব্রা? শগোল খুকপ থাদুনা চেনবা পাইবিবা উফুলগী তুংদসু ডাকুশিংগী তমথিবা অমদি হীংসাগী শক্তম, আশ্রমদা মৈগী নোং চুখিবনি হায়বসি তেনখ্রবা মতমসি কাউখ্রে। কাউবব্রা, মখোযগী নুংশি হৈতবা লাংদুদা থুববা ঙাগী মতৌগুম ফ্রং-ফ্রং চোংদুনা আশ্রমদা লৈবশিংদু নঙ-ঐনা কনবিখিবনি। ঐখোয অনি (নোংথাংগী) মতৌগুম অমুবা লৈচিলদু ফাওদুনা চোংশিনখি। মীওই কয়াবু উনা-উনা নঙনা লৈমায়দা তুহনখি। . কবষ, লীকংগী লীবিসি লেংঙক্লে, অদুগা তেন্দোংদগী তেঞ্জেনা খোবক্লবা শেম শাবে! .. . ঐহাক লান থেংনগনি!

কবষঃ- লান্দি ঐসু থেংনগনি।

পৃথুঃ- অদুদি আজগব লীকংসি পায়খৎলো!

কবষঃ- নত্তে, লিকংসি ঐগী নত্তে। ঐদি ফৈগন্দগী পোকপনি। পুক্লিংদগী পোকপা নিংথৌ, নঙগা লোয়ননা ঐহাক লান তৌবা ঙম্মোয়।

পৃথুঃ- শাওনিংলব্রা মকপ? .... নিংথৌ ওইবগী ঐগী শর্তদি নহাক ঐগা পূন্না লৈগদবনি হাযবসি নহাক খঙলব্রা?

কবষঃ- অদুগুম্বা শর্তদুদা উর্বী.... উর্বীগা মবী লৈনবসু য়াওব্রা?

পৃথুঃ- মবী লৈনবা? ...... কবষ নঙগী ৱাঙাংদুবু কবম্বা চিংনবগী খুদমনো?

কবষঃ- চুম্না পাওখুম পীয়ু পৃথু!

পৃথুঃ- ঈ মবিদা য়ানশিন্নবা খক তৌহল্লোই হায়না ঐনা ৱাশক্লি। .... উর্বী.... ডাকুগী মচানি, নৎত্রনে?

কবষঃ- রাফমসি তশেং- তশেংলে। ঐ চৎলগে ইনিংথৌ।
পৃথুঃ- ইনিংথৌ হায়বা? .... কবষ ! .... কদায়দা চৎলিবনো?
কবষঃ- থাজবীমু, আশ্রমগী মতু নাম্মা ফাওবা তৎহল্লোই ! ঐখোয় ময়াম অদুগী অকোয়বদা লৈগনি।
পৃথুঃ- অদুবু লাম্দি সিদসু তৌগনি !
কবষঃ- ঐখোয়না লান অমসু শোল্লগনি ! সবস্বতীগী ঈচেলবু কোয়শীল্লিবা লৈঙোইলমদুগী মায়োক্তা ! ....
পৃথুঃ- অদুগা শোমদনা ডাকুশিংনা ব্রহ্মাবর্ত অপুম্বা কাংখোং চাইহল্লগনি ! অপঙবা ! ..... নঙদি ডাকুগী মচানুপীদগী খুদোম্বীদা উংদুনা লৈবে !
কবষঃ- (নোকই) যাই- যাই ! ..... নঙদি উবীবু কবিমত্তা খন্দবগুম্মী।
পৃথুঃ- (মমায লৈথোক্লুনা খবা লাপ্পা হন্দোক্লগা) ঐনা উবীবু মফমসিদগী চৎখিনবা কবম্বা মতমদা হায়ব্রবগে? .. .... ঐগী অনৌবা থৌবাংসিদা মহাকসু দবকাব ওইবিবনি।
কবষঃ- (অহৌবা খোঞ্জেলদা) নঙনা হায়বগী অর্থসিদি অকোয়বী নুপী ওইনা, অদুগা লুহোংলগা লৌবা নুপী নৎতবা ? মসিনি নঙগী লীচৎ, নিংথৌ পৃথু ! (থোকখি।)
পৃথুঃ- (খঙশাও শাওবদুনা) অদুগা নঙনা .......ফৈগন্দগী পোকপা? (কবষকী মায়কৈবোমদা ওল্লগা) নঙদি? কবষ ! .... কবষ ! (খোঞ্জেল হৌনা) ঐ খঙভি নখোয়গী থৌবাং !(খোন কন্না) চৎখ্রো চৎলু, অদুবু চেকশিল্লু খঙভু ! ঐগী নুপা থোকপগী শক্তিদু মৈ চাকপা হৌববনি অদুগা মৈবিসিনা নঙবুসু য়োৎষ্ণগনি ! .. ফববনি ! তাশিনবা খুদিং তুমশিল্লক্লে.... চময়বা খুদিং .... অদুগা ঐগী লম্বীদি চুম্মী. . (লীকংদু পায়বদুনা) ইথন্তা ঙাইববসু কবি কায়বগে। ঐগী খুৎতি...। ইতোমত্তা ! লীকংগী লীবী চিংঙি ! .... খুদক্কুদা খোংজি মখোল তাই। অর্চনা থোবকই।) ঐ ইথন্তা !
অর্চনাঃ- ইনিংথৌ ইথন্তা নত্তে !
পৃথুঃ- নঙদি কনানো?
অর্চনাঃ- গর্গ মুনিগী মচানুপী অর্চনা ! ........পাবুংনা ইনিংথৌ ইথন্তা লৈবা য়াবোই হায়বি।

পৃথুঃ- অর্চনা ! (মুন্না অর্চনাদা য়েংঙি। অতপ্পা খোঞ্জেলদা) ...... কবন্বা ময়ায়কাবা লৈরাংনা মোমোন নোক্লিবনো?

অর্চনাঃ- ইনিংথৌগী বুয়াখাদা ! অদুগা (মনাক্তা চণ্ডশীল্লগা মখুৎ পায়বদুনা) ইনিংথৌগা পূন্না ঐহাকসু !...... ঐসিবু ইনিংথৌগী বানী নংত্রবরনে?

পৃথুঃ- (মিত্রংনা শুমহৎলবগুম) ঐগী বানী!

অর্চনাঃ- মুনিশিংনা সমুদ্র নৈবগা অমৃত লৌথোকখি অদুগা মদু হাপ্পবা পাত্রগী মবমদসু থাখল তৌখি ! .... ঐ ইশামক ইনিংথৌগী অমৃতগী চক্ষুদুনি। (মাগী মখুৎ অনিদু পৃথুগী মঙকশমদা কোনশিল্লি। মীৎকা - মীৎকা মীৎচানৈ!)

পৃথুঃ- অমৃত অমসুং চক্ষু। .... (তপ্পা অঙৈংবা খোঞ্জেলদা) খুৎনা কোক দুনা কবন্বা মিত্রং তৌবিবনো, যেক্লবা লাম্বেংনবগীসু অদুগা লৈবাংগী উবিনা নুংশিনা চেংনা পুনশিন্নবগীসু ! .... চীংজাওদা কবন্বা ময়ি চংপা অমমুক থেংনববগে, ওইনচাওবী পোমশাংনবী লৈরাং?

অর্চনাঃ- (মঙলান্দা তাওবগুম) শোকপতদা মীৎকুপসিদা সনাবুন্সি নিকখোক্লনি ! কুইববনি ঙাইজবিব, সনাগী পুখমসি লৈতেংদুনা .

পৃথুঃ- নত্তে, ময়ি অমত্তা চংতে !.. জগোই শাবো, ঐগী চীংজাওসিদা অশিবগী (হাৎন-শুনবগী) কোবীগুম অমদি তথক-তথকপা থাজগুম নঙসু ! .... ঐনা ডমরুনি, অদুগা বাঁশিসু ঐনি !

অর্চনাঃ- সনাগী পুখম অমদি অবংবা তেঙ্কোৎশিং ! যাওবি পীক থন্না বসকী ঈপাকুম.... অদুবু লাকপিদ্রে কনাসু লাকপিদ্রে !

পৃথুঃ- লাক্লোই, ঈথক - ইপোম হৌবক্লে ! অমুক্তং ঈহৌবকপদুনা নঙগী পৃথীবীদুনা কোনশিনবীবা, .... অদুগা অতিয়ানা মথুম- মবাম হৌবা ! .... অমুকখক হবাও- তয়াম্বনা লীকংগী খোঞ্জেল অমদি নুংঙাইবগী বাগ ! চয়েংনবা অমত্তা লৈতে, লম্মুক্লবসু লৈতে। ... লাক্লো ! (মখোয় অনি কোনশিন্নৈ। ফিজং মকমদা ধলক অমদি ডমরুগী খোঞ্জেল মরক্তুদা বাঁশিগী নুংশিববা খোঞ্জেলদু তারি।) মমশিল্লকই।

**(ফিজং হাইথরকই।)**

# অনিশুবা অঙ্ক (তাঙ্কক)

(মৈঙাল্দুনা নটী অমদি সুত্রধারদা তারি। মখোয় অনি কাচিন্দা লেপ্লি।)

সুত্রধাবঃ- নটী , উবিবনি নঙনা ৱাং- চাওববা উপান অমা, মদুগী মশা- মবেংশিংদু পাক- শন্না শন্দোকপ্লি অদুনা মীৎয়েংগী ৱাংমদা লৈস্লে।

নটীঃ- লাংগুম্না মবাতাদুনা চোংঙাবন ময়ামগী মতৌগুম খঙবা ঙমদ্রবা অকবা মায়কৈদা চঙশিন্দুনা লৈবি। মবাশিংদু লেপকে হায়বা খন্দ্রি।

সুত্রধাবঃ- অদুগা উপালদুগী অৱাংবা উশাশিংদুদা মচু- কয়াগী লৈবাংশিংনা হাই হুমলি ! লৈবাংশিংদু কেনবসু তৌদে, উহৈসু পান্দে, কংসু কংদে, মকসু প্যান্দে।

নটীঃ- সুত্রধাব, কনানো লৈনম চেন্দবী, মহাও য়াওদবী, মক পান্দবী অদুমকপু পুক্লিং হুবিবী.... মদু ঐখোয়না শোকপসু চাবসু য়াদবা, পৃথিবীদসু থাবা য়াদবা?

সুত্রধাবঃ- লৈবাংশিংদুনি, লৈবাংশিংদুমক্লি নটী !

নটীঃ- লাইশিংদুদি মীওইবনা শক্তম লৌবনি?

সুত্রধাবঃ- মীওইবা সমাজগী চাওববা উপাল ! নঙগী মশিং থিঙমদ্রবা থাজবগী উশাশিংদুদা হাই হুমলিবা লৈবাংশিংদুগী ঐখোয়না লাইশোন ঈশৈ শক্লি, পুজা তৌবি অমদি খুকম্লবি।

নটীঃ- লাইয়াম্না মীওইবগী মতেং পাংদববা?

সুত্রধাবঃ- মসিনি কুম্মৈ হায়বদু। লৈবাংনা মথক্তা শাৎলি অদুবু মকদি মদুদা য়াওদে।

নটীঃ- মকদুদি কদায়দা লৈবগে? অহানবা নিংথৌ পৃথুনা খঙব্রা?

সুত্রধাবঃ - কম্বুবীবু মাগী খোয়দৌদা লৈ হায়বদু শাজিনা খঙব্রা? ....... আদগীসি য়েংঙু !

(ফম্পাক্তা মৈঙাল শন্দোক্লি। পৃথু মতুং ওম্মোক্লগা লেপ্লি। সুতকা মাগধগনা মাবু থাগৎতুনা শৈথাবি।)

সুতঃ- ইনিংথৌ, হৌজিক্তি ঐখোয়না ইনিংথৌগী থৌনা ফবগী শৈথাবা য়াবগদ্রা?

মাগধঃ- ইনিংথৌনা ব্রহ্মাবর্তগী লৈমায়দা ডাকুশিংদু লৈহন্দ্রে। মীফত্তশিংদু মকক-মকক কক্কুনা হাৎথোকখ্রে নত্রগা তান্থোকখ্রে।

সুতঃ- আশ্রমশিংদা শান্তি অমুক লৈবে। চহি অমবোমদি যজ্ঞ অমসুং অগ্নি হোত্র (মৈগী পূজা) চৎথবা হৌবে। মুনি-ঋষিশিংসু ধর্ম্ম-কর্ম্মদা পূক্নিং চঙলে। জাতি কাংলুপসু লেংদনা লৈনবে।

মাগধঃ- অঙকপগা লোযননা হৈশিংনা ইনিংথৌনা লান শোক্লখি। ইন্দ্রনা বৃত্রাসুরবু হাৎখিবগুম ইনিংথৌনা হিংচাবগী মচা-মশুশিংদু ফুদুনা তান্থোকখ্রে। ইনিংথৌগী লীকংগী খোঞ্জেলনা সবস্বতী ৱাংমদা তেক-কাযববা ফুবা দলানশিংদসু লানশিঙনবগুম তৌবি, অদুবু হৌজিক লানশিঙনবদুগী পাওখুম পীনবা মখোয়গী থৌনা লৈত্রে।

সুতঃ- ঐখোয়না ইনিংথৌগী মিংচৎকী ৱাবী পৃথিবীসিদা শন্দোক্ননি।

মাগধঃ- ঐখোয়দা য়াথঙদু পীনবীয়ু ইনিংথৌ।

পৃথুঃ- (মমায় লৈথোক্লগা) মখোয়না ৱাবীদু পৃথিবীসিদা শন্দোক্ননি।

মাগধঃ- ঐখোয়দা য়াথঙদু পীনবীয়ু ইনিংথৌ।

পৃথুঃ- (মমায় লৈথোক্লগা মখোয়দা য়েংঙি) সুত-মাগধ। মীংচৎ লৈবগী হিদাক্কুনা নাববা মীওই খুদিংদা কান্নবদি ফংহন্দে।

সুতঃ- নাববা মীওইদা?

মাগধঃ- ইনিংথৌগী মতিক-মগুন্না ব্রহ্মাবর্তগী প্রজাশিংগী লাইথুং-লায়না খুদিংমক কোকখ্রে।

পৃথুঃ- ঐনা অনাবা মীশক্কু ঐ ইশামক্নি হায়ববদি?

মাগধঃ- ইনিংথৌবু অনাবা?

সুতঃ - ইনিংথৌনা ঐখোয়দা ফাগী তৌবীবি।

পৃথুঃ- তাবিয়ু, সোম্না থাগৎ-ঈশৈ শকপিয়ু, অদুবু ঐগী ওইনা শক্কদবা নত্তে, লাইয়ামগী ওইনা শক্কদবনি।

মাগধঃ- অশ্বিনীকুমারশিংগী থাগৎ-ঈশৈ ঐখোয়না শকখ্রে, অকম -লাইহৌ, অৱা-অনা কয়ানা ঐখোয়গী ইমুং-মনুংবু ৱাহল্লবা মতমদা।

সুতঃ- ঈশিংগী লাই, মৈগী লাই, অমদি খ্বাইদগী হান্না ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংগী থাগৎ- ঈশৈ ঐখোয়না শকখি, য়েক্লবশিংগী কাংবুনা কোয়শিল্লবা মতমদুদা, মখোয়গী তমথিববা চৈফুশিংদু মাইবোং য়াখিবনি।

পৃথুঃ- কৌবীয়ু ইন্দ্রবু অমুকসু কৌবীয়ু ! ইন্দ্রবু, ঈশিংগী লাইবু মৈগী লাইবু অমদি অশ্বিনীকুমাব অনিবু !.... কৌবীয়ু অদুগা মখোয়গী মনাক্তা শিঙনবগী থবায়গী নুংশিৎতু লৈব্রা হায়না হংবীয়ু, মদুনা ঐগী বাঁশিগী খোঞ্জেল অমুক থোকহনবা ঙমগদ্রা য়েংশি। (অর্চনা চঙলকই।)

অর্চনাঃ- ঐনা তাবিবসি কবিনো ইনিংথৌ ! মসিবু কবন্বা অতিয়া খেৎনা ৱাংলিবা খোঞ্জেলনো !

সুতঃ- মহাবানী, ঐখোয়না খুকমজবসিদা পেনবীগনি।

পৃথুঃ- দেবী, অর্চনা ! .. . খোঞ্জেল অসি নঙগী নাকোংনা তাননবা নত্তে।

অর্চনাঃ- ওইথোক্তবনি মহাবাজ। . ঐহাক ইনিংথৌগী হকচাং তংখায়নি। ইনিংথৌদা হুন্নকপা নুংশিৎতুনা ঐবুসু নিকহল্লোইদবা?

মাগধঃ- সনাইবেম্মা, ঐখোয়না মহাবাজগী মিংচৎকী ফিবালদু ঐখোযগী ৱাঙাংগী য়ুম্বীদা পাইহনবা পামজে।

সুতঃ- ঐখোযদা য়াথঙদু পীনবীগদ্রা?

অর্চনাঃ- শুকশোয় শোযদনা !.. নখোয অনি চৎখ্রো অদুগা অহানবা নিংথৌগী মতিক - মগুনগী ৱাবীশিংদু কাচিন- কোযা শিনবা থুংনা শন্দোক্লু বো।

সুত- মাগধঃ- - মহাবানীনা য়াইফবে! (থোকখি)

পৃথুঃ- (ঙাইহাক তুমিন লৈববা তুংদা) অর্চনা খুদিংমকসি অবেম্বনি।

অর্চনাঃ- মতিক- মগুন শোনবদুনা ইনিংথৌগী থৌনা লৈবগী খোঞ্জেলদুগী খোম্থাংনি।

পৃথুঃ- থৌনা !.....

অর্চনাঃ- অমুক্তং লান্দাবদুনা ব্রহ্মবর্তবু অৱাফমদগী কনবীবে।

পৃথুঃ- কনাগুম্বা অৱাংবা চীংজাওগী অঙম্বদু কাববা তুংদা চীংদোলদা লৈতেম মান্নবা লমদম উবে। .... মখোয়শিংদু কবি তৌগদগে অর্চনা?.... ঐদি কাখৎপগী হৈনবীদু লৈববনি। লোয়বা নাইদ্রবা অৱা- অনা কযাসিনা ঐবু কোইশিল্লবে। . অৱাবা স্ববনা হোন্দোক- হোনজিন তৌবিবা স্ববগী মরুভূমী !... মফম- মফম খুদিংদা লৈবিবা, ফমজিল্লবা অঙ্গৈংবা. মবমদি নুংশিৎতু লেপখ্রে . অদুগা শরুফাওবা ঈংবনা নিকহ্নবা ঙম্বদু লাক্রে।

অর্চনাঃ- ঈংবনা নিকপদুনা ফাওবা ঈগী ঈচেল কনখৎহনবদা মতেং পাংবা ঙমদ্রি। (মনাক্তা চঙশিল্লগা মখুৎনা পায।)

পৃথুঃ- নুংশিবগী অচিকপা শুরুংদা নশাবু কাউথোকচবা পাল্লিববা অর্চি?

অর্চনাঃ- কবিগী পাল্লোইদগে? .. অকিবা ফংলবা লালগী খোল্লাও মবক্তেতসু কুঞ্জশিংদুদা ঐখোযনা শান্নখিদববা?

পৃথুঃ- (মযায কাবগী শুমহৎপগা লোযননা) নঙ লনগৈগী মপৈ- মপৈ, অর্চি ! . অমুকখক শোকপসিনা যুগ কযাবু নীংশিংহল্লিবা !
ওঃ শোকপা থেংবসিনা ! নঙগী হকচাংগী ঈপাক অদুগা ঐনা মসিগী ঈবোন্নুংসিদা লুপশিল্লি অদুগা ঈপাকসিগী লৈখাদুদি থেংনদ্রি . থেংনদ্রি। ও ! নঙগী হকচাংগী ঈপাক অর্চি !

অর্চনাঃ- (পৃক্লিং লুপশিন্না) নুংশি থোইববা !

পৃথুঃ- (খঙহায হাযবগুম) নত্তে ! .. নত্তে অর্চনা ! মসিদি চেনবগী মওংনি।

অর্চনাঃ- চেনবা ! .. আর্যপুত্র কনাদগী নাম্থোক্লগা চেনগে খল্লিবনো?

পৃথুঃ- (কয়া থওইদনা) নহাক খঙবা ঙমদ্রে।

অর্চনাঃ- (য়ানিংদবগী মওংদা) কনাবু খল্লুবনো নোংথাংগী মতৌগুম ইনিংথৌবু ঐগী ইফমদগী লাপ্না পুথোক্লিবনো?

পৃথুঃ- (খব- লৌশিং লাকপগী মওংদা) চিংনবিববা..... অপঙবীসিদি !

অর্চনাঃ- অপঙবী ! . . মদুনি মানা ঐঙোন্দা হায়খিবদু !

পৃথুঃ- কনানো?

অর্চনাঃ- মহাক্সা, ইতাবোই ওইবী ঙমদ্রবী ! .... উবী !

পৃথুঃ- চহি অমা শুববা ৱাবীদুবু !

অর্চনাঃ- ইনিংথৌগী লাংতক্লবা, পুক্লিংগী অৱাবা! হৌজিক্তি খঙজবে চান্নবীগী নুংশিগী মমাংদা যুম্বীবেম্বী লিপুনসিদি চজিক্লুম্বনি নৎত্রনে?

পৃথুঃ- অর্চি ! (অমুক হন্না মশাদা পাযবগা নুংশিবা খোঞ্জেলদা) বশিষ্ট অমদি অরুন্ধতীগী ময়ুমগী শুমাংদা লৈবিবা গুহাগী ঈশিংদু কয়াদা খোযথুম্নবিবনো, কযাদা মযাই কাহল্লিবনো হাযবদুদি পুকববা অমদি উর্বীশিগী নুংশি ৱাবী লিবিবশিংনা কবম্না খঙগনি। তশেংনমক কনাগুম্বা কবিনা, কনাগুম্বা শৈশকপনা নুংঙাইববা বাগদুবু ফজিনবা ঙমগদৌবিব্রা মদুদা ঐখোয অনিমকসু সুব অমদি তালগী মতৌগুম চেন্থখবনি।

অর্চনাঃ- সোমদি ইনিংথৌনি ! মতৈ- মনাও অনিগী ফমুংগী কাংখলগী চৈখোক মশিংদু ইনিংথৌগীদমক্তদি অৱাৎপা ওইবিবনি, লৈবাক্কী ঙমখৈগী পাক চা ওবদু ৱাৎপগুম্না ! ঐহাক ইশা ইথন্তা খন্থজবা চুন্নবনি। উবীবু ইনিংথৌগী পুক্লিং পেন্নবগীদমক্তা

পৃথুঃ- (শাওনা অমদি খোন কল্লপ্না) উবী ! উবী ! . উবী !
তোক্লো যাবে, মাগী মামং পনাবদ। দসা নিংঙোলদগী নীংশিংবগী মমিদু তামখে। (খজিক্তুং মশাবু ফাগবগা অর্চনাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা) অর্চি, তাও ! ঐগী পুক্লিং হকচাংসি সেব ফালাগুম্বনি ! . নাকল অমদা সনাগী অকুম্বগুম নঙনা কোনশিনবীবা, অতোপ্পা নাকল অমদনা শিঙনবগী অৱা পোৎলুম !.. .. অদুগা শুপ্নতগী, নুংশিবনা শুমহৎখ্রবসু ... শেবফালাগী ফমপাকশিংদুদি থোক- থোক নোমদুনা লৈবি !..... অর্চি !

অর্চনাঃ- আর্যপুত্র ! .... বাজধর্মগী পোৎলুমসিদি কয়া থোয়না লুম্বীদববা?

পৃথুঃ- বাজধর্ম !..... মন্ত্রি মণ্ডলশিং খৎন- চৈনবা, ৱাকৎপা ময়াম, শিল্লাংবগী অৱা পোৎলুমশিং ! .... মসিদবু কবম্না শীঙনবগী ৱাফম য়াওবিবগে? লৈমায়দা তুম্নিবা মীওইনা ককচেংগী মপৈবু

উবগা মখোয়শিংদু চীঙনি হায়না খল্লি। নত্তে, নত্তে, অর্চি। ......
ঐদি চুম্না লেপ্পগা নোংমদোল পক্লা বাংলিবা উন্না কুপ্পবা চীংদোলশিংদুগী খোল্লাওদু তাবিবনি....

অর্চনাঃ- অদুদি পাবুংগী বাফমদু চুমলে।.... ইনিংথৌগী ক্ষেত্রিয় ধর্মদুদি নিংথৌ ওইনবগীদমক্তনি।

পৃথুঃ- নিংথৌ ওইনবগীদমক্তা লান- তৌগদবা? ..... ঐনা কবিগীদমক অসুক য়াম্না লান থেংনখিবনো, য়েক্লবা লিশিং কয়াবু অশিবগী খয়াংতা কবিগী তাহনখিবনো? .... মুনিশিংগী আশ্রমশিং অমদি ব্রহ্মাবর্তবু ঙাকশেন্নবগীদমক্তনি। ... অদুবু নিংথৌ ওইনিংবগী লানদুদি . মীবু হাৎপনা ওইগনি .....। অর্চি, ঐগী অনিংবা অপাম্বগী শগোলবু খোঙজেল য়াঙহনবা ঙম্বা অতোপ্পা খোঙ (উপায) অমা লৈতে। (অমুক তুমিন্না লৈ) মবম অসিনা চেনবনা চুন্নবনি। নঙগী পুক্নিং হুবা শক্তম, মতম চুপ্পদা থোৎচ- নৌজবা, অদুগা লৈকোন্দা চেনবা। নঙগী মিত্রংনা থল্লবা অমম্বদুদা চেনবা। .... ঐ খঙলে, ইশাবু কিজদুনা চেল্লিবনি অদুবু... অদুবু. (মখোয অনি কোশিন্নে অদুগা মমশিল্লকই। মৈঙালদুনা নটী অমদি সুত্রধাবদা য়ৈবি।)

নটীঃ- সুত্রধাব, ককচেং মপৈদু থাদোক্লগা চীংদোল তম্না চেনশিনবা মসিখক্তনা ঐখোয় পেল্লগদবা?

সুত্রধাবঃ- ঐখোয মযামসি চাকলেন (চবা) অমখক্তী অতিথীগুম্বনি। অশিনবা, অথুম্বা অমদি অয়াকপা ইনশাং মখল কয়ানি, অদুবু মহাওদুদি ইনশাংশিংদুদা যাওদে। মহাওদি ঐখোয ইশা- ইশাগী লৈয়েংসিদা লৈবিবনি।

নটীঃ- পৃথুদু মশাগী মবৈদুনা মহাওদু খঙবা ঙমদববা?

সুত্রধাবঃ- মহাও খঙবা? ..... নটী, অদুবু খঙবা ঙম্বগী শোজৈদুদি মীওইবগী খুৎতা শোদু মতোমতা তৎতুনা তাববা মতমদা ফংঙি।

নটীঃ- অদুদি অমুক বাবা, নীংবা কায়বা, পুকচেল পীকপা, য়ুম কৈ লৈতনা কোয়চৎ চৎপা !

সূত্রধাবঃ- নিলখোংবা অমদি লাওবগী নোংলৈ- নুংশিংতু কবিগুম্বদা লাকই অদুগা মপাগী ফিজিদা চোকথবা অমদি নিংবা কায়বনা পুক্রিংবু য়োমশিল্লি।

নটীঃ- অদুনা মদুসু চেনবা মখল অমনি। (মৈঙালদুনা ওইবোমগী চঙফমদা তাবি। মনাইনুপীদু চঙলকই- মহাক সুনীথাগী মনাই অচানবীনি।)

মনাইনুপীঃ- (লোক খুই। ঙকপগা লোয়ননা) মহাবাজ!
(পৃথু অমদি অর্চনা হন্দোক্লগা লাপথোক্লে।)

অর্চনাঃ- কবিনো অচানবী?

মনাইনুপীঃ- ঙাকপিগনি সনাইবেম্মা! ..... সুত অমদি মাগধবু তমথিবা মওংদা কোয়শিন্দুনা থমগ্লে, অদুগা মখোয় থবায থাবা য়ানা লৈবে।

পৃথুঃ- কবি হাযবা ... ওইথোক্তবনি। ঐনা ডাকুশিংগী কাংলুপ খুদিংমকপু মাঙহনগ্লবনি। হৌজিক্তি কনাগী মতিক লৈদুনা ইনাযশিংবু মতু নাম্মা তৎহনবা ঙমগদগে?

মনাইনুপীঃ- ডাকু নত্তে মহাবাজ! অবাপ- অবাপ্পা খুঙ্গংদগী লাকপা প্রজাশিংননি! সুত অমসুং মাগধনা ইনিংথৌগী থৌনা ফবগী ঈশৈ শক্লনা লৈবম্মী.... মদুদি .

অর্চনাঃ- ময়েক শেঙনা তম্মু অচানবী।

মনাইনুপীঃ- ঙাকপিগনি সনাইবেম্মা। মীযাম্না সুত অমদি মাগধনা ঈশৈ শকপদু থিংলম্মী। মখোয়না মহাবাজগী থৌনা ফবগী মবমদা তাবা পামদ্রে। মখোয যাম্না লাংতক্লবে, মখল- মথেলগী খোল্লাও কয়া লাওদুনা লৈবি, ঈবাং থোক্লবা শেম- শাবি।

পৃথুঃ- ঐ ইশামক চৎলগা য়েংগনি। .. ঐনা ঐগী প্রজাবু মশক মুন্না খঙঙি। (থুনা য়াঙনা চৎখি।)

অর্চনাঃ- কবম্বা ৱাফম ওইবিগবা?

মনাইনুপীঃ- চাকতাংবগীনি, মহাবানী! ..... চাক তাংবা অমদি চাবা ফংদবগীনি!

অর্চনাঃ- কবম্বা মায়কৈদা চাকতাঙবগী অৱাবা লৈবিবগে?

মনাইনুপীঃ-মায়কৈ খুদিংমক্তনি, অবাপ- অবাগ্গা খুঙ্গংশিংদগী মীয়াম লাক্লরে।
অর্চনাঃ- অনকপা স্বাইদদি অসিগুম্বা খুদম অমত্তা উবা ফংদে।
মনাইনুপীঃ- উগী ময়োল মনুংদা চাকপা মৈবিদু মপালদা থুনা থোবক্তে, মদুমক ঐখোয়গী চাক লাম্বগী মৈবীগুম্বনি হায়না মখোয়না হায়। অদুবু মখোয়গী খোল্লাও, মখোয়না মমিৎ ঈ- কানা শাওবা মদু নুংদা চাক্লিবা মৈবিদুগী মৈখুনি!
অর্চনাঃ- অদুবু মৈখু অমসু য়াওবি। মুনিশিংগী যজ্ঞগী মৈখু। মদুনা মিৎকুপ অমত্তংগী অশাওবগী ফত্রবা ব্রাখলদু কোকহনগনি।
মনাইনুপীঃ- সনাইবেম্মা, মহাবাজ পৃথুনা তৌবিবা খুদিংমক মুনিশিংগী আশ্রম অমদি মখোয়গী যজ্ঞ শিংগীদমক্তনি হাযবসিনা মখোয়গী ব্রাকৎনি।
অর্চনাঃ- আশ্রম অমদি যজ্ঞ শিংসি মীযাম অমদি মখোয়গী লৌ- শিংউবদু চাওখৎননবনি।
মনাইনুপীঃ- সনাইবেম্মা, মুনিশিংনা আহুতিশিং কৎলি মখোয়না মন্ত্র কযা শোল্লি। অদুবু ঈশিং চফুদি অসুম- অসুম কংশিল্লক্লি অদুগা অহোবা মখুনদি উবা ফংদে অদুগা ঈশিংদি মবিক - মবিক যুবি।
অর্চনাঃ- লাইয়াম্না চফুদুবু কংহন্দনবা হোৎনগনি।
মনাইনুপীঃ- লাইয়াম্না মুনিশিংগী খোল্লাওদু তাশিন্নদ্রে। মুনিশিংগী মন্ত্র (গর্গ অমসুং অত্রি চঙলকই।)
গর্গঃ- মুনিশিংগী মাইযোক্তা মফমসিদসু খোল্লাওদু লাউবিব্রা?
অর্চনাঃ- পাবুং।...
গর্গঃ- য়েংলিবনি, সনাইবেম্মা সুনিথাদু লাইবমলেন্দা তিনখ্রে, অদুবু মুনিশিংগী মাইয়োক্তা ফত্তবা লাল্লোং চৎথনবা মনাইনুপীসিদি থনমলে।
মনাইনুপীঃ- ঙাকপিগনি মুনিবব! ..... ঐদি....
গর্গঃ- নোংমা শাপ ফংলবা কুশগী থৌবীদু পৃথিবীদা নঙনা ফুমজিনখিনবনি। তশেংনমক শুক্রাচার্যনা নঙনা তৌখিবা থবক্তু থিংবা পামখিববা?
অর্চনাঃ- মদুনা কবম্না ব্রাফমনো পাবুং?

গর্গঃ- অত্রি মুনিদা হংঙু।

অর্চনাঃ- অচানবী নঙ চৎখ্রো। (মনাইনুপীদু চৎখি।) অদোম্মা হায়বগী অর্থসিদি লাওনবিবা অমদি শাওনবিবশিংসিদা শুক্রাচার্যগী খুৎ য়াওই অসিনিনে?

অত্রিঃ- নত্তে !..... অদুবু কবিগুম্বা শুক্রনিতিনা মহে় য়ানবা ঙমদ্রবদি মদুগী মবাল কনাগী ওইগনি?

অর্চনাঃ- অদুবু মন্ত্রিমণ্ডলগী ব্রাবেপতি মুনি মযাম্মা পুনশিল্লগা লৌবনি।

অত্রিঃ- শুক্রাচার্যদি ভৃগু শাগৈদা পোকপনি। অদুগা ভৃগুশাগৈগী হৈনবী লীচৎতুদি ইবেম্মনা খঙবীদ্রে। তাঞ্জা ফংবগা অধিকাব পূম্বা মখুৎনা পায়শিল্লি। শুক্রাচার্যদি পুবোহিত মন্ত্রী ওইবতা নত্তনা প্রধানমন্ত্রীসু ওইবিবনি।.. হৌজিক্তি খাঙবা তাবনি। (শুক্রাচার্য চঙলকই।)

শুক্রাচার্যঃ- যেংলিবনি, মন্ত্রী ময়াম্মা মখোয়গী থৌশিলদু মন্ত্রী মণ্ডলদা খঙহনদনা মহাবানীগী কাসিদা ওইনা খঙহল্লি।

অত্রিঃ- মন্ত্রিমণ্ডলদুবু কদাযদা লৈবগে শুক্রাচার্য। (কবেম্নবগী মওংদা) অদোম্মা লৈবা মফমদুদা মন্ত্রিমণ্ডলসু লৈবিবনি।

শুক্রাচার্যঃ- ইথৌদাংদগী লৈথোক্লবগীদমক তৌশিন্নবা দবকাব ওইবিব্রা অত্রি মুনি?

অত্রিঃ- তৌশিন্নবগী থবক্তুদি অদোম্মা তৌগদবনি, ভৃগুগী মচানুপা, নশানা শেমজবা নিয়মগী অশোয়বশিংদুবু পর্দা খনজিন্নবগীদমক্তা।

শুক্রাচার্যঃ- পর্দা ! ভৃগুশাগৈদি পর্দা খনজিনদে, পর্দা হাইদোকই।

অত্রিঃ- অত্রিগী শাগৈদা লোৎশিন্নবা হোৎনবদুদা পর্দা হাইদোকপদু কিবিববা?

শুক্রাচার্যঃ- ঐবু ব্রা য়াম্মা কবিগী ঙাংহল্লিবনো অত্রি? (মনাইনুপীদু থুনা য়াঙনা থোবকই।)

মনাইনুপীঃ- অঙকপা মতৌ হায়বদু ওইবে।

অর্চনাঃ- কবি তৌববগে?

মনাইনুপীঃ- সনাইবেম্মা, ইনিংথৌবু কোয়শিন্দুনা থমখ্রে।

অর্চনাঃ- কোয়শিনখ্রে হায়বা?

মনাইনুপীঃ- ইনিংথৌনা আজগব লীকংদু তোঙান্না লৌথোক্লগা থমগ্রে। থাংশাংদুসু পায়খিদ্রে। .... খুৎলায় য়াওদনা মীয়াম মবক্তা চঙশিনগ্রে অদুগা সুত অমদি মাগধদা মীয়াম্না অকিবা ফংনা লান্দাগ্রে।

অর্চনাঃ- (পাখৎনা) লান্দাবা? .... ঐহাক চৎলে।

গর্গঃ- অর্চনা ঙাইহাক্তা ঙাইখো!

অর্চনাঃ- নত্তে পাবুং! আর্যপুত্রগী থৱায় খুদোংথিনিংঙাই ওইবে।
(চৎনা-চৎনা) ঐহাক চৎপা তাবনি।
(চৎখি। মতুংদা মনাইনুপীদু ইন্নখি।)

গর্গঃ- অর্চনা? . . (শুক্রাচার্যদা ইঙ্গিৎ তৌবগা)... খুৎলায় পাযদবা নিংথৌ! শুক্রাচার্য, অদোমবু কবি খনবিবিবগে?

শুক্রাচার্যঃ- খুৎলায পাযদবা অমদি কিদবা!

গর্গঃ- হোয, কিদবা। অদুগা মানা কিদ্রবা মতমদা মাগী মাযথোঙদা অশাওবসু- নুংশিবসু উবা ফংঙি। অসুম্না তৌই. অসুম হায়না।

শুক্রাচার্যঃ- য়াম্লবা মীয়ামদুগা থেংনবদগী মঙোন্দা হবাও- তয়াম্বা ফংবগুমগ্রে।

গর্গঃ- অদুম্নবু!... সোমবু কবি কবম্না জ্ঞান ফংবীববগে?

অত্রিঃ- কুশাগী থৌবীগী মশক ওইবা কবচদু ঐখোয়না নিংথৌ পৃথুদা পীগ্রে, মদুনা মহাক্লা মিত্রংগী থবক তৌবা হৌবে। অদুবু....

শুক্রাচার্যঃ- অদুবু কবচ নত্তে হায়না অমুক পল্লবগী দবকাব ওইবিব্রা? মদুদি ঐখোয় ময়াম অমদি পৃথুগী মবক্তা লৈবা লীপুন মচা অমনি। ঐদি অকিবা পোকই।

গর্গঃ- কিবিবনি, কবিগুম্বা নিংথৌনা ফংত- নুংদা থোক্লবদি....

শুক্রাচার্যঃ- নত্তে গর্গ। নত্তে! নিংথৌ শিবগীদি থোইনা অকিবা লৈতে অদুবু হিংহৌবনা হেন্না চিন্তা লৈ।

গর্গঃ- এঃ?

অত্রিঃ- শিবা অমদি জ্ঞান তাবগী বাফমদা খেন্নবা লৈ, শুক্রাচার্য!

শুক্রাচার্যঃ- অত্রি, অদোম্না ভৃগু শাগে অমদি অত্রি শাগে অসিগী মবক্তা খেন্নবা

থমবদু খক য়াবোই।

অত্রিঃ- ঐনবা নত্তগা অদোম্নবা?

শুক্রাচার্যঃ- ভৃগুশাগী অমদি অত্রি শাগৈদা নত্তনা মুনি খুদিংগী মশাগী খুদোংথিবা তাগদৌবে হায়না ঐনা অকিবা পোকই।

অত্রিঃ- মতৌ কবম্ননো?

শুক্রাচার্যঃ- নিংথৌ পৃথুগী মথৌনা হেন্না লৈবগনি।

গর্গঃ- নত্তে, নত্তে। অদোম্না বেনগুম্না পৃথুবু হাৎপা য়াবোই।

শুক্রাচার্যঃ- মদুবু কনানা হায়বিবনো গর্গ? তাবিয়ু। অদোম্না অমদি ঐখোয মযাম্না প্রজাশিংদা নিংথৌগী অশাওবা অমদি শাপতু তমশিল্লে। অদুবু নিংথৌ পৃথুনদি প্রজাগী তৌবীমল অমদি হবাও- তয়াম্বদু ফংলি মবম অসিননি ...

অত্রিঃ- মবম অদুনা মহাক কিগন্দ্রিববা? থৌনা ফবা লাম্মী খুদিংমক কিগন্দবা তাবনি।

শুক্রাচার্যঃ- খুৎলাই পাযদবা মীনা কিবক্তবদি মাগী মথৌনাদু মপান নাইদ্রবনি।

গর্গঃ- অদোম্না হায়বিবিবদুগী অর্থ কবিনো শুক্রাচার্য?

শুক্রাচার্যঃ- থাজবীয়ু, অদোমগী যোকচবী কন্যাদুগী মপুবোইববু ঐনা - বেন্না চৎখিবা লম্বীদুদা থাবা পামদে।

অত্রিঃ- পৃথুনা অমুক হন্না খুৎলায়শিংনা লৈতেংদুনা থৌনাফবগী ফিবাল পাইহনবদু অদোম্না পাম্বীবিব্রা? . .. অদুদি মসিগী উপায অমখক লৈ। পৃথুবু অনিংবা অমদি নুপা থোকপগী শগোলদা তোংহন্দুনা নিংথৌ ওইবগী লম্বীদুদা মমায় লৈহনবীয়ু।

শুক্রাচার্যঃ - অদুবু ব্রহ্মবর্তদা চাক তাঙবা য়াওবব্রা? চাবা ফংনদ্রববা?

অত্রিঃ- চাবা ফংদবগী কোক্লবা উপায়দি বৈশ্বানবগী মৈনি, ঐখোযগী যজ্ঞশিংগী মৈবীদুনি। ব্রহ্মাবর্তগী লমদমসে লৈহাও চেন্দ্রে। অদুবু গঙ্গা ৱাংমদদি নোংপোক থংবা মায়কৈদা উমংনা পীক থন্না লৈবি।

গর্গঃ - অচুম্বনি, মখোয়না বৈশ্বানবগী মৈদু পুবগা গঙ্গাগী নোংপোক্লোমদা চৎহনখো হায়না ঐখোয় মযাম্না ইনিংথৌদা হায়গনি। অদুম তৌববদি উমংদু চাকশ্রগনি অদুগা লৌ উনবা অনৌবা লৌফমসু ফংলগনি।

অত্রিঃ- মদু নত্তে। সরস্বতী লাম্থোক্লগা মশাগী শহব থাদোক্লুনা গঙ্গাগী নোংপোকলোমদা চেনখ্রবা ডাকুশিংদু বৈশ্বানরগী মৈগী মৈশাদুনা মাঙখ্রগনি।

শুক্রাচার্যঃ- তাবিখো। বৈশ্বানরগী মৈদগী হেন্না তমথিবা মৈদি সহবগী তেক -কায়রবা দলানশিংগী মরক্তা চাক্লি।

অত্রিঃ- (খংলদুনা) করিবো?

শুক্রাচার্য ঃ- (মাগী ফুরিংখাওদগী লৈবাক্লা শাবা শক্তম অমা লৌথোক্লগা উৎলি।) মসি য়েংবিয়ু।

গর্গঃ- পৃথিবী (মালেম লৈমা) হুবানবা ডাকুশিংগী লাইবেন্নী।

অত্রিঃ- হিংচাবীদুগী পুজা তৌবনা ঐখোয়গী যজ্ঞগী শঙলেন অমদি মন্ত্রশিংদু অবেন্না ওইবে।

শুক্রাচার্যঃ- মান্নি, হিংচাবীগী লীচৎতুমক ওইবি, অত্রি মুনি। .... অদুগা মাগী হবাও তয়াম্বদু হেনগৎলিবমখৈ ঐখোযগী ব্রহ্মাবর্তদা চাক- তাংবা হেনগৎলিবনি।

অত্রিঃ- অদুগুম্বা অকিবগী মশক ওইববা মাগী হবাও তযাম্বদু মাঙহনবা তাবনি। (পৃথু চঙলকই।)
(অত্রিগী অবোইবা রাহৈশিংদু তাবি।)

পৃথুঃ- হবাও তয়াম্বদুদি ঐনা মাঙহনগদবনি অত্রি মুনি! ঐনা মদুবু ফাজিন্দুনা থমগনি। মীযাম হবাও- তযাম্বগী ঈথক্তু হৌজিক্তি হন্থখ্রে।

অত্রিঃ- ইনিংথৌ লেংবীবক্লে।

শুক্রাচার্যঃ- ইনিংথৌ নুংঙাই য়াইফবীবিদনা?

গর্গঃ- কনাগুম্বনা ইনিংথৌদা লান্দাবকপদি লৈবীদেকো?

পৃথুঃ- নোংলৈ- নুংশিৎকী মাঙ থানা উমাইবীশিংনা মশা ফন্দোক্লগা পাইবগুম ঐসু তৌবিবনি। ঐগী হকচাং কয়াৎশিংদা থৌনা লিংজেল লৈবি। নিংবা কায়বা খুদিংমক মাঙখ্রে। অদোম্না অঙকপা পোক্লনি অত্রি মুনি, ঐঙোন্দা .... ঐঙোন্দা..... অঙকপা নুংঙাইবা অমা ফাওবি।

অত্রিঃ- নুংঙাইবা ফাওবা!

পৃথুঃ- হোয় নুংঙাইবা ! (খোঞ্জেল হোংলগা) অমদি অশাওবসু ! ... প্রজা মীয়ামবু ঐনা থেমজিল্লগা লাক্লিবনি, মখোয়গী অৱা- অনাগী ৱাবীশিংদু তাবগা মিনুংশি পোক্তে, শাওনিংবা পোকই। ঐনা মুনি ময়ামদা হংলি, কুশা মনাগী থৌবীসি কিশি কিবগা ঐনা ৱাশকখিবশিংদু ঐনা মপুং ফানা ঙাকখিববা- ঙাকখিদববা?

গর্গঃ- ইনিংথৌনা ৱাশক খুদিংমক ঙাকপিখি।

পৃথুঃ- অদু ওইববদি ঐগী লৈবাক্তা কবিগী চাক তাংলিবনো? .. মুনিশিংগী যজ্ঞগী মৈদু মুৎথৎপা ডাকুশিংদু ঐনা ফুবগা তানখিদববা?

গর্গঃ- ঐখোযগী হৱনকুণ্ডশিংদগী থোবকপা মৈখুগী মপৈশিংদু অতিযাদা নোংগা পুনশিন্নদুনা লৈবি।

পৃথুঃ- নোংদি চুবক্তবরা?

অত্রিঃ- চুবকই। ঐখোয়গী যজ্ঞগী মন্ত্রশিংদু তাবগা ইন্দ্রনা য়াথঙ পিবি, অদুগা বকন, নুমিৎ অমদি নুংশিৎ কৌবা দেবতাশিংনা ঈশিং মবিক কয়া খিকথবীবকই।

পৃথুঃ- অদুদি কবিগী মহৈ- মবোং থোক্লিবনো? ঈশিং মীযামদু কদায়দা চৎখ্রে ? যজ্ঞদগী থোবকপা মৈবীদুনা উমংদা চাকলি অদুগা মফমদুগী লৈবাক্তুগী কবিগী ফৌ (মহৈ- মবোং) থোক্লিবনো? ঐগী নাকোংদদি মখোয মযামদুনা লাউবগী খোঞ্জেলদুনা ঙংদুনা লৈবি।

(খোঞ্জেল হোংলগা) লৈবাক্তি যাওবি মদুদা, অদুবু বসতি য়াওদে। ঈশিংদি যাওবি, অথোৎপদি য়াওদে। অচুম্বদুদি অমখক্তনি, খোঞ্জেলসু অমত্তনি - চাক লাম্মে ! হায়বা।

শুক্রাচার্যঃ- মদুগী মবমসু অমখক্তনি।

পৃথুঃ- অদোম্না ঙসাইদগী তুমিন্না লৈবিবিবা কবিগীনো শুক্রাচার্য?

শুক্রাচার্যঃ- মবম অসিগীদমক্তনি, ইনিংথৌনা অমুক্তা হেন্না শাওবদু ঐনা পাম্মী। অশাওবনা নিংথৌগী নীচৎনি।

পৃথুঃ- মসি ঐগী নীচৎ নত্তে আচার্য, ঐনা ফাথবগা লাকপা প্রজা মীয়ামগীনি অদুগা মখোয়গী অৱাবদুনা ঐগী অশাওবা ওইবিবনি।

শুক্রাচার্যঃ- প্রজাগী অৱাবা, ঐখোয়গী চিন্তা, ইনিংথৌগীনা অশাওবা, অহৃমসিগী পান্দমদি অমখক্তনি ইনিংথৌ, মসিগী মৰমসু অমখক্তনি মালেম লৈমা ! (ভূচন্দিকা)

পৃথুঃ- কনানো মালেম লৈমদু, ঐগী তেন্না থাবা পান্নিবা?

শুক্রাচার্যঃ- ইনিংথৌ ! সৰস্বতী লাম্বোক্লগা ইনিংথৌগী পাম্বোম পাঙ্গলনা ডাকুশিংদু তাম্থোকখিবনি, মখোয়শিংদুনা অসিগুম্বা হঙ্গোয়ববী দেবীসিগী হ্বাৎ- থৌনি তৌবি।

(অশাবা শক্তমদু উৎলি।)

পৃথুঃ- (শক্তমদু মখুৎতা থল্লগা) মফি থোংদ্রবী নুপীগী মুর্তি ! মাগী মবুকসিদগী উপাল অমা থোবক্লি। .. হঙ্গোযখ্রেদা !

শুক্রাচার্যঃ- সৰস্বতী ৱাংমদা তেক- কাযববা দলান মবক্তা লোৎলগা কনাগুম্বনা দেবীসিগী খোল্ল ও লাউবি। ঐখোযগী ব্রহ্মাবর্তগী লমদমসিদা হিংচাবীসি লৈবৱে। পৃথিবীসি ঙাওবে। অদুগা মহাক্লা লৈবাক লৈহাওপুম্বা মনুংদা চিংশিনখ্রে। অদুনা চাক তাঙবা থোক্লিবনি ইনিংথৌ। চাক তাঙবা, ইকুঙ থোকপা অমদি চাবা ফংদবা !

পৃথুঃ- অদুবু মাগী শহৰ অমদি খুঙ্গংদি তেক- কাযববা ঙাক্তা ঙাইবে।

গর্গঃ - ঐখোযগী যজ্ঞ অমদি মৈদা কৎপা লোযনা অবেম্বা ওইবে।

অত্রিঃ - পৃথিবীনা ঐখোয়গী মন্ত্রসি তাশিন্নদ্রে।

পৃথুঃ- পৃথিবীনা ঐগী লীকংগী খোঞ্জেল তাবা তাবনি। ঐনা মাগী নাপলদু মচেৎ- মচেৎ তাহনগনি।

শুক্রাচার্যঃ- পৃথিবীগী নাপলবু থুদেক্লবা উপায় অমা লৈ ইনিংথৌ: আর্য নত্তবশিংগী তেক কায়ববা য়ুমশিংদুদা অকিবগী মশক ওইববা পুজা তৌবদু থিংবীয়ু . . থিংবা ঙম্বীগদ্রা?

পৃথুঃ- মীওইচা কয়াগী অবাম থৌবাংবা অমদি নাপলদু ঐগী খুৎতা শক্তি ওইনা লৈখ্রবনি আচার্য !

শুক্রাচার্যঃ- ঐখোয়না ইনিংথৌগী পাম্বোম পাঙ্গলদা খজিক্তা ফাওবা চিংনবা পোক্তে। চিংনবা পোক্লিবদি ইনিংথৌগী পুক্লিংদা মওন- মওন খনবদুনি।

পৃথুঃ- ঐগী মন্ত্রীমণ্ডলদা ঐগী পুক্নিংবু ঙাকশেনবা মীশক ওইনিংবসু য়াওবিব্রা য়েংগে।

শুক্রাচার্যঃ- মবম অসিনা ইনিংথৌগী পুক্নিংগী মকপ ওইবিবা, নিয়মগী মতুং ইন্না লৈবিবা থোংঙাকপদু ইনিংথৌনা মাঙহন্নবা হোৎনবীবি।

পৃথুঃ- কনাবুনোনে?

শুক্রাচার্যঃ- নিষাদপুনি।

পৃথুঃ- নিষাদ হায়বা? কবষপু?

অত্রিঃ- শুক্রাচার্য, অদোম্মা হায়বিবদু কবিনো?

শুক্রাচার্যঃ- হায়বিবসি অচুম্বনি অত্রি। ঐখোয়না আশ্রমদগী তাম্থোকখিবা কবষতুনি।

পৃথুঃ- কবষতু অদোমগী আশ্রমদা লৈবম্মী অদুগা অদোম্মা মাবু তাম্থোকপিখ্রে, অনিমকসি ঐঙোন্দদি অনৌবা ৱাফমনি।

শুক্রাচার্যঃ- ঐখোয় অনিনা ইনিংথৌবু কবিসু লৈতবা ৱাফমসিদা চময়হনবা পামজদে।

পৃথুঃ- (ঙাইহাক্তং ৱাখল তৌবগা) কবিসু লৈতবা ৱাফমশিং!

অত্রিঃ- নিষাদপু আশ্রমদগী তাম্থোকপা দবকাব ওইখি, ইনিংথৌ!

গর্গঃ- মহাক্না সবস্বতীগী ঈশিংবু মোৎহনবা পামখি। নিষাদনা ঐখোযগা পূন্না ফমলগা যজ্ঞ তৌবসু পামখিবনি।

অত্রিঃ- লৈনুংদা চেল্লিবা ঈশিংদুনা আচমন তৌবগা মুনিগী ফমবু ফংবা পামখিবনি।

গর্গঃ- অদুগা মদুগীদমক মহাক্না সবস্বতীবু লৈখাদা তৌথবগা লৈঙোই মখাদগী ঈশিং লৌবা পামখিবনি।

অত্রিঃ- আর্য- শাগৈগী মতিক- মগুন্দু ঙাক্নবা নিষাদপু আশ্রমদগী তাম্থোকপা তাবনি, ইনিংথৌ!

গর্গঃ- চৎলমদাইদা মহাক মুনিগী শক্তমদা অমুক হল্লকনি হাযনা লাউথোক্লম্মী।

শুক্রাচার্যঃ- ঐনা মাগী মায়থোংদা অকিবগী মশক ওইববা হিংসা তৌনিংবগী শক্তমদু উখি। অদুগা হৌজিক্তা ঐঙোন্দা আর্য নত্তবা দস্যুশিংনা

তেক-কায়ববা কোন্নুংদুদা মালেম লৈমগী অকিবা থৌবাংশিংদু নিষাদনা ঙাক শেল্লি হায়না পাও ফংঙি।

পৃথুঃ- কবষনা মফি থোংদ্রবী নুপীগী অশাবা শক্তমদুদা পুজা তৌবদু ঙাক শেনগদ্রা?

গর্গঃ- কবষনা ইনিংথৌগী মফমদা থাজবদু মাঙহন্নবা হোৎনবি।

পৃথুঃ- ঐঙোন্দা থাজবা মাঙহনবদুগী চিন্তা লৈতে আচার্য! অদুবু ফত্রবী নুপীদুবু চংজফম পীবি, মানা ফাজিনবদা প্রজা লিশিং কযা অৱাফমদা তাগনি। পৃথিবীগী শিংলিদা চেল্লিবা হুদুনা পুখ্রি খোংবান কংহল্লগনি অদুগা কবষনা বিষকন্যাদুগী অকিবগী মশক ওইববা জগোযদু মতেং পাংশিনগনি। . অসুম্না কবিগী তৌফম থোকপগে? পৃথিবী বিষকন্যা (হ্ চেনবী নুপী) পৃথিবী নাপল চাওবী নুপী। কনানো. . কনানোনে মহাক্তুবো?

শুক্রাচার্যঃ- ইনিংথৌসি লৈতাফম খঙদবে .. চেকশিনবীযু চেকশিনবীযু।

পৃথুঃ- (হান্নগী ফিভমদা) নাপল তৌবী পৃথিবী! কনানো? অদুগা কবষ। . (খঙহৌদনা ভাব তাবগী মওংদা পাম্বে অমা লৈববগুম, অচেৎপা ৱাঙাংদা) নত্তে আচার্য! চযম্লবা কবিসু লৈতে! ঐনা মাঙনবগী মশক ওইববী নুপীদু লোযশিনগনি! ঐনা মালেম লৈমদু হাৎতোক্লগনি। (লীকং- তেন মখুৎতা পাযবগা) নঙবু ঙাকশেল্লিবা মীশক্তুনা নঙবু কৈদৌনুংদা কনবা ঙম্লবোই। কিবদুনা নিক্কদবনি, থক-থক নিক্কদবনি, নাপল চাওবী মালেম লৈমা, মবমদি মবোল অহুমদা মফম কৈদসু নঙগী চঙজফম লৈববোই। চৎলসি, ঐঙোন্দা লম্বীদু তাকপিযু শুক্রাচার্য। অমম্বগী য়োম্ফিংদু থদৎতুনা মাঙহল্লসি। (পৃথুগা লোয়ননা শুক্রাচার্য চৎখি। অত্রিবু গর্গনা খাম্মি।)

গর্গঃ- তাবিযু আচার্য অত্রি, মসিবু অচুম্বা থৌওংলনে?

অত্রিঃ- অঙকপা বুদ্ধিনি শুক্রাচার্যগী। প্রজাগী মপান নাইদ্রবা নুংশিবা

অমদি চানবীবদুনা মীৎকুপ অমদা পৃথুবু লাপ্না থাদোকখ্রে... ভৃগু শাগৈদা পোকপা, নগুবু মশক খগুবা হায়বসিসু অকৈবা অমনি।

গর্গঃ- অদুবু মায়া হৈবীদুগী মিত্রংদুনা ইনিংথৌগী মতিক - মথৌনা মাঙহনবা গুমগদ্রা?

অত্রিঃ- পৃথুনা চৎপা চুম্মী, গর্গ মুনি। চৎপা তাবনি। (অর্চনা থুনা য়াঙনা থোবকই।)

অর্চনা ঃ- ইনিংথৌ আর্যপুত্রদু কদোমদা লেংখিবগে?

অত্রিঃ- সবস্বতী লাম্বোক্লগা লৈবা লৈঙোয়লমদুদা আর্যগী নত্তবা তেক কায়ববা কোন্নুংগী মায়কৈবোমদা।

গর্গঃ- নগুনা চৎপা য়াবা খোঙচৎ নত্তে ইবেম্মা।

অর্চনাঃ- পাবুং, নুপীনা কে - মৌবসিদি লৈতেংগীনি, মসিনা অযেৎপা লিপুনদুদি নত্তে। আর্যপুত্রগী কবম্বা লানফমদা ঐনা শকক যাখিদবা যাওবগে?

অত্রিঃ- মসিদি লানগী খোঙচৎ নত্তে বানী। অসিগুম্বা খোঙচৎসিদা ইনিংথৌনা মতোমতা চৎপা তাবনি, শুপ্নতগী মথন্তা ।

অর্চনাঃ- অদুদি ঐহাক শোযদনা চৎকনি। ঐহাক যাওদনা মাগী হাঙলবা থম্মোযদা চিংনবা অমদি অকিবা কযানা পীক থল্লগনি। ঐহাক চৎলবনি। (চৎখি।)

গর্গঃ- অর্চি, অর্চি ! (মতুংদা অসুম ইন্নবি।)

অত্রিঃ- থাগৎনিংঙাইনি শুক্রাচার্য নগুগী শুক্রনীতি ! প্রজাশিংসু হৌজিক্তি ঐখোয়গী খুবামনুংদা লৈবগনি। ভৃগু শাগৈদা পোক্লবা, অঙকপনি নগুগী নতিক-নথৌনাসে। (চৎখি, অদুগা মমশিল্লকই।)

# অহুমশুবা তাঙ্কক

(মৈঙালদুনা নটী অমদি সুত্রধাবদা য়ৌবি।)

সুত্রধাবঃ- সবস্বতী ব্বাংমদা লৈঙোয় মপৈ-মপৈ মশিং থিঙমদনা লৈবি। অদুগা মবক-মবক্তা হৌখ্রবা ব্বাবীবু নীংশিংবগুম্না অশং-অমান খবসু লৈবি!

নটীঃ- অসিগুম্বা মতমসিদা লশ্বী চৎপশিংবু কনখৎহন্নবদু কবিনো, মমিংতা অবংবা ফাওবা, পুক্লিংদা থৌনা লাকপা!

সুত্রধাবঃ- খোঙথাং অমা !

নটীঃ- খোঙথাং অমা !

সুত্রধাবঃ- ঙশ্মী, ব্বাংঙি, অমদি য়াম্না ব্বাই। লশ্বী চৎপদুদা, মহাক চীংদোম্দু য়েংনবা হোৎনগনু হাযযু! .. শুপ্লতগী খোঙথাং অমখক মাঙদা লৈবিবা অদুখক! খোঙথাং অমত্তং থাংলবদি নোং ঙাল্লগনি।

নটীঃ- মথঙগী নুমিৎ অমা হৌবগনি।

সুত্রধাবঃ- হোয, খোঙথাং খুদিংগী মথঙগী নুমিৎ হৌই।

নটীঃ- খোঙথাংদু লেপ্পা তাববদি! লশ্বী চৎপদুদা মিৎ উইশিনবা তাববদি!

সুত্রধাবঃ- পৃথুদু মমিৎ উইশিনখি। লৈঙোই মথক্তা তাবিবা অমদি মুৎখ্রবা খোঙ্গুলদু থিবদুনা অর্চনাদু কবম্বা মতমদা মনাক্তা লাকখিবগে হায়বদু মহাক খঙবা ঙমহৌদ্রে। (মথঙশিংনা ফমপাকথক্তা মন্নি - মন্নি ওইনা ঙাল্লি। লৈঙোই মপৈ উবা ফংঙি, অদুগা মখাদা শক্তম অনিসু উবি।)

নটীঃ- চোকথববা পৃথুদু মানা শোকপদুদা নুংঙাইবা ফাওই।

সুত্রধাবঃ- নত্তে, মতাংসিদা পৃথুনা মতেং পামদে। মানা মাগী ব্বাহংগী পাওখুমদু পামলি। (নটী অমসুং সুত্রধাবদগী মৈঙালদু থৈদোকখি। পৃথু অমদি অর্চনাদু অমুক ফমপাকথক্তা ময়েক শেংনা উবা ফংঙি।)

পৃথুঃ- অর্চনা থোইদোক্লা অর্থ চেল্লবা মঙলান্দুবু কবম্না লৌগনি? ঐনা হিংচাবী পৃথিবীবু তান্নবস্মী, ঐগী তেন্না কাপকে হেক তৌবগা খঙহৌদনা মহাক মশক ওনথোকখিদুনা যনবী অমগী শক্তমদা উবকই।

পৃথুঃ- ষনবী !

অর্চনাঃ- মান্নি, ষনবীনি। অদুগা ঐনা শাদানবগুম্মা মঙোল্দা ফাগে তৌবস্মী। মহাক কোয়চেন চেল্লস্মী। পৃথিবী পুম্না স্বর্গ, পাতাল মবোল অহুমদা মফম কৈদসু মাগী চঙজফম লৈবমদে, মবমদি ঐগী তেঙ্গেনা মাগী মতুং কোইন ইন্নখি। ষনবীদু কিবদুনা খোংদুনা চেল্লস্মী অদুগা মাগী মতুংদা ঐনা মীৎ ঈ কাবদুনা লীবি চিংলবা লীকং তেন্দু পায়বদুনা তান্নবস্মী। চীংদোল মথক্তা, লৈতেম মান্নবা লমদা, সমুদ্র মথক্তা, অহাংবা মালংদা, মবোল অমদগী মবোল অমদা .. অসুম- অসুম ৱাংখৎখিদুনা অঙৌবা উনগী চীংদুবু কোয়শিল্লগা লৈচিল- নোংফাই থাংলবা নুংশিংকী কুয়োমদুদা ষনবী অদুগী শক্তমদু মশক অমুক ওল্লকই।

অর্চনাঃ- অমুকসু মশক হোংলকইবা?

পৃথুঃ- নুপী অমগী শক্তমদনি।

অর্চনাঃ- মফি থোংদ্রবী নুপীদুগী?

পৃথুঃ- নত্তে।

অর্চনাঃ- অদুদি কবম্বা?

পৃথুঃ- (ঙাইহাক্তং লৈবগা) কনাগুম্বী নুপী অমা। .. . মশক অমুকসু খঙবগুম অমুকসু খঙদবগুম তৌই। মমি শামিগুম অমুকসু ময়েক শেংলকপগুম তৌই।

অর্চনাঃ- অদুদি ইনিংথৌনা লীকং তেন্দু থম্নববা?

পৃথুঃ- থমখিদে, ঐহাক তেন কাপ্পা পামখিবনি, অদুবু কাপ্পদি ঙমখিদে। অদুগা মহাক . নুপীদু কবিগুম্বা শবা হায়বি। হৌনা- হৌনা- অদুগা .. অমুকসু ঐহাক খোঙ্গেলদু তাবা ফংখিদে। অদুগা ঐহাক ৱা ঙাংবা পামখি অদুবু মখোলদি থোকউ হায়বা যাখিদে। ... অঙকপা হাযফম খঙদ্রবা, শাওনিংবগী, তৌফম খঙদবগী .... অদুগা মতাংদুদা ..... নহাক্লা।

অর্চনা:- মান্নি, ঐহাক। ঐহাক্তি অশেংবদুনি, মঙলান নত্তে।

পৃথুঃ- অঙকপা ৱাফমনি অর্চনা, মবমদি অশেংবা খিবিবদুগী লম্বীশিংদুদি মাঙহনবীগ্রে।

অর্চনাঃ- কবিনো মাযা হৈবীদুগী ৱাহৈদুবু? চৈবিববা নত্রগনা হাযজবিববা?

পৃথুঃ- কবম্বা খোঞ্জেলদা কাপ্পা তেঞ্জৈনা মাবু থিনগায়বগা অর্থ থোকহনগনি ?

অর্চনাঃ- অর্থদু ঐনি, আর্যপুত্র! মঙলান্দা ইনিংথৌনা উখিবদু মাযানি- লৈঙোয মথক্তা ঈশিং লৈবা উবগুম্ননি।

পৃথুঃ- কবষনা মীনম্বদুবু, অসিগুম্বা ওইদবসিবু ঙাকশেল্লিবা কবি মবমগীনো? (ফিজং মকুমদগী মীযামগী খোঞ্জেল, অহানবদা যাম্না তপ্পি অদুগা লাপ্পা তাই। অসুম- অসুম নকশিল্লকই অমদি চীংলেম্বগী মওংনি। তোঙান- তোঙানবা শিন্মী কযানা অকিবা ফংনা শু- নোম্বগুম তৌবি, অদুগা কন্না লাউবদুনা সুব নাইনা অপুনবা ওইনা শকলি। অদুবু অবাপ্পদগী লাকপা ৱাহৈশিংদুদি মযেক শেংদে. মবম অসিনা অসুম্না খল্লি. কনাগুম্বশিংগী অকিবা ফংলবা মন্ত্রশিংগী অকিবগী মশক ওইববা শৈশক্লম তৌব।

অর্চনাঃ- আর্যপুত্র, তাবিবিব্রা ইনিংথৌবু?

পৃথুঃ- (তুম্লুবদগী হৌগৎলকপগুম) কবিবুনো?

অর্চনাঃ- তাবিযু ইনিংথৌ খোঞ্জেল্সি ! (খোঞ্জেলদু নকশিল্লকই)

পৃথুঃ- মন্ত্র ! . হিংচাবী নুপীদুগী পূজাগী মন্ত্র ! অর্চি, মফমদু মসিদনি। নঙ তুংদা ইন্নবকউ। ঐখোয লোন্না যেংসি। (পৃথু অমদি অর্চনা কাচিন অমদা লোৎলগা অমম্বদা লেপ্তুনা লৈ। অবাপ্পদা লৈপুং অমদা নুপা মযাম পবেংশানা লৈবি। শক্তমশিংদু (সলাম) কী মতৌগুম উবি। মখোযগী লেংবান্দা শাংলবা থৌবি অমা লৈ, থৌবীদুগী অতোপ্পা মচিন্দুনা লৈপুংদুগী মখাদা লৈখিবনা উবা ফংদে। থৌবীদুনা অকুম্বা পোৎশক অমা চিংলিবগুম তৌবি। খ্বাইদগী মমাংথংবা মীশক্তু পবেংদুদা মমায ওনশিল্লগা মখুৎনা লাকউ হাযনা ঈঙ্গিৎ তৌবি, অদুগা লাউবসু লাউবি। খোঞ্জেলদু অসুম্না থোবকই. অসুম্না . . চীংঙু ইনাওশা অসুম হাযনা। . .. মখাদা নোম্বুবগা অসুম্না। . চীংঙু অতোপ্পা কাচিন অমদা অসুম্না, খবগা অমুকসু নটী অমদি সূত্রধাবদা মঙাল খজিক্তং অমুক হন্না তাবি ।)

নটীঃ- সুত্রধাব ! কনানো মখোযসিবু পূক্লিংদা পোক্লকপা খাংঙমদ্রবা ব্রাখলগী মতৌগুম?

সুত্রধাবঃ- নটী, মখোয়না নোঙ্থবিবসি খাঙঙমদবা নত্তে, হোৎনবগীনি। কযাদা অঙকপা মখলগী লাইনিংনো মসিবু?

নটীঃ- মখোযগী লুচিংবদু কনানো? মাগী খোঞ্জেল তাবদা মীযাম তিনবা হেনগৎলক্লিবা?

সুত্রধাবঃ- কনানো পুজাগী পবোহিত? অদুমকপু মখোযশিংসি লেপ্পা লৈত্রি, অসুম মশিং হেনগৎলক্লি, অথাপ্পদা ! পৃথুনা মখোযদা লান্দাবা তৌবোইদবা? (মীযাম পবেংদু থাপ্পা চঙখ্রগা উখিদ্রে। নুপী অহুম থোবকই। অহানবী নপীদু অকিবা ফংলবা মাযখুম উপ্পগা মকোক্তা চফু অমা থোঙ্গৎতুনা লৈরে, মেখেন লেন্দাবোগী লৈবাক লৈশানা শাবা মালেম লৈমগী শক্তমনি মাগী মতুংদা লেপ্লিবী অনিশুবী নুপীদুগী মমাযদু মশম্মা খুমজিল্লি। মাগী মতুংদসু অহুমশুবী নুপীদু মাইখুম উপলি অদুগা চেগপ মানবা ঈশৈগী ষন্ত্র অমা পাযবি অদুগা মহাক তপ্পা - তপ্পা খীংলি।)

নটীঃ- আদগীসি যেংঙু, নপী অহুমনি। মাঙুথংঙুবী নপীসিগী মকোক্তা চফ অমদি

সুত্রধাবঃ- পৃথিবীগী মুর্ত্তি! মসিনি মালেম লৈমা ! অদুগা মাগী মতুংদা মশম্মা মমায খুমজিল্লিবী মহাকসিনা কনানো?

নটীঃ- মখোয অহুম্মক লেপখ্রে। মুর্ত্তিসু মখাদা থমখ্রে। . যেংঙু যেংঙু ! কবিনো তৌবিবা মতৌসিদি?

(চফু অমদি মুর্ত্তিদু মযাযদা থম্নগা মাযকৈ অহুমদা নুপীদু ফমলি। মশম শাংবী নুপীদুগী মনঙ্গলদু ভাবোক্তা ওনশিল্লি। মহাক খুক- খুদক কুপ্পগা ফমলি অদুগা মখাংগী মথক থংবা শবক্ক মখৈদি কোইবৈ লৈবি, খুঙ্গংদা মাইবগী মমাংদা নুপীদু লাই তোংবগুম্মী। মতুংদা মাগী - অশাওবদু হেনগৎলকই, মশাদু যাম্না থুনা লৈবি, চেগপতু খীংবগী মখোলসু হৌগৎলকই অদুগা অহুমশুবী নুপীদুগী খুবাক্কী মখোলসু কনখৎলকই!

সুত্রধাবঃ- পৃথিবীগী পুজা ! .. দেবীনা নুপীদুদা তোংশ্রে। অদুগা জ্ঞান তাদনা মশাদু হাই হুমলি।

নটীঃ- কন্না ! অমুক্সু কন্না. ... লীলা অসি অকিবগী মশক্তি। পৃথু মতোমতা মায়কৈ অদোমদা চঙশিল্লি, পিশুম শুকতোল্লি, মম্বিৎতুসু মৈবীগুম শাওবনা ঙাংশঙ ঙাংলি।

সুত্রধাবঃ- মখুৎতা চিংলিবা লীবি, খুৎচাশিংদা অকনবা শাফু। (পুজা তৌবিবশিংদু লাঙবা- নিনবা হেনগৎলকই। পৃথু মতোমতা লৈপুংদুগী মায়কৈদা চঙশিল্লি অদুগা অকনবা রাঙাংনা লাংলিবদু নমহৎতুনা হাযবকই।)

পৃথুঃ- ঙাইখো। হিংচা- যাইতন্নীগী লীলাদু লেপখো।

(মখোয মযাম লেপ্পা লৈতে, মাগী রাদুদা মখোয থোযনা পূক্লিং চঙলদে। পৃথু অমুক্সু মথক্তা কাখৎলি।) হে পৃথিবী নঙগী অশিবগী পুংফমদু লাক্লবনি। . .

(হান্নগুম লাংলি)

পৃথিবী নঙনা ওৎপিববা চাবা থকপা ফংজদ্রবশিংগী তেংথা নাওইবগী খোঞ্জেলদুনা নঙগী নিল- খোংবদু নমথবনি।

(মখোয মদুদসু লেপ্পা লৈত্রি।)

মাযা হৈবী, নঙনা মাযাগী লাং থাক্লুনা ঐনা লমন খুম্নবা হোৎনবদু থিংবা পাল্লি। অদুবু হৌজিক্তি, চেকশিল্লু। (লীবি চিংলদুনা) তেঞ্জে অসি .. নঙগী কাল কৌবা লাইদুনি।

(মতাংদুদা মাযকৈ অমদা লৈবিবী ভাবক্তা তুং ওনশিল্লিবী নুপীদু মশা- হাই হুম্বদু তোক্লগা লেপখৎলকই। অতৈ নুপী অনিদুসু মখোযনা ঙাংবদু লেপ্লি। পৃথুসু ঙকচানদুনা লেপ্লি। অতৈ নুপীদু মমায় লৈথোবকই, মশমদু হাইদোকই, অদুগা মাগী ঈং- তপ্ন নাপল কাববী মাইথোংদুদা মৈঙালদুনা য়েবি।)

পৃথুঃ- নহাক ! . ... উর্বী নঙ !

উর্বীঃ- ঐবু হাৎলু ! . .. ঐগী হকচাংদা দেবী তোংলবনি । হাৎলোনে ঐবু !

পৃথুঃ- দেবী? .... ফি থোংদ্রবী মুর্তি ! মসিদি (চক্ষু মথক্তা থমলিবা মুর্তিদা মৈঙালদুনা য়ৈবি।) তুক্কৎচববী হিংচাবী..... মসিদি .... ইস !

উর্বীঃ- হায়য়ু ! হায়য়ু ! মাগী মবুকসিদগী উপালসি থোবক্লিবনি। পৃথু ঐনা মসিমক হায়বিবনি দেবী সিদা ! ফজনা য়েংঙু পৃথু, মসি হিংচাবীসু নত্তে, মায়া হৈবীসু নত্তে, পৃথিবীসু নত্তে। মসিদি .... ইমানি।

পৃথুঃ- ইমা?

উর্বীঃ- মান্নি ইমা ! ... মালেম লৈমা, ইমা পৃথিবী ! ইমাগী হকচাংদগী মচা কোত্তি- কোত্তি কয়া পোক্লিবনি অমদি উপাল - ব্রাপাল কয়াসুনি। মবুত্তংগী থোবকপা অশং- অমান্না থল্লবা উপাল- ব্রাপালশিংনি !

পৃথুঃ- অশং- অমান্না থল্লবা ! (খজিত্তুং কবেম্লবগী মীনোক্তা) পেল্লেহে ।

উর্বীঃ অশং- অমান !.. চৎলসি ঐগা লোযননা ! ঐনা যেংহনগে নঙোনদা, ইমা ইবেম্মসিগী থৌবাং। . অশং- অমান? . ব্রহ্মাবর্তদা হৌজিক্তি শুপ্নতগী লৈবাক্তু ব্রাউথাংনবা লৈঙাং মচুদুদা ঙাইবে, উনা য়াওদ্রবা অকংবা উপাল, মৈশা অমদি কংবনা খুইথববা ফুব্রাউনববা মাইথোং !

উর্বীঃ- নোংদি চুদবা?

পৃথুঃ- চুই, অদুবু তুংবদি তুংদে।

উর্বীঃ- মনা- মশিংদি?

পৃথুঃ- ফংই, অদুবু মহাওদি য়াওদে।

উর্বীঃ- শা- ষনশিংদি?

পৃথুঃ- শজিক্তি চাই, কোইচৎ- চৎলি, অদুবু ঘী - শঙ্গোমদি কদায?

উর্বীঃ- ঐ খঙদি।

পৃথুঃ- খুদিংমক মহাক্না গর্ভনুংদা চিংশিনখ্রে, নঙনদি ইমা হোয়না কৌজবিবী নুপীদুনা। মপান্দা লেমহৌবিবদি শুপ্নতগী চবাম্লবগী মৈচাক অমদি তোল্লবা উপায় লৈজদ্রবা প্রজাশিংদুগী নুংশিববা

মীকপ- মীবাওখোল !

উর্বীঃ- পৃথু ! খুদিংমকসি থোক্কনি হায়বসি ঐদি খঙদ্রি।

পৃথুঃ- খঙলবমক্তদা নহাক মফমসিদা লাক্লি- লৈপুংশিংসিগী মবক্তা অকিবা ফংলবা মন্ত্রশিং অমদি খোল্লাও কয়ানা লাইয়ামগী ববদানদু মাঙহন্নবগীদমক্তবা?

উর্বীঃ- নত্তে।

পৃথুঃ- আশ্রমশিংদুদা যজ্ঞগী মৈখু কাবি, অদুবু ইন্দ্র, বরুন, আশ্বিনীকুমাব, মরুতনচিংবা লাই অমত্তনা ঐখোয়গী ইতেং- পাংবা ঙমদে।

উর্বীঃ- লাইনবু?

পৃথুঃ- (কবিগুম্বা অমা নীংশিংলকপগুম) নোংমা হিমালয়গী চীংমায়দা বিপাশাগী তোর্ববান্দা নোংঙাল্লমদাই থৱানমিচাকশিংগী মকমদা ঐগা লোয়ননা নঙসু লাইশিংগী খোল্লাওদু লাউখিবনি।

উর্বীঃ- (যানিংগুম- যানিংদগুম) থৱানমিচাকশিংগী মকমদা।

পৃথুঃ- থোক্লিবা নুমিৎতা শিঙনবিবা অপঙবা থাজনা মশাগী মঙালগী যুখলদু খোমজিনবা ঙমখিদে।

উর্বীঃ- অপঙবা থাজনা !

পৃথুঃ- কাউবব্রা উর্বী !

উর্বীঃ- (*লৌশিংগী ঈচেলদু খঙহৌদনা উনগুম ফমজিনখি।*) নিংথৌ পৃথু, কাউথ্রবা নুংশিগী লীপুন্দু থাদোক্লো !

পৃথুঃ- (খংলগা) ইস !

উর্বীঃ- ব্রহ্মাবর্তগী মহাবাজ পৃথু, নঙগী দেবতাশিংসি মতিক চাদে।

পৃথুঃ- (ঙাইহাক তুমিন লৈববগী তুংদা খোঞ্জেল খবা হৌনা) পৃথিবীগী নাতোম্দগী হ- চেল্লবা নোংলৈ- নুংশিং থোবকলিবা মবমনা দেবতাশিংদু মথক্তগী কুমথবক্লে।.... . ঐনা হুদুবু মাঙহনগনি।

উর্বীঃ- নত্তে, নত্তে, ইনিংথৌ ! নঙগী দেবতাশিং মতিক চাদ্রে, মবম অসিনা অতিয়াগী লাইয়ামশিং মালেম লৈমগী মবেংবান য়াওদবা মথৌনা লৈতবা, মখোঙ তেকপা, মথ্বায় পান্দবা, মপাঙ্গল শোনবা ওইবে।

পৃথুঃ- আর্যশিংগী লাইদি মপাঙ্গল শোল্লি, অদুগা ..... অদুগা আর্য নত্তবশিংগী মিত্রং হৈবী মমাদুদি মতিক- মগুন লৈব্রা?

উর্বীঃ- নহাক্তি নিংথৌনি। আর্য অমদি অনার্য, নাগ অমদি নিষাদ অকোয়বদা লৈবা খুদিং নওগী নিংথৌগী ফিজোলগুম্বনি। মখোয়শিংসিগা পুনশিল্লবদি সমাজগী মপাঙ্গল কনখৎকনি, তোঙান্না থন্নবদি সমাজসু- ধর্ম্মসু মচেৎ- মচেৎ তাবগনি।

পৃথুঃ- ধর্ম্ম!..... অঙাওবা লীলানি নঙনা হৌজিক তৌবম্বদু.... অদুগা লৈপুং মথক্তা চৎলিবা শক্তমশিং - অমগী মতুংদা অমা নোম্থবিবা ..মমিশি ..... মখোয়শিংদু ধর্ম্ম ঙাক্লা চৎলিববা? উর্বী, আর্য নত্তবশিংগী তেক কায়ববা কোম্নুংশিংদুদা নঙগী জ্ঞান- লৌশিংদু মবা ওইনা তাখ্রববা?

উর্বীঃ- হোয়, ঐ মবাদুনি, মবমদি পৃথিবীসি মবানি অদুগা ঐগী শিংলিনা উবিগুম শন্দোকখ্রবনি। ঐগী ব্রাসি তাখো, মবমদি ত্রিগর্ত্তদা উখিবা শক্তমদু ঐ নত্তে। ঐদি পৃথিবীগী খোঞ্জেলনি, পৃথিবীনা ঐখোয়দা পোৎ- চৈ কয়া অমা পীবিবি, অদুগা অব্রাবা কয়াসু খাঙবীবি।

পৃথুঃ- পৃথিবীনা মাগী লৈজবা পূম্বা লোৎশিন্দুনা থন্লি- মহৈ মবোং, ঈশিং, লন- থুম, চবাম্নববা প্রজা কযাবু উবগা মাগী থম্মোয়দু নুংশিবা পোক্তে। মাগী কংলবা গর্ভনুংদা থব্রাযনা চঙবা ফাওবা ঙমদে।

উর্বীঃ- কবিগীনো খঙবীব্রা? .. .. ইনিংথৌ, ঐ হায়জগে কবিগীনো হাযবদু! .. (অব্রাংবা লৈপুংদগী থাপ্লা অহাংবদা মখুৎ থিল্লগা) মসিদা য়েংবিযু! মাযকৈ শিনবা থুংনা শন্দোক্লিবা লৈপুংশি, অঙম্বা চীংমায়, অনেম- অব্রাং নাইবা লম, ঙাক্তা, লৈতেম মান্নবা লম অমত্তা লৈতে, মফম খুদিং নুং মচা অমদি নুংজাও ঙাক্তনি। নোংদি চুই, নোংদু লৈমায়দা তাবকই য়াম্না কন্না নত্রগা মবিক- মবিক অদুবু লৈবাক্তি চোৎপা নাইদে। লোয়নমক চেম্থখি লৈবাক- লৈহাও অমদি লৈবাক্কী হাবমখৈ। মবমদি ইনিংথৌনা অমদি ইনিংথৌগী প্রজাশিংনা লৈতেম মান্ননবা খক হোৎনখিদ্রে।

পৃথুঃ- মদুবু কবম্বা মতমদা দবকাব ওইখিবগে? ঐখোয় ময়াম্না চহি

খুদিংগী বৈশ্বানবগী মৈনা অনৌবা জঙ্গল মৈ থাই। মৈ থাগ্রবা লৈবাক্কুদা মহে- মবোং থোকহল্লি।

উর্বীঃ- যজ্ঞ তৌবদগী চাক্লবা লৈবাক্কু থুনমক নোংগী ঈশিংনা চেঙ্খিমতাংদুদা....

পৃথুঃ- মতাংদুদা অমুক যজ্ঞ তৌবা, মৈ অমুক হৌবা অদুগা অনৌবা লৈবাক শেম্বা মসিদি আর্যশিংগী থায়নদগী চৎনবক্লবনি।

উর্বীঃ- ঐ খঙডি, মসি আর্যশিংগী মপা- মপুশিংগী চৎনবীনি ইনিংথৌ, মবম অসিনা ইকং থোক্লিবনি, চাক তাঙলিবনি। নঙনা মালেম লৈমবু হাৎপা লাক্লি। অদুবু মালেম লৈমগী মতম্বাকপু মৈ থাব- থাবগা নঙনা পুমকং, কংহল্লে, মাগী খোঞ্জেলদু তাউ। ইনিংথৌ নঙনা হায়বি, পৃথিবীনা মশাগী মবল- মথুম লোৎশিন্দুনা থল্লি। মহাক্না মরু- মবাংশিংবু য়োৎশিনখ্রে, মানা- মশিং, অশং- অমান পীবিদ্রে, শঙ্গোম পীবীদ্রে! . অদুবু নখোয নশামক্তি কবি থবক তৌব্রবগে? যজ্ঞশিংগীদমক মৈগী পুজা!

পৃথুঃ- যজ্ঞশিংদি মৈদগী পোক্লকপনি। ঐগী আজগব লীকং অসিদি যজ্ঞশিংবু ঙাক- শেল্লিবনি।

উর্বীঃ- ইনিংথৌ, খ্বাইদগী চাওবা যজ্ঞদি ইনিংথৌনা হৌজিক তৌবা তাবি।

পৃথুঃ- ঐহাক্না?

উর্বীঃ- হোয়! লীকংদু পায়খৎলু, মদুগী মচিন্না চীংজাও কযাবু ফক্কৎলু, অকুৎ- অতোং কয়াবু লৈতেম যান্নহল্লু। লবুক্তা ঈশিং তুংলগনি। লৈবাকসু থোংলগনি। অশং- অমান্না পীক থল্লগনি। লৈঙোইনা ফুনজিল্লবা তুবেলগী ঈচেলশিংদু অমুক হন্না চেল্লগনি। অদুগা অপান্না খুদিংমক পীবা ষনবীগী মতৌগুম মালেম- লৈমগী খোমজিন্দগী মীওইবা চা কয়াগীদমক খোন্নাং থোক্ককনি।

পৃথুঃ- ষনবী! .. . কনানো ষনবীদুবু ঐগী মঙলান্দা উখিবদুবা?

উর্বীঃ- মদুদি ইমানা নঙোন্দা হান্নবা দর্শন তৌহনখ্রে ইনিংথৌ? কবি হায়খিবগে?

পৃথুঃ- কবি হাযখি, কবি হায়খিবনো... মদুদি নীংশিংদ্রে।

উর্বীঃ- ঐ হায়জগে ইনিংথৌ! মালেম লৈমনা হায়বমগনি ঐহাক ষনবীনি,

অদুবু ঐবু শঙ্গোম শুমগদবা মীদু কদায়দা লৈবগে? অদুগা ঐগী ষন্নাও অমদি শঙ্গোম হাপ্পনবা শঙ্গোম শুম্নবা পাত্র, নহাক নিংথৌনি, প্রজাগী লুচিংবনি। নঙগী নুপাথোকপগী থবক্তু শুপ্ন তগী লান্দাবা অমদি য়েক্লবা মাইবোং য়াবখক্তা নত্তে। ঐদি পৃথিবীনি, ঐবু শঙ্গোম শুন্নগা... পোৎ কযাবু পুথোকপনসু নঙগী নুপা থোকপা মথৌদাংনি অমদি নঙগী প্রজাগীদমক্তসু মদুনা ধর্ম্মনি। নহাক আর্য শাগেগী অহানবা নিংথৌনি। হে ইনিংথৌ, কর্ম্ম তৌবা মীশক ওইবীয়ু!

পৃথুঃ- কবিগী কাউথোক্লু বিবনো ব্রাহৈশিংসিবু ঐনা? কবিগীনো? কবিগীনো?

উর্বীঃ- মবম অসিনা ইমানা নঙবু মফমসিদা চীংদুনা পুবকপনি নঙগা উনবা ফংননবা, নঙনা আর্য নত্তে হায়বিবা মীওইশিংদু, ডাকু কৌবিবশিংদুগী শহবদু নঙনা মাঙহন তাকহনবীবে। মখোযনা কবম্না পৃথিবীবু শঙ্গোম শুন্না ঙমগনি। নঙ উবেদনা?

পৃথুঃ- মকোক নোম্বিবা শক্তমশিংদুবা?

উর্বীঃ- হোয, মখোয মযাম্না সবস্বতীগী কংলবা ঈচেলদা খুৎলায অমনা খোং তৌবগা ঈশিং লৌথোক্লি।

পৃথুঃ- আর্য নত্তবশিংদুনা? (কবষ অমদি অতোপ্পা নুপা অমা চঙলকই, মাগী মকোক্তা ঈশিং যাওবা চফু অমা পুবি।)

পৃথুঃ- কবষ!

কবষঃ- ইনিংথৌ পৃথু! লেংঙক্লববা?

পৃথুঃ- ঐহাক নঙগা লান শোক্লবা লাকপা নত্তে কবষ!

কবষঃ- লান! (মালেম লৈমগী মুর্ত্তিদু পায়খৎলি। অতোপ্পা নুপাদুনা ঈশিংদু হান্নগী চফুদা হৈজিল্লি। কবষনা মুর্ত্তিদু অমুক থম্মি। নুপাদুনা অহাংবা চফুদু পুবগা চৎখি) মতম সিদদি ঐগী ঈদগী নঙগী ঈশিংসিনা হেন্না মমল য়াম্মি।

পৃথুঃ- কবষ, নুমিৎতুদা নঙনা ঐগী সেনাপতি ওইয়ু য়াখিদবদু যাম্না ফৈ। অদুবু ঙসিদি ....

কবষঃ- ঐগী লাম্মীশিংদু নঙনা য়েংলব্রা? মীওই চা কয়া পূল্লগা খোং তৌখিবনি।

পৃথুঃ- নঙগী রাশক্কু ঙাক্লে কবষ! সবস্বতী ঈশিংগী শেংলবা ঈশিংদুনা নঙনা আচমন তৌবে। আশ্রমদা মুনিশিংনা নঙবু তবাম্না ওক্লগনি।

কবষঃ- মুনিশিংনা? মুনিশিংগী মন্ত্রীমণ্ডলদা ঐবু যাওহনবা পাশ্বীববা? ইনিংথৌ?

পৃথুঃ- মন্ত্রিমণ্ডলদা নত্তে, নুপা থোকপগী মণ্ডলদনি। (খণ্ডহৌদনা অবংবা মণ্ডাল অমা ফাওবকই। পৃথুগী খোঞ্জেলদু মণ্ডালদুগী ঈচেলগুম্মী, অদুগা কবষগী রাহৈশিংদুনা মাগী মণ্ডালগী মণ্ডলগুম্মী। রাহৈ পবেং খুদিংমক রাশক চেৎপা অমদি মণ্ডান কয়াগী হবাও- তয়াম্বগী মখোলগুম্মী।) কবষ, মালেম লৈমগী মশক ওইববী ষনবীদুবু শঙ্গোম শুম্লবা তোঙান- তোঙানবা অকনবা খুৎশিংদু থাঙ্গৎকনি। মখল- মখলগী শঙ্গোম শুমগনি। মহৈ- মবোংগী মশক ওইববা শঙ্গোমদু ঐনা শুমগনি। শমপোৎ খোইবিবা লৌমীশিংনা ষন্নাও ওইগনি, খুৎকী খুবাম্না শঙ্গোম শুম্নবা পাত্র ওইগনি।

কবষঃ- ঈশিংগী মশক ওইববা শঙ্গোমবু ঐনা শুমগনি, খৌগংলবা লৌবুক্না ষন্নাও ওইগনি, পুথ্রি অমদি তুবেলনা পাত্র ওইগনি।

(শঙ্গোম শুম্বগী মখল- মখল শৈথাবকপগা লোযননা উবীগী মতুংদা অমমম্ ওইনা নুপী নত্রগা নুপা ময়াম্না চফু পাযবগা থা মচেৎ শানা লেপ্লি।)

পৃথুঃ- সনা, লুপা, কোবিনচিংবা ধাতুশিংবু লম্লোনবশিংনা শুমগনি, খুৎশা হৈবশিংনা ষন্নাও ওইগনি, অলংকাবনা পাত্র ওইগনি।

কবষঃ- অপাম- নুংশিদা লুপশিংনা য়ুগী মশক ওইববা শঙ্গোম শুমগনি, য়ুবাংফম্না ষন্নাও ওইগনি, য়ুবাবীনা পাত্র !

পৃথুঃ- জ্ঞান লৈবশিংনা গুরুবু ষন্নাও ওইহল্লগা রাহৈগী মশক ওইবা পাত্রদা বেদগী মশক ওইববা শঙ্গোম শুমগনি।

কবষঃ- কলাকাবশিংনা গন্ধর্ব অমদি অপ্সবাশিংবু ষন্নাও ওইহল্লগা থম্বালগী মশক ওইবা পাত্রদা ঈশৈ অমদি ফজবগী শঙ্গোম শুমগনি।

পৃথুঃ- কনানা শঙ্গোম শুন্না মীশক ওইনিংলোইদগে? সিদ্ধী ফংলবা ঈপা- ইপুশিংদুনা,যজ্ঞ অমদি হিংচাবশিং শা- ঙা অমদি অতৈ জীবশিং, উপাল- ব্রাপাল অমদি চীং। হো পাক- চাওববা পৃথিবী ! ঐগী পাম্বোম পাঙ্গলনা নঙবু লৈতেম মান্নহনগনি, ইশাগী নুপাথোকপা ইথৌদাংনা খুদিংমক হোৎনবগা নঙগী মপান নাইদ্রবা নবলবু মীওইবা জাতিগীদমক পুথোক্কনি।

উর্বীঃ- শকউ, শকউ নুংশিবা ঈশৈ, মবমদি পৃথু নিংথৌ ইকং- থোকপা অমদি চাকতাঙবগী চক্রব্যূহদু থুদেক্কবনি। (উর্বীগী মনাক্তা লেপ্লিবা নুপী অমদি নুপাশিংদু থোইদোক্না অতপ্পা খোঞ্জেলদা ঈশৈগী শুবদা ঙংবা হৌবকই।) হোৎনবা কনবগী ঈশৈ, মবমদি পৃথিবীগী লোযনাইদ্রবা মবন ওইবিবা শঙ্গোম শুম্বদু হৌবে, (ঈশৈ ঙংবদু হেনগৎলকই।) থাজবগী ঈশৈ মবমদি পৃথুনা মালেম লৈমগী মগুন্দু খঙবা ঙমলে অমদি মঙোন্দা অনৌবা মমিং অমা থোল্লে- পৃথিবী !

## (অপুনবা ঈশৈ)

শংবান্নব অতিযাদা শংবান্নব ফিজং
শংবান্নব পাৎতা শাৎলি শকখঙদবী
শকউদবী মালিকা লৈবাং !
মযায কাব- মীৎম্না, মচু কয়াগী মশা- মবেংনা
খুমজিল্লে মাইখুম মীনুংশি খঙদনা কনাগুম্বনা
শকউদবী মালিকা লৈবাং !
ফংজবে অদুবু থিবিবদুদি, মাঙদ্রি নিংশিজবা শক্তমদুদি
যৌথ্রে পৃথিবীগী লৈনমদু ঐগী থম্মোয লকানুংদা
শকউদবী মালিকা লৈবাং !

(ঈশৈদু অসুম- অসুম মখোল হৌগৎলকপগা লোযননা লৈপুং মথক্তা লৈবম্না মীয়াম অমদি অতোপ্পা মীশকশিংদু উখিদ্রে, শুপ্লতগী পৃথুতমক উবা ফংঙি। অদুগা মখাবোমগী কাচিন্দা শক্তম

অমা উবকই, অর্চনা মথন্তনি .......। মীয়ামগী অপুনবা ঈশৈগী খোঞ্জেলদু নমহৎলগা অর্চনাগী খোঞ্জেল তাবা ফংঙি।)

অর্চনাঃ- ইনিংথৌ !..... আর্যপুত্র কদায়দা মাঙখ্রবগে?

পৃথুঃ- কনানো? অর্চনাবা? ঐহাক সিদা লৈবে অর্চনা !

(ঈশৈদু তপথখি।)

অর্চনাঃ- ইনিংথৌ !..... আর্যপুত্র !

পৃথুঃ- লাউ, মথক্তা কাবকউ। ঐগসু উনবে অদুগা নতাবোইসু।

অর্চনাঃ- (চঙশিল্লগা) ইতাবোই?

পৃথুঃ- উবী !

অর্চনাঃ- উবী- (ঙকচাননা লেপ্লি) নত্তে. .   নত্তে।

(মখুৎনা মমায়দু খুমজিল্লি) নত্তে।..

(ঈশৈদু লেপখি অদুগা মমশিল্লকই।)

ঙাইহাক তুমিন লৈ।

(ঙাইহাক লৈবগা মৈঙালদুনা নটী অমদি সূত্রধাবদা য়েবি।)

**সূত্রধাবঃ - চহি অনি হৌখ্রে, নটী চহি অনি।**

নটীঃ- হোয সূত্রধাব, চহি অনিসিদা কবি-কবি তৌদবা যাওখ্রবগে?

সূত্রধাবঃ- ব্রহ্মাবর্তগী লমদমদুগী শক্তমদু হোংলম্মী। লৈমাযদু লৈতেম মান্নবে। লৈবাক্তুসু ইনিল লৈবে, লৌবুক-লমহাংদা ফৌনানা লেং-লেং চৎলে। খুঙ্গং কযা খুন্দাবে, শা-ষনগী মকোন কযাসু শাবে। খনিশিংদসু সনা-লুপা থোকপা হৌবে।

নটীঃ - আশ্রমসু অনি শুবে।

সূত্রধাবঃ- হোয় অমনা অত্রি মনিগী অদুগা অতোপ্পা অমনা শুক্রাচার্যগী মখোয অনিগী মচাক-মবলসু হেনগৎলে। অমদি. ...

নটীঃ- কল্লকপা মীহৌবসু!

সূত্রধাবঃ- মদুমক ওইববনি নটী ! অদুবু ভৃগু শাগে অমদি অত্রি শাগৈ অনিমক্কী. .. ! সবস্বতীগী অকঙবা ঈচেলদা অপিকপা খোং কবষনা তৌবা হৌবে, মদু চাওথোক্লবা হোৎনবি, অমদি আশ্রম অনিমক্কী মীওই চা কয়াগী থবকসু ফংলে।

নটীঃ- খোংদু কয়াম শাংনা তৌগদৌবি ?

সুত্রধাবঃ- দৃষদ্বতীগী ঈচেলনা সবস্বতীদা তিনদ্রিফাওবা।

নটীঃ- অদুদি মতম চুপ্পগী ওইনা সরস্বতীদা দৃষদ্বতীগী ঈশিংদু তিন্দুনা লৈবগনি, খোংগী মতেংনা ঋতু খুদিংদা লবুক লমহাংদা ঈশিং ফংলগনি, আশ্রম খুদিংদা আচমন তৌবগী মন্ত্রনা নিল্লগনি।

সুত্রধাবঃ- নোংজুথাদা দৃষদ্বতীগী ইচেলনা সবস্বতীদগী নাথৈদুনা চৎখিগদবা হায়বগী বাফমসিনি।

নটীঃ- অদুয়া হায়বীগনু সুত্রধাব, অদুয়া হায়বীগনু।

সুত্রধাবঃ- তিলহৌ মকু খোকপদা অমগী মথংদা অমা লৈবগুম পৃথুগী মাঙদসু সমস্যাশিং মথঙ- মথঙ লাকই।

নটীঃ- পৃথুসি পোৎথাফম খঙদ্রে, অদুম ওইনমক মাগী মপুক্লিং হুম্বা তৌদ্রি, মাগী হকচাং চোকথবা নাইদ্রি।

সুত্রধাবঃ- মবম অসিনা মাগী সমস্যা খুদিংমক শিঙনবা মখল অমনি, অদুগা শিঙনবা খুদিং মাইবোং য়াবা মতমদা পৃথুগী পুক্লিং - হকচাংদু যজ্ঞগী মৈবীগুম ওইবকই। নোংজু থা লাক্লিঙৈদা কবিগুম্বা দৃষদ্বতীগী ঈচেলবু থৈদোক্লবা পল অমা থিংলবদি পৃথুগী চাম্মাশুবা যজ্ঞদু মপুং ফাবগনি।

নটীঃ- লোয়নমক মশিং শুবগনি। নঙনা মবিফুতবামাপল্লক পৃথিবীবু শঙ্গোম শুম্লে পৃথু ! নঙগী চাম্মাশুবা থৌবাংদুসু মপুং ফাবগনি, থৌনফবা পৃথু !

সুত্রধাবঃ- থৌনা ফবা নিংথৌ । .... লান তৌদনা থৌনা ফবা, অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌদনা চক্রবতী।

(তপ্না- তপ্না)

(লীলা ফমপাকথক্তা মথঙ- মথঙ মঙাল ফাওবকই। স্থানেশ্ববদা অহানবা অঙ্কগী বাহৌদোক্তি পৃথু অমসুং অর্চনানি। পৃথুগী থবক চিনবা অমদি শেম -শদুনা থৌবাং তৌবগী মওংনি।)

পৃথুঃ- বানী, নঙনদি গর্গ মুনিদা হান্নবা হায়ত্ত্রবনি, মীওই- খুদিংমক মশাগী আশ্রমগী মনাক নকপা খুঙ্গংশিংদা পুল্লপ পুনশিল্লগা থুনমক

মখোয়শিংদু পল মনাক্তা থাস্রো।

অর্চনাঃ- ফগনি ইনিংথৌ ।

পৃথুঃ- হৌজিক ফাওবা মখোয় থুংলগ্রি হায়বসি অঙকপা ৱাফমনি। মীওই চহুম থুনমক থাবকউ হায়না উর্বী অমসুং কবষকী পাও মথং- মথং লাক্লি। মতম লৈত্রবনি। হিমালয়দা নোংচুবগী পাও ফংঙি। মফমসিদসু অতিয়াদগী নোং মবিক মবিক তাবা হৌবে। পলগী শরুক খবতমক থিংবদা ঙাইবি। মীৎকুপ অমমম্ থেংথবনা খুদোংথিনিঙাই ওই। কবিগী থুংলুগ্রিবনো মখোয়দুবু?

অর্চনাঃ- মখোযগী খুদোংথিবা লৈববা জাৎলা?

পৃথুঃ- কনাগী?

অর্চনাঃ- পাবুং অমদি অত্রি মুনিগী ।

পৃথুঃ- অত্রি মুনিগী আশ্রমগী অকোয়বদা লৈবিবা লৌমী প্রজাশিংগী অৱাৎপা অমত্তা লৈতে।

অর্চনাঃ- পল থিংনবগীদমক্তা লৌমীশিংদুদা মহৈ- মবোং পীখিবা চাংদুদা মখোয় অপেনবা পোক্ত্রে।

পৃথুঃ- কনানো পেন্দ্রিবদুবু? লৌমী প্রজাশিংনা নত্রগা আশ্রমদা লৈবশিংদুবা?

অর্চনাঃ- অনিমক ওইবম্বা যাই।

পৃথুঃ- মবম অদুনা ঐনা আশ্রমদা মহৈ- মবোং য়েনবদা য়েংশিন্নবা মী থাখিবনি। কবিগুম্বা মহৈ- মবোং য়েনবদা অৱাৎপা লৈববদি অমুকসু পীস্রো। আশ্রমগী পুক্কেদগী পীযু, ঐনা অমুক পীবক্কনি..... অদুবু মখোয়না প্রজাশিংবু থেমজিন্নবা হোৎনববদি ফগদবা....?

অর্চনাঃ- অত্রি- মুনিগী ৱাঙাংদি য়াম্না মতিক- মগুন লৈবনি।

পৃথুঃ- অদুবু কবম্বা মতাংদা? . .. ঙসি মঙোন্দা মীয়ামগী খোংচৎ অমা পাঙথোকপীয়ু হায়ববদি..... দস্যুশিংগী মাইয়োক্তা, কবম্বা থৌনাগী ৱাহৈনা মাগী মবমদগী প্রজাশিংদু খোল্লাও লাউবগে হায়বদু য়েংবিয়ু- অদুবু ঐখোয়গী মাঙদদি অতোপ্পা মখল অমগী শিঙনবদু লৈবিবনি। .... নত্তে, অসুম্না কবম্না থবক পাঙথোকপা

য়াগনি। ..... শুক্রাচার্যদা...... ভৃগুবংশ আশ্রমগী মীওই চহুমথক থৌবাং তৌবীয়ু হায়গনি।

অর্চনাঃ- মদুবু অচুম্বা ওইগদ্রা?

পৃথুঃ- কবিগীনো?

অর্চনাঃ- ইনিংথৌনা ভৃগুবংশগী আশ্রম্মু থুম্মোকশিং অমদি য়োৎপাকশিংগীদমক্তা থিকা পীবিখ্রে। মখোয়গী থবক শুববিা লৌমীশিংদুসু পল শাবদা হাপচিল্লবদি ভৃগুবংশগী আশ্রমগী শেম্মোক অমুক্তসু হেনগৎলগনি।

পৃথুঃ- শেম্মোক '.. .. আশ্রমশিংদি মশাগী শেম্মোক্কীদমক্তা ৱাবি। অদুগা কবিগুম্বা পল অসি মতম চানা থিংবা লোয়দ্রবদি? . .. নত্তে, অর্চি নঙনা মখোয়গী মবমদা ঙাংগনু। . ঐনা কবষ অমদি উর্বীগী বুদ্ধি লৌশিং অমদি তৌবা ঙম্বদুদা থাজে অদুবু থুনমক . মখোয়গীদমক্তা শিম্মীশিংদু থাখিবা তাবনি।

অর্চনাঃ- ইনিংথৌ ইশামকসু লেংবীগদ্রা?

পৃথুঃ- শোয়দনা চৎকনি। . নঙসু চৎশি। নঙগী নতাবোই যাম্না কুইবে উন্নদবা। (চৎননবা শেম শাই।)

অর্চনাঃ- ইতাবোই !

পৃথুঃ- (ৱাখল তৌবগা মমায লৈবগা) কবি তৌববগে অর্চি? নঙ নীংবা কায়বা মান্দে, অহোংবা অমা লাকপগুম উই।

অর্চনাঃ- ইনিংথৌদি হোংবিদববা?

পৃথুঃ- কৈদৌনুংদা হোংদে। ... (মতুংদা জ্ঞান তাবকপগুম নোক্লগা) ও ! পান্নিববা, খুৎকা খুৎকা লৈবাংগী উবি অমদি উপাল। .. . অঙাওবীসিদি (মখজাইদা খুৎপাক্লা নাল্লি অদুবু যজ্ঞদুদি কমদৌবা? চাম্মবকগুবা যজ্ঞদুদি?

অর্চনাঃ- যজ্ঞদুগী আহুতিদু উর্বীনা কৎকনি।

পৃথুঃ- চুম্লা য়েংঙু চৎলগা - উর্বী অমদি কবষ কবি-কবি তৌবিবগে। অৱাংবা লাইবকুম্লবা চাউববা পল। ..... শাবা লোইববা তুংদা অমদি লাউ- খোংলিবা দৃষদ্বতীগী ঈশিং ঈচাউদু কাতিনা থিল্লবা

শামুগী মতৌগুম তপ্না - তপ্না সরস্বতীগী খোংলোমদা চেনশিনগনি। ... (খংহৌদনা খংবগুম) ..... ইহে, রাবী- শাদুনা মতম য়াম্না মাঙহল্লে ঐহাক। .... শুক্রাচার্যদা থুনমক থবক শুবা মীওই চাহুম থৌবাং তৌনবা হায়কপগদবনি। (চৎখি।)

অর্চিনাঃ- মতম অমদদি ঐগী খুৎতা কাত্তিদু লৈবশ্মী। .... ঐগী খোঙসিনা থাংবা য়াদ্রিবসি কবিগীনো?

(অত্রি অমদি গর্গ মুনি চঙলকই।)

গর্গঃ- নঙনা হায়রবা নত্রা?

অর্চিনাঃ- হোয় ! ... ইনিংথৌনা, শুক্রাচার্যদা হায়বা চৎখ্রে।

অত্রিঃ- কবি হায়বা? ... ভৃগুবংশগী আশ্রমদগী শিশ্মী চহুম চৎননবা?

অর্চিনাঃ- মদু হায়বা চৎখিবনি। পন থিংবদু থুনমক লোয়শিন্নবনি।

অত্রিঃ- মদু চুমদবা রাফমনি। ভৃগুগী আশ্রম খক্তা পোৎ - চৈ শেম শানবা থিকা ফংবা অদুগা ভৃগুগী আশ্রম খক্তমক শেম্লোক লৈহনবা, মশিং য়াম্নবা শিশ্মীশিং থাবগা।

গর্গঃ- অর্চি নঙনা কবিমত্তা তাকপিদববা?

অর্চনাঃ- পাবুং ঐহাক ঙংনবসিদা য়াওজনিংদে। মযাম্না হৌজিক ফাওবা শিশ্মীশিং থাবিদ্রি হায়না ইনিংথৌ আর্যপুত্রনা চিন্তা তৌবি। পনদু থিংবা লোয়দ্রবদি চাম্মগুবা যজ্ঞদুসু লোযববোই। (চৎখি।)

অত্রিঃ- ভৃগুবংশগী মবুক ফত্তবসি খবদি হেনমল্লে।

গর্গঃ- ঐখোয়না মী চনিদি থুনমক থাবা য়াবশ্বনি।

অত্রিঃ- দবকাব লৈতে। .... থোইনদুম ঐখোয়না থবক শুবিবশিংদুবু অমুক হন্না কৌশিনগদবনি।

(শুক্রাচার্য চঙলকই।)

শুক্রাচার্যঃ- শোয়দনা কৌশিনবীয়ু।

গর্গঃ- শুক্রাচার্যগী, অদোমগী শিশ্মী চহুম থাহল্লকুবগীদমক অদোমগী ইনিংথৌদি লেংখ্রে হায়না তাবি।

শুক্রাচার্যঃ- মবম অদুনা ঐহাক মফমসিদা লাক্লিবনি।

অত্রিঃ- ভৃগুবংশগী থৌবাংবু ইনিংথৌনা কবম্না খঙগনি। অদুবু ঐখোয়না

খঙঙি শুক্রাচার্য ! শিম্মী চহুম পুল্লপ থাবগা অদোম্মা ঐখোয়গী শিন্নীশিংদা খুৎশুমন হুম্বনা শীবা পাল্লি।

শুক্রাচার্যঃ- মদুদা কবি কায়বগে? মহে - মবোংশিংদু শিন্নীশিংদুগী মনাক্তা য়ৌদে। .. অত্রি, মুনিগী আশ্রমগী ফৌগৈদা হৌজিক্তি হাপফমসু লৈত্রে হায়না তাবে।

অত্রিঃ- পোলাং অমদি যোৎপাক কয়ামকমসু য়ৌহনবীগ্রববা শুক্রাচার্য? অদোম্মা হান্না লৌশিনবীখিবা শেলফমদুগী তংখায় ফাওবা য়ৌবক্তি। অসুক য়াম্বা লন- থুম লোয়শিনবা ঙম্বগী শক্তি ভৃগু শাগৈদা লৈ, আচার্য গর্গ!

গর্গঃ- তাবিয়ু, অমুক্তা তাবিয়ু! শুক্রাচার্য অমদি অত্রিমুনি! . খৎন- চৈনবা কয়াসিবু তাইশিন্নবা ইয়ামক য়াববোইদবা?

অত্রিঃ- ঙসিদি ব্রাফমদু শেংদোক্লবা ফৈ। . ঐখোযগী কবম্বা অবোন- অথুপ খঙনবক্কনি হায়না কিফম থোকপগে? ঐখোয়গী অত্রি শাগৈগী আশ্রমদি মীয়ামগী য়াইফনবগীদমকনি, মীযামগীদমক্তা লৈবিবনি।

শুক্রাচার্যঃ- উং ! অদোম্মা প্রজা কয়া লৈবগা থম্বীববগে?

অত্রিঃ- প্রজা লৈবগী ঐঙোন্দা দবকাব লৈতে। ঐগী ব্রাঙাংগী মৈবীক্লা য়াম্নবা মীয়াম্বু মৈ হৌহনবা ঙম্মি।

শুক্রাচার্যঃ- খঙজে, অদোমদি ব্রাঙাং হৈবা মীশক্লি। ব্রাঙাং থৌবদুনা অদোমগী থাওগী ময়ানি। হে ব্রাঙাং হৈবা, থবক হৈবগী মমাঙদা অদোমবু লেপ্পা ঙম্বীগদবা?

গর্গঃ- কনানো?

শুক্রাচার্যঃ- নিংথৌ পৃথুনি, কনা ওইগনি ?

অত্রিঃ- ঐনা ফম্মা - ফম্মা নিংথৌগা খৎনবদু অদোম্মা পাম্বিবি। অদুগা মুনিববনা কুম্মে য়েংগে খনবীবিববা? অদুক হাক্লা পঙবদু নত্তেদা ঐসু।

শুক্রাচার্যঃ- অদুদি ঐগী থৌববা বুদ্ধিসি মুন্না তাবিয়ু। পৃথুবু ঐখোয়না থৌনা ফবা, অথোয়বা অমদি লান্দা থৌবগীদমক নিংথৌ ওইনা

খনখিবনি। অদুবু মাদি লৌউ শিংউবদা হেন্না হৈশিংবা ওইবে। মহাকসিবু ঐখোয়না কুশাগী থৌবীনা কিশি কিদুনা ৱাশকহনখিবা, মাগী থৌববা তেঞ্জৈনা ডাকু কয়া হাংখিবা অদুগুম্বা নিংথৌদু নত্তববা?

গর্গঃ- অদুবু ঐখোয়গী আশ্রমগী শেম্বোক্তি হেনগৎলক্লি। লল- থুম কয়াসু ঐখোয়গী খুৎতা য়ৌবক্লি। মসিদা কবি ৱানিংঙাই লৈবিবগে?

শুক্রাচার্যঃ- গর্গ মুনি, কবি ৱানিংঙাই লৈবগে হায়বা? অত্রি অমদি ভৃগুগী আশ্রম অনিমক্লা মুন্না খঙঙি মদুদি দৃষদ্বতীগী পল থিংবদু হেক লোযবগা . .. চাম্মশুবা যজ্ঞদু মপুং হেক ফাবগা নিংথৌ পৃথুনা ঐখোযবু কান্নদ্রবা মীবেমগুম ইম্বোবক্কনি। অদুগা . . মাগী মন্ত্রীমণ্ডলদা ফৈগনদগী পোকপা কবষ অমদি ডাকু নিংঙোল উর্বীবু।

অত্রিঃ- (খবা ভাব তাবগুম) উং ! .. অদোম্না হাযবগী অর্থদি ঐখোযগা লোযননা মহাক্কা য়ানখিবশিংদুদি

শুক্রাচার্যঃ- হোয, য়ানখিবশিংদু মাগী মীৎযেংদা মীযাম্না মাবু নিংথৌ খল্লবা তুংদা কবি- অমুক কান্নখিনি?

গর্গঃ- মীযামগী মতেংনা খনবা?

অত্রিঃ- অদুবু মতাংসিদা ঐখোযনা নিংথৌগী মাইযোক্তা ৱা ঙাংবা তাববদি কবম্বা হিবমদা ঙাংগনি?

শুক্রাচার্যঃ- ৱা ঙাংবা যাবগী মতাং কোন্না লাক্কনি, অদুগা মতমদুদা অমুক হন্না অদোমগী মতিক - মগুন লৈবা ৱাঙাংদু দবকাব ওইবক্কনি আচার্য অত্রি। অদুবু মতাংসিদদি থুনমক ৱা অমা লেপ্পবা তাই।

অত্রি ঃ- তাকপিয়ু।

শুক্রাচার্য ঃ- ঐখোয় অনিমক্কী লৌমী- শিন্মীশিং অমদি খুৎশা হৈবা মীওইশিংদুগী পল থিংবগী থবক্তু থিম্বহনবা তাবনি ।

গর্গ ঃ- অদুবু..... অদুবু পনদু থিংবা লোযদ্রবদি দৃষদ্বতীদু সবস্বতীদগী থৈদোক্লগা মতম চুপ্পগী ওইনা যমুনাগী মায়কৈদা চেনখ্রনি ।

শুক্রাচার্য ঃ- মদুসু ওইবা য়াই ।

গর্গ ঃ- মানা হায়বসি য়াববদি অসুক য়াম্না হোৎনদুনা সবস্বতীদা ঈশিং চেন্নহন্নবা ঐখোয়না খোং তৌবিবদু ...... ইকং কংদুনা লৈবগনি।

শুক্রাচার্যঃ- কংনা লৈবসনু! আচার্য গর্গ! ... ঈশেং- শেংলবা ৱাফমনি, অদোম্মা অনিসিগী মবক্তা অমত্তুং খনবীয়ু... ইমুং- মনুং, শাগৈ- নাতৈ, ইচানুপী অর্চনা অমদি আশ্রমগী তুংগী ফিভম নত্রগনা সবস্বতী তুবেলদা ঈচেল চেলহনবা মদুনা লৌমীশিংগী মচা- মশুশিংদা কান্নবা ফংহনগনি, অতোনবা মচাশিং অমদি লেমহৌবা ডাকু অমা অনিদসু।

গর্গঃ- (নকক তৌনা) কবিগুম্বা অনিমক্তা কান্নবা তাববদি!

অত্রিঃ- মদু ওইবা যাবোই গর্গ।. শুক্রাচার্যনা হায়বিবসি অচুম্বনি। সবস্বতীদু কংবা তাবনি। মহাক্কু তুবেল ওইদ্রবনি, শক পোলাংগুম ওইববনি, ঐখোয় মুনি ঋষিশিংগী আশ্রম লৈবনা ইকায খুম্নবা ফংজবিবনি।

শুক্রাচার্যঃ- অদুবু হৌজিক্তি. হৌজিক্তি, ঐখোয়গী আশ্রমগী তুংগী ফিভম সবস্বতীগী তোর্ববান্দা নত্তে- নোংপোকলোমদা শন্দোক্লিবা নমহাংসিদনি। মফমসিদা ঐগী যজ্ঞগী মৈ হৌগনি, ঐখোযগী মন্ত্রগী মৈ, কবিগুমবা পৃথুনা নিংথৌ ওইদুনা অসুম লৈগে হাযববদি বৈশ্বানব মৈগী মাঙ থানা চৎকদবনি, লান্মীশিংগা লোযননা, মাগী থৌনা ফবগী ফিবালদু পাইহল্লগা!

গর্গঃ- অদুগা কৈদৌববা?

শুক্রাচার্যঃ- হৌজিমক চৎপিবো অদুগা পল থিংবগী থবক্কু পহ্নবা হোৎনবীয়ু। অনৌবা শিন্মী কাংবুদুসু তোঙান- তোঙান খাযদোকপিয়ু।

অত্রিঃ- ফবে. ..

(চৎকে তৌই অদুবু মমাংদা নিংথৌ পৃথু থোবকই। লেংবান্দা য়োৎপাক্কু থম্নগা মখুৎনা পায়বি। হবাও- তয়াম্বা অমদি থবক্তা থৱায় য়াওবগী মওংনি।)

পৃথুঃ- অর্চনা ঐগী শগোলদু শেম শাবো! ... ঐগী .... (মুনিশিংদা য়েংলগা) ইহে, মুনি ময়ামসু সিদা লৈবীবন্নি?

গর্গঃ- ইনিংথৌ অদোমগী লেংবান্দা.....

পৃথুঃ- হোয়, ঐগী লেংবান্দা লীকং লৈতে, য়োৎপাক্লি লীবিবসি। মতাংসিদা মসিনা ঐগী নিংথৌ ওইবগী খুদমনি, মবমদি ঐগী প্রজা চা কয়ানা ঐগী শত্রুমসিদা পামজবা পোক্লি।

অত্রিঃ- কবম্না প্রজানো?

পৃথুঃ- অদোমগী আশ্রমগী অকোয়বগী লৌমী - শিম্মীশিংদুনি অত্রি মুনি ! অদুগা অদোমগীসুনি শুক্রাচার্য ! মুনি অনিমক্না অবেম্বদা চিন্তা তৌবিবি। মখোয মযাম শেম-শাদুনা লৈববনি, থুনমক পল থিংবদু লোযশিন্নবগীদমক্তা মীওই চামণ্ডানা মখুৎতা য়োৎপাক পাযবদু উবদা ঐসু যোৎপাক থাঙ্গৎলে। লৈবাক হোন্নবগীদমক থুম্মোক পাযবা মীওই চামণ্ডাসু মকোক্তা থুম্মোক্না লুহুপকুম লৈতেংবদুসু ঐনা উবে।

শুক্রাচার্যঃ- (তৌফম খণ্ডদনা) শিম্মী চামণ্ডা !

পৃথুঃ- চামণ্ডা অমগসু শেম-শাদুনা লৈবে।.. মখোয় মযাম পলগী মায়কৈদা চৎপসু হৌখ্রে। ঐখোয মযাম হেক থুংবগা থবক্তু শুবা হৌবগনি অদুগা উনা-উনা পল থিংবদু লোযবগনি। অদুগা সবম্বতীগী অনৌবা ঈচেলগা লোযননা ঐখোয হল্লক্কনি। (শগোলগী মখোল তাই।) ঐগী শগোল যৌবক্লে। অর্চনা ! অর্চনা ! (সুত অমদি মাগধ থোবকই) কনানো?

গর্গ ঃ- সুতকা মাগধগবা?

পৃথুঃ- নখোয় অনি পল থাদোক্লগা কবিগী লাক্লিবনো সুত-মাগধ?

সুতঃ- ইনিংথৌ ঐখোয় শগোল থৌবগা লাকপনি, মবমদি .... মবমদি মহাবাজদা থুনমক পাও পীনবগীনি।

পৃথুঃ- কবি পাওনো?

মাগধঃ- পলদু লৈত্রে মহাবাজ !

পৃথুঃ- (বজ্রনা তাবগুম) কবি হায়বা?

গর্গঃ- কবিনো হায়বিবদু মাগধ?

মাগধঃ- হিমালয়দা নোং কন্না চুবনা দৃষদ্বতী অমদি যমুনাদা অকিবা ফংলবা ইচাও লাক্লে। পলগী নাকল অমবোমদা লৈবাক হাপকদবদা ঙাইববনি। কবিগুম্বা মীওই চাম্মদং শুবন্নবদি পল থিংবদু লোয়বমগদবনি অদুগা পল কায়বগী তাঞ্জাদুসু লাক্লবোই।

পৃথুঃ- পলদু কায়বববা?

সূতঃ- দৃষদ্বতীদু যমুনাগী মায়কৈদা চেনখ্রে... অদুগা খোংদুনা ইকং কংহৌবে।

পৃথুঃ- খোংদু.... ইকং ...... কংহৌবে!

সূতঃ- শুপ্পতগী মীওই চাম্মদং শুবন্নবা।

পৃথুঃ- (থৌনা অমুক লাকপগুম) চাম্মতা নত্তে মীওই চামঙা চৎকদৌবিবনি অদুগা ঐসু! উর্বী অমদি কবষকী ঈঙ্গিৎ মতুং ইন্না থবক অমুক হৌবগনি। .. . খাম্বা য়াদনা চেল্লিবা তুবেলগী ঈচেল, নহাক অমুক সবস্বতী তুবেলদা মমায লৈবকপা তাবনি।

মাগধঃ- কনামত্তনা ঈঙ্গিৎ পীবা ঙন্নবোই ইনিংথৌ!

গর্গঃ- হায়বগী অর্থদি?

মাগধঃ- উর্বীনা তোর্ববান্দা লেপ্পগা শিল্পীশিংদুগী মতেং পাংনবা থৌবীদু লংলম্মী। অকনবা ঈথক- ঈবৈ অমদি ইবাওখোলগা লোয়ননা ঙংদুনা লাকপা ঈশিংগী শাফুনা য়বদা তোর্ববান্দু কায়বম্মী।

সূতঃ- উর্বীদু ঈশিংদা লুপ্শিনগদৌবম্মী। মীৎনা কুপ্পদা ঙাইবি, কবষনা চাওববা অবংবা ঙাগী মতৌগুম মাবু কন্নবা ঈশিংদা চোংথবম্মী। ঐখোয় মযাম নে- তানা স্বব হোল্লম্মী।

মাগধঃ- অদুবু কয়াম কুইকনি? অতোপ্পা তোর্ববান্দু কায়বক্তুনা কবষকী মথক্তা ননশিল্লম্মী। .... মখোয় অনিমক অমুক উবা ফংখিদ্রে মহাবাজ।

পৃথুঃ- ও! উর্বী অমদি কবষ। (তৌফম খঙদনা) অনিমক, মখোয় অনিমক। (য়োংপাক্তু মখুৎতগী থাদে.... অর্চনা থোবকই।)

অর্চনাঃ- ইনিংথৌ আর্যপুত্র ! (ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈ। মুনিশিংদু অমগা অমগা য়েংনৈ।)

শুক্রাচার্যঃ- (তশেংনা মশা- মথন্ত, অদুবু ঙাইহাক - ঙাইহাক লৈবগা) দেবী, মহারাজ পৃথুবু পুক্নিং হন্নবা তৌরীগনু। মঙোন্দা খুৎলায় পীবিয়ু- লীকং, তেন্দোং অমদি থাংশাং !

অত্রিঃ- নোংপোকলোমদা য়েক্লবনা মঙক থাঙৎতুনা লৈবি। ইনিংথৌগী থৌনাদু দবকাব ওইবি নিংথৌ পৃথু ! বৈশ্বানব মৈগী মাঙ থাদুনা চৎপিয়ু। ইনিংথৌগী লম্বীদা জঙ্গলশিংবু মৈ থাদোক্লুনা, য়েক্লবশিংবু মাঙহল্লু। থৌনা ফববা পৃথু নিংথৌ !

শুক্রাচার্যঃ- (ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈবগা) আচার্যশিং লাকপিবো, ঐখোয় ময়াম মপান্দা থোক্লসি। লাক্লো সূত- মাগধ।

(পৃথুগা অর্চনাগা থনল্লগা মযামদু চৎখি। ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈ। অমম্বদুদা মঙালদু পৃথু অমদি অর্চনাদা য়ৈবি। তপ্না - তপ্না অর্চনানা পৃথুগী লেংবান্দা অহানবদা তেন্দোং, অদুগা মথঙদনা লীকংদু য়ানশিল্লি। পৃথুনা মঙোন্দা মীৎকুপা অমত্তং য়েংঙি অদুগা অমুক মমায় লৈথোক্লগা খবা লাপ্লা হন্দোকই। মাগী মমায়দু নাকল অমখক উবা ফংঙি।)

পৃথুঃ- অর্চনা !.... ঙাইহাক্তংগী ওইনা ঐবু ইথন্তা চীক্লা লৈহনবা য়াগদ্রা?

অর্চনাঃ- মহারাজনা পাম্বা মতমদু ফাওবা লৈবীয়ু কৈদৌবগে? (মনিং হন্দুনা থোকখি। ঙাইহাক তুমিন্না লৈ।)

পৃথুঃ- (লীকংদু মখুৎনা নাল্লগা) ফববনি। ... পৃথু ঐহাক্লা অহানবা আর্যশিংগী নিংথৌনি। ঐগী শক্তমসি শতাব্দী কয়াগী মতুংদসু নীংশিংনহৌবগনি, লীকং তেন্না লৈতেংলবা ঐগী হকচাং, থাংশাংগী অবংবা মঙালনা লংলবা মাইথোঙ, য়েক্লবশিংবু কিহনবা ঙম্বা অকনবা খোল্লাও, থৌনাফবা লানঙন্না, ডাকুশিংবু

মাঙহনবা, প্রজাবু লুচিংবীবা, মুনিশিংবু ঙাক- শেনবীবিবা - পৃথু....। মীয়াম্না হায়নগনি পৃথুদি শায়োন্নি... শায়োন। অদুবু ঐগী শক্তমসিগী মকমদা শু- নোম্বগী হৃমাংনা চোৎলবা মায়থোঙসিদি কনানা খঙবীগনি? ঐগী খুৎসিনা য়োৎপাক পায়খিবদুদি কনানা খঙবীগনি? পৃথিবীবু লৈতেম মান্নহন্দুনা শঙ্গোম শুমখিবা মখুৎতুবু কনাগীনো হায়না কনানা রাখল তৌবিগনি? পৃথিবী .. পৃথুগী পৃথিবী। ... কনানা খঙবগনি রাহৈশিংসি? (লৈতোংদুদা কাখংলি, অদুগা মথকলোমদা য়েংখৎলি।) .... হে চমম্নবগী লাই, যজ্ঞপুরুষ হায়না খঙনবিবা, নোংদম্বা হাযনসু কৌনবিবা... নঙদি পবম ব্রহ্মনি, ঐনা খঙঙি, শক্তিদু নঙগী নত্তে, ঐগীনি। অদুম ওইনমক নঙগী নফমদা খৃৎ তিংথোক্তুনা নিজবি। মশা- মবেং লিশিং কয়া পানবা অতিয়াদা হৌবা উপালগুম শন্দোক্লি। ঐগী মীৎয়েংসি অহাংবা মালংগী লোয়নাইদ্রবা হৈবাং- লৈবাং পাম্বীশিংদুদগী লৈথোকহন্বীবো। পৃথিবীদা চাযখাইদুনা লৈবিবা কংলবা উনা - রানাশিংদুগী মবক্তুদা থিবসনু, ঐগা লোযনবম্বী মহাক্তু ঐগী থরায় ওইবিবীনি, অদুগা ঐগী ইমাসু ওইবম্বীনি। উবী ইমা . ইমা ইবেম্মা ! (মখনাওদু ফুনগৎপা খোঞ্জেলদা) . হো. . ইমা !

(মমশিল্লকই) ! মৈঙালদুনা নটী অমদি সুত্রধাবদা য়ৈবি।)

নটীঃ - (নুংশা স্বব শাঙনা হোল্লগা) যুগ কয়াদগী শুমাংসিদা খোঞ্জেলসিগী খোম্থাংদু কনাসু তাবিদনা নিনদুনা লৈবিবনি। সুত্রধাব !

সুত্রধাবঃ- (ঙাইহাক্তং তু মিন্না লৈকবগা) ঐনা ঐগী লাইশোনসি লোয়শিল্লগে ! অথর্ববেদগী শ্লোকতু নিংশিংলিববা?

নটীঃ- পৃথিবীগী শ্লোকতুবা?

সুত্রধাবঃ- হায়যুনে তাবসি ! (নটীনা মখোল থোক্লা শকই অদুগা মাগী মতুংদা সুত্রধাবনা অর্থ হন্দোকই। )

নটীঃ- বিশ্বমভবা বসুধানী প্রতিষ্ঠা হিরন্যবক্ষা জগতোনিবেশনী !
বৈশ্বানবং বিভ্রতী ভুমিরগ্নিং ইন্দ্র ঋষভা দ্রবিনে নো দাতু।

সূত্রধাবঃ- হে তাইবঙবু য়োকপিবিবী, মনি-মুক্তাগী খনি ওইবিবী, সনা-লুপানা শীক থল্লবা ইরৈবাক, নঙদি জগৎকী থবায়নি। ঐখোয়না পামজবা মনি-মুক্তাশিংদু নঙগী থমোয়নুংদগী থোকহনবীবো।

নটীঃ- যত্তে মধ্যং পৃথিবী য়চ্চ নভ্যং য়াস্ত উর্জস্তম্বঃ সম্বভুব।
অসুনা ধেহ্যভিনঃ পবস্ব মাতাভুমিঃ পুত্রো অহং পৃথিব্যা।

সূত্রধাবঃ- পৃথিবীগী ঈনুংদগী থৌনা লিংজেল কয়া থোবক্লি, অদুগুমবা লৌশিংগী থবায় ওইবিবা নুংশিৎতুদা ঐসু ইতিক ইথৌনা পোকচগে। পৃথিবীগী অতিয়াদা রাখলগী নোংনা কোইপাই পাইবিবা নোংগী ঈশিংদুনা ঐসু ইকজগে। মালেম লৈমনা ইম্যানি অদুগা ঐনা মালেম লৈমগী মচানি।

(মমশিল্লকই)

(লোয়বরা)

# (মরি লৈনবা অকুপ্পা বারোল)

সমস্যাশিং ঃ- হৌখিবা চহি কয়াসিদা চযেৎনবা অমদি চমন্নবা কয়া লৈদুনা ঐগী থম্মোয়দা অরা- চৈথেং কয়া পিখি মদুগী মবমদা হিন্দী নাটক ইবশিংনা থোয়না পূক্লিং চংবীখিদে।

ফিভমসিদা কর্ম্ম (হায়বদি এক্সন)দা মীওইবনা কান্নবদু থিবা নত্তে, উপায় থিবিবনি। নুপা থোকপসু মখল অমগী অচুম্ববু কন্নবগীদমক্তা চংজফমদু লৈগদ্রা? অদুগা নোম্বা কনবা মীওইবদা কল্পনাগী অহৌবা অমদি অবোয়বা রাখলনা মদুগী চাওখৎপদুদা অথিংবা পিবিববা?

নত্রগা মীওইবা অমদি প্রকৃতিগী লীচৎতা অমগা অমগা লৈনবিবা মবীদু ওইগদ্রা। প্রকৃতিগী ফজববা অমদি অর্থ চেল্লবা তোঙান- তোঙানবা শক্তমবু দেবতাশিংগী শক্তমদা যেংলগা মীওইবগী খোঞ্জেলদা কাব্য অমসুং নাটক পোক্লক্কনি, অদুবু প্রকৃতিগী মবল- মথুম কয়াবু মশাগী মবল ওইনা শিজিন্ননবা থিবিবা অমদি মখোযশিংদুদা লৈবিবা ড্রামাদু মতম চুপ্পদা নিন্দা তৌনিংঙাই ওইগদ্রা?

নত্রগা কবিগুম্বা খুন্নাই অমা চাওখৎপদা য়ানশিন্নবা মকুগী পোৎথোক যাম্না লৈগদবা কাংলুপ মশেল পুনশিন্নবগী খুদোলদুবা?

অদুম ওইনমক মদু কবম্বা অপঙবগী মতৌনো মদুবু খুদুম চল্লগা মীওইবগী ঈ- মশেল অমগা- অমগা পুনশিন্নবগী মায়োক্তা হাৎন- শুনদুনা লৈবিবা ভাবতবর্ষগী ইতিহাসতা আর্য অমদি আর্য নত্তবা জাতিশিং পুনশিন্নবগী মওং অসিদসু অসিগুম্বা খুদোংথিবসিদগী নাম্থোক্লগা লাকখিদববা? নত্রগা কাংলুপ অমদি লৈবাক্কী শাসনগী মবিদা যুমফম ওইববা? নিংথৌদা ঈশ্বরগী ওইবা মতিক মগুন্না মবম ওইবগা মহাক্তা অফবা মবি শেম্নবি নত্রগা মীয়ামগা লোয়ননা নিংথৌগগী মবক্তা অমসু- অমসু যাইফনবা হোৎনবিববা?

নত্রগা আশা যাম্না তৌগনবা মীশক্তা কর্ম্ম তৌবগী থৌনা লিংজেল অমদি ইথক- ইবাংগী অকনবা অপাম্বদু অবায়বা মওংদা লোয়নদুনা

লৈনবগীবা। ফ্রাড অমদি অতোপ্পা সাইকো-এনালাইসিষ্টশিংনা 'লিবিডো' (অপাম-নুংশি অমদি পুক্লিংগী শক্তি) বু চপ মান্নবা খনবা ওম্বা, খুদম ওইনা তোঙান-তোঙানবা সংস্কৃত নাটকশিংদা শৃঙ্গার বসতা পূক্লিং লুপশিন্নগা মমৈথংদা বীব বসতা অমুক চঙশিন্নকপা হিবোশিংগী মনুংদা য়াওদে।

হায়বিবা ব্রাফমশিংসি লীলা ফমপাক্তা উংনবগীদমক্তা সিম্বোলগী মতেং লৌবা হেন্না চানগনি খল্লি। পুবানগী ব্রাবী অমদগী অসিগুম্বা সিম্বোলদু ঐঙোন্দা ফংঙি। মহাভাবত অমদি পুবানশিংদা ব্রাবীদু মখাগী অসুম্না তৌই।

**ব্রাবী পবিংঃ-** মথাই থায়না মমাংঙৈদগী পৃথিবীদা নিংথৌ পাল্লমদে। মতাংদু আর্যশিংনা ভাবত্তা লাকপা পংকুই কুইদ্রিঙৈ মতমদুগী ব্রাবীনি অমসুং হড়প্পা সভ্যতাগী থায়নগী মীওইশিংদুগা মখোয়গা কন্না লানথেংনখি। লাইযামশিংনা হায়বা মতুংইন্না ভগবান বিষ্ণুনা মশাগী মতিক-মগুন্না বিবজা হায়না কৌবা পুক্লিংদগী পোকপা মীশক অমা পুথোক্লম্মী। মহাক্তু মীওইবা সমাজদা খ্বাইদগী ব্রাংবা ফমথোল ফংবা য়াবা মীশক ওইখি। মাগী মতুংদা ব্রহ্মাবর্তদা (হবিযানা পঞ্জাবকী সবস্বতীগী লম) মীওই মবি-মঙানা শাসন তৌখি। অদুবু মখোয লোয়নমক লম্বোইবা ওইখি, মখোয়না লৈবাক ঙাকপগী পোৎলুমদু পুখিদে।

মবিশুবা (নত্তগা মঙাশুবা মশিংদা চয়েৎনবা খবা লৈ) লৈঙাকপগী মমিং অঙ্গ হায়না কৌই। অঙ্গগী নুপীগী মমিং সুনিথা কৌই, মহাক যমগী (অশিবা কৌবা লাইগী) মচানুপীনি হায়নৈ। মখোযগী মচানুপা বেন কৌবা অমা লৈবম্মী বেন অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা লমহেনবা, হায়বা ইন্দবা মীশক ওইখি। মাগী লমচৎ-ব্যবহাবদুদা শাওনিংদুনা অহিং অমদা খুদিংমক থাদোক্লন্নগা মপাবুং অঙ্গদু তুমিন্না বন্দা চৎখি।

ব্রহ্মাবর্তদা ডাকুশিং (আর্য নত্তবশিং, হড়প্পা সভ্যতাগী মমাংদা লৈবম্বা)বু কিবদগী অত্রি, ভৃগু, শুক্রাচার্য, গর্গ অমদি বালখিল্যনচিংবা মুনিশিংনা সুনিথাগী রায় মতুংইন্না বেনবু লৈবাক ঙাকপা মীশক ওইনা খল্লম্মী।

বেনদি য়াম্না মীওৎ- মীনৈ কনবা মীশক ওইখি। মহাক্না যজ্ঞ অমদি পুজানচিংবা থিংজিল্লম্মী। মহাক মশামকপু ঈশ্বরনি হায়না মীয়ামদা লাউথোক্লম্মী। মহাক ব্রাহ্মণচিংবা অৱাংবা জাতিগী মুনিশিংগী পাওতাকপু থওইরমদে অমদি মাগী মতমদা জাতি অমগা অতোপ্পা জাতি অমগা চাবৌ- মৌবৌনবগী থবকসু হেনগৎলম্মী।

মতমদুদা মুনিশিংনা মন্ত্র শোল্লগা হৌনা লাউবদুনা অমদি মন্ত্র শোল্লগা কুশাগী থৌবীদুনা লাকশিন্দুনা বেনবু হাৎলম্মী।

বেনগী মমা সুনিথানা মচানুপাগী অশিবা হকচাংদু মন্ত্র শোনবা নত্রগা নান্দুনা মশাদু তগৎ- তগৎ তেক্লা থল্লম্মী। মাযকৈ অমবোমদনা ব্রহ্মাবর্তদা ডাকুশিংনা অমুক হন্না লান্দাবা হৌবক্লম্মী। মুনিশিংনা মখোযগী আশ্রমদু ঙাক্লবা হোৎনবদা চিন্তা পোৎলুম পুবম্মী।

মমৈথংদা মুনিংশিংনা বেনগী অশিবা মশাদু অহানবদা মাগী য়েৎথঙবা ফৈগলদু মন্ত্র শোল্লগা নোইবম্মী। মদুদগী মথিক নেম্বা নুপা অমা থোবক্লম্মী! মাগী শক্তমদু অকিবগী মশক্লি, কুচুনা অচাকপা উচুক্লম মুবম্মী, মমিৎনা ঙাংশং ঙাংঙি মশমদুনা মুশিন মুবম্মী। মুনিশিংনা মঙোন্দা হাযবম্মী 'নিষীদ' (ফম্মু)। মবম অসিদগী মাবু 'নিষাদ' হাযনা খঙনখি। মহাক্না হেক পোকপগা বেনগী পাপ ময়ামদু মশানা যানা লৌবম্মী। মদুদগী নুপা অমা থোবকই, মহাক লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রগা মান্ননা মশক- মতৌ ফজবম্মী, খুৎশু- খুৎলাই অমদি ফিজেৎ লৈতেংগা লোযননা মতিক- মগুন লৈবা অমদি থৌনাফবা মীশক ওইবম্মী। মাগী মমিং পৃথু কৌই। সুত অমদি মাগধ (নিংথৌগী মগুন শক- শোনবা) মীশিংনা মাগী মতিক- মগুন শক শোনবা হৌবম্মী। পৃথুনা মখোয়বু খাল্লগা হাযবকই - "হৌজিক ফাওবদা ঐনা মতিকচাবা অফবা থবক অমত্তা তৌখিদ্রি, হৌজিক্তগী ঐগী শৈথাবা ঈশৈ কবিগী শরুদৌবিবনো।"

মতুংদা পৃথুনা মুনিশিংদা হংঙি- "ঐনা ময়ামগী কবম্না মওংদা সেবা তৌগদগে, অদুগা মতৌ কবম্না থবক্কী থৌবাং তৌগদগে মদু ঐঙোন্দা তাকপিয়ু। মতাংদুদা শুক্রাচার্যনচিংবা মুনিশিংনা পৃথুদা ৱাশক খবা শকহনখি,

মকওইবশিংদি পুক্লিং, ব্রাঙাং অদুগা থবক্লা বেদবু ঙাকশেনবা, বেদদা পীরিবা দশ্তি পীবগী নিয়মদু চংনহনবা, থব্রায়পানবা পূদ্বগী মফমদা মান্নবা মীৎয়েংনা য়েংবা, অদুগা ব্রাহ্মনশিংদা দণ্ডি পীদবা, সমাজনা জাতি অমগা অতোপ্পা জাতি অমগা চার্বৌ- মৌবৌনবা থিংবা অসিনচিংবনি।

হায়বিবা ব্রাশকশিংগী লিপুন্না পুল্লবা তুংদা মুনিশিংনা পৃথুবু 'নিংথৌ' ওইনা লাউথোকখি। পৃথুনা মাগী মন্ত্রিমণ্ডলদা শুক্রাচার্যবু পুরোহিত ওইহনখি, গর্গনা জ্যোতিষী অমদি সবস্বতী তোবর্বন্দা লৈবা বালখিল্যগন, অত্রিনচিংবা মুনিশিংবু অতোপ্পা মন্ত্রীগী ফম পীবম্মী। সুত অমদি মাগধনা হবাওদুনা পৃথুদা অনুপ অমসুং মাগধ লৈবাক শিন্নবম্মী। মুনিশিংনা মঙোন্দা আজগব কৌবা লীকং পীখি। পৃথুনা ডাকুশিংবু মায়থিবা পীবগা ব্রহ্মাবর্তদা শান্তি লৈহনখি। যজ্ঞনচিংবা তৌবম্মী।

পৃথুগী নুপীগী মমিং অর্চি কৌই। পৃথুনা বেনগী অশিবা মশাদগী থোবকপা মতমদা অর্চিসু পোকখি।

মতম খবা লৈবগা লৈবাক্তু চাকতাংবা থোকখি। পৃথিবীসিদা মহে- মবোং অমত্তা থোক্লমদে। চাদবনা মবম ওইবগা প্রজাশিংদু ময়াং কংমন্দুনা শক ঙাক্তা ঙাইবম্মী। পৃথিবীনা মশামক্লা তৌগে নিংনা মহে- মবোং, হিদাক- লাংথক্লচিংবগী মনা- মশিং কযা মাগী হকচাং মনুংদা লোৎশিন্দুনা থম্লে হায়বদু পৃথুনা খঙলে। মহাক কাহেন্না শাওবদুনা লিকং তেন পায়খৎলে অদুগা পৃথিবীবু কাপ্পনবা কোয়তান তানবম্মী। কিবদুনা পৃথিবীদু মাইকৈ মবিদা স্বর্গ, পাতাল অমদি অহাংবা মালংদা কোইচেল চেল্লম্মী। অদুবু পৃথুনা মাবু মফম খুদিং কোইতান তান্নবম্মী অদুগা মবোল অহমসিদা মাগী লোৎফম লৈবমদে।

মতাংদুদা পৃথিবীনা পৃথুগী মাঙদা লেপ্পগা নোল্লুকপা মঙংদা হায়বকই- ঐদি ইবাল লৈতবীনি। ইনিংথৌনা ঐবু কবিগী হাৎপা পাম্বীবিবনো? ঐবু মাঙহল্লগা ইনিংথৌ ইশামক অমদি ইনিংথৌগী প্রজাশিং কদায়দা লৈগদগে? নিংথৌনা খুন্নকই- নঙনা নুমিৎ খুদিংগী অশংবা মনা- মশিং কয়া চাথোকই

অদুগা ঐখোয়দা শঙ্গোমদি পীদে। ঐনা তেঞ্জেনা নগুবু মকক- মকক ককথৎলগা ঐগী ইতিক ইথৌনানা প্রজাশিংবু য়োক্কনি।

পৃথিবীনা পাওখুম পীবকই- নখোয় ময়াম্না ঐবু নিংথিনা ঙাকপি- শেনবিবা অমদি ইকায় খুম্নবীবা তৌদে, লৌউ- শিংউবনচিংবা উপায় কয়া শিজিন্নবদা নিয়ম চুম্না ফজনা পাঙথোক্কে। মরম অসিদগী ঐনা মহৈ- মবোং অমদি হিদাক- লাংথক্কী মনা- মশিং কয়া লোৎশিল্লিবনি। ইনিংথৌনা থব্বায় পানবা জীবশিংগী পামজবা অমদি মথৌনাবু হেনগৎহল্লিবা মহৈ- মবোং দবকাব ওইববদি ঐগী মতিক চাবা ঐগা চানবা ষন্নাও, শঙ্গোম শুম্নবা পাত্র, অমদি শঙ্গোম শুমগদৌবিবা মীশক্কুসু থৌবাং তৌবীযু। মতমদুদা ঐনা ইনিংথৌগী অপাম্বা শঙ্গোমদু পীজগনি। ব্রাফম অমগা লৈবি। ইনিংথৌনা ঐবু লৈতেম মান্নহনবা তাই, মদুনা নোংজু থা লোযত্নবসু ঐগী ইথক্তা ইন্দ্রনা চুহল্লিবা নোংদু মফম খুদিংদা তুংদুনা লৈনবা অমদি ঐগী নুংগী- ঈশিংদু কংখিদনবনি।

পৃথুনা লিকংনা মাযকৈ মবিমক্কী লৈতোংশিংদু তেমখায়বগা পৃথিবীবু লৈতেম মান্নহল্লে। লৈতেম মান্নবা লমদমদা খুঙ্গংশিং অমদি লবুক্তচিংবা তোঙান্না খায়দোক্লে। মনুবু ষন্নাও ওইহল্লগা পৃথুগী মখুৎমক্তা সঙ্গোম শুমদুনা মহৈ- মবোং মখল তবাতবেৎ পুথোক্লম্মী। মহাক্তা লুচিংলগা অতোপ্পা জ্ঞান লৈবশিংনা মালেম্বু শুন্নগা মখল- মখলগী অপাম্বা পোৎলমশিং পুথোক্লে। ঋষিশিংনা বৃহস্পতিবু ষন্নাও ওইহল্লগা য়োংকী পাত্রদা য়ুগী মশক ওইবা শঙ্গোম্বু শুন্লম্মী। গন্ধর্ব অমদি ইন্দ্রগী জগোয়শাবীশিংনা বিশ্বাবসুবু ষন্নাও ওইহল্লগা থম্বালগী মশক ওইবা পাত্রদা ঈশৈ অমদি ফজববু শুমদুনা পুথোক্লম্মী। খনি, উমং- ব্রাম্‌ং, ধাতু, মনা- মশিংনচিংবা মখল খুদিংগী পোৎলমশিংবু পৃথিবীদগী শুমদুনা পুথোক্লম্মী। খুদিংমক থোকহনবী মালেম লৈমবু পৃথুগী মমিং লৌবগা পৃথিবী হায়না খঙনখি।

মসিগী মতুংদা পৃথুনা অশ্বমেধ যজ্ঞ লিংখৎনবা থৌবাং তৌবম্মী। মাগী যজ্ঞ ৯৯ দি লোয়শ্লে অদুবু ১০০ শুবা যজ্ঞদুদি ইন্দ্রনা মপুং ফাহল্লমদে। ইন্দ্রনা অবোনবা ফিজোল শেৎলগা অশ্বমেধগী শগোলদু কয়াবক হন্না হুবানখি।

পৃথুনা ইন্দ্রবু হাৎপা পান্নম্মী। অদুবু মুনি ঋষিশিংনদি ইন্দ্রবু আহুতি কৎলগা হাৎনবা পাওতাক পীখি। মতাংদুদা ব্রহ্মানা পৃথুবু অসুম্না হায়বদুনা থেমজিল্লম্মী। "হে ইনিংথৌ, নহাক্তি অবানবা খুভম ফংলবনি, ইনিংথৌনা অমুক যজ্ঞ তৌকবগী কান্নবা লৈত্রে।"

**ইতিহাসকী ওইবা অচুম্বা রাফম অমদি ভাবনা শাবাঃ-**

পৃথুগী রাফমসি মহাভাবতকী বাজধর্মানুশাসন পর্বদা শন্নপ্না লীবি অদুগা ভাগবত পুবাণগী (মবিশুবা স্কন্ধ, ১৯ শুবা অধ্যায়দা) অমদি বিষ্ণু পুবান্দা তোঙান তোঙানবা মওংদা হাপচিল্লগা পাকথোক চাওথোকহল্লে। অদুবু পৃথুগী মবমদা পনবদি ঋগবেদ অমদি অথর্ববেদ অনিমক্তা ফংই। শতপথ ব্রাহ্মন্না মহাকপু অহানবা নিংথৌ হায়না মমিং থোনখি। অসুম্না মহাভাবত অমসুং পুবাণশিংদা মথং- মনাও নাইনা ফোঙদোকপগী মওংদা পীবম্মী।

পৃথুগী রাবীদা নিষাদ অমসুং সবস্বতীগী মবমদা অসুম্না খন্নবম্মী, মদুবু থিজিন্নবা অসুম- অসুম হোৎনবদা অচুম্বা রাফম অনি ফংই। অমদি মসিনি মদুদি নিষাদ হাযবা রাহৈসি ব্রাহ্মন নত্রগা ক্ষেত্রিযনা মপা ওইবা অদুগা শূদ্রনা মমা ওইবগা পোক্লকপা মচাশিংদুগীদমক্তা শিজিন্নবা রাহৈ ওইবম্মী।

কবষ কৌবা নিষাদকী মবমদা ঋগবেদ অমদি ঐতবেয় ব্রাহ্মণগী মবমদা পল্লি। ঋগবেদগী তবাশুবা মণ্ডলদা কবষকী মমিংদা ঈশিং পুজা তৌবদা শ্লোক কয়া য়াওবি। কবষ ঈলুষকী মিনাইনুপী অমনা পোকপা মচানুপানি। ঐতবেয় ব্রাহ্মণগী মতুংইন্না সবস্বতী তোর্ববান্দ ঋষি খবা যজ্ঞ তৌদুনা লৈবিঙৈদা কবষসু মখোয়গা লোয়ননা য়াওবম্মী। অদুবু তশেংবদি মাদি মীনাইনুপীগী মচানি মবম অসিনা মুনিশিংনা মহাকপু মখোয়গী আশ্রমদগী তাস্থোকখি। তাস্থোকপিববা নিষাদ - কবষতু লৈঙোই লমদা চৎখি। মফমদুদা মহাক্লা সবস্বতীবু খুকমজবম্মী মদুগী মহৈনা লৈঙোয়লমদুদা সবস্বতীগী ঈশিংনা মায়কৈ মবিমক্তা ফাওবক্লম্মী। ঋষিশিংনা নিষাদকী লাই খুকস্বগী মতিক ময়াইদু উবদা মখোয়গী আশ্রমদা যজ্ঞ তৌবদা মাবুসু য়াওহনখি।

দস্যুশিংগী মতাংসি ঋগবেদদা য়াম্না তোয়না থেংনৈ, মখোয়গী

শহৰশিংদুগী ব্ৰাখোক্তা মখোয়না মাঙ- তাকপদা ঋগবেদগী আর্যশিংনা হন্না - হন্না ইন্দ্র অমদি অতোপ্পা লাইশিংদা প্রার্থনা তৌই। মতাংদুদা সৰস্বতী ঈচেলনা চেন্থৰকপা তমপাক্তগী তোর্ববান্দা হড়প্পা সভ্যতাগী লেমহৌবা মচাকশিং ফংঙি, মখোয়শিংদুগী মনুংদা মকওইৰশিংদি বাজস্থানগী সুৰতগড়গী মনাক্তা কালীবঙ্গাদা হড়প্পা মোহনজোদড়োগা মান্নবা খুঙ্গং অমগী লৈহৌবা তেক কায়ববা যুমশিংদুনি। ঐহাক তেক- কায়ববা যুমশিংদু উবে অদুগা অৱাংবা লৈতোংদা লেপ্পগা সৰস্বতীগী ঈচেন্না মাঙখিবগী মৰমশিংদুবু ভাবনা শাজিল্লম্মী- কৰম্না মথক্তগী চেন্থৰকপা লৈবাক্তুনা সৰস্বতীগী ঈচেলবু থিংখিবনো অদুগা মতুংদা কালীবঙ্গা খুঙ্গংদু মাঙহনখিবগে হাযবদু। উতখনন ফম্নাইবা শ্রীথাপবনা য়াম্না নুংঙাইবা অচুম্বা ৱাফম অমা ঐঙোন্দা তাকপিখি। ভূবিশেষজ্ঞশিংনা (লৈবাকপু য়জ্ঞ তৌবশিংনা) সৰস্বতীগী কংলবা লৈমায়দা লৈবাক্তু চাংয়েং তৌবগা ভাবনা শাবম্মী মদু যমুনাগী ঈচেলগসু মৰি লৈনবম্মী। মদু তশেংনা দৃষদ্বতী তুৰেল ওইৰম্না য়াই মদুনা কোন্না যমুনাগী মাযকৈদা চেনখিবা অদুগা সৰস্বতীবোমদা মাগী ঈচেলদু লেপখিবা ওইবা যাই । মদুসু সৰস্বতীবু কংহন্নবগী মৰম অমনি। সৰস্বতীগী লৈঙোয়লমদা খুঙ্গংশিংগী মীওইশিংদুমক দস্যু ওইৰমদে। মখোয় সৰস্বতীগী তোর্ববান্দা লৈবিবা আর্যমুনিশিংগী আশ্রমদা লান্দাখিবশিংনি হায়বিবা দস্যুশিং দুনা মাতৃপুজা তৌনবম্মী হড়প্পা মোহনজোদডোদা ফংবা লৈবাক্কী পোৎ- চৈশিংদুনা মসিগী চপচাবা প্রমান্নি। শক্তম অমদা মালেম লৈমগী গর্ভনুংদগী উপাল অমা থোবকপদু উৎলম্মী পৃথিবীনা মচা পোকপগী শক্তমনি। মমাবু পুজা তৌববা তুংদা লাকপা আর্যশিংগী পুন্সিদা য়াওখিবম্মী অদুবু হান্নগী শক্তমদু হৌজিকশু বাজস্থান্দা ভীলশিংনা শাবা অঙকপা অদুগা মুর্ত্তিশিংদুদা কবিগুম্বা অকিবা হঙ্গোইবা শক্তম উবা ফংঙি। মখোয়শিংদু মীয়াম্না ঙসিসু ঈবাৎনবি। মুর্ত্তিশিংদুগী পুক্লিং হৰবা শক্তমশিংদু উদয়পুৰগী ভৰতকী লোকলা মণ্ডলদা উবা ফংঙি। বাজস্থান্দা ইমাইবেম্মা অম্বাগী ঈবাৎপা মতমদা ঈবাৎলিবা নত্ৰগা ইবাৎলিবীদুদা দেবীনা তোংবগী চৎনবী অমদি মৰি লৈনবা ঈশৈ নত্ৰগা জগোয় অয়াম্বনা উবা ফংঙি।

মতমদুদা (খৃষ্টগী মমাং ১৬-১২ শুবা শতাব্দী মনাক অদুবাইদা) মখল অহুম যুগ খেন্নবগী অহোংবদু আর্যশিংগী পুন্সিদা থোক্লম্মী, অসুম্নসু খল্লি। অহানবগী অহোংবদি মখোয়গী লৈবাক ঙাকপগী থৌবাংদুনি। লৈবাক ঙাকপগী থবক্কু মুনিশিং অমদি ব্রাহ্মানশিংগী মখুৎতা লৈবম্মী, অদুনা মখোয়গী আশ্রমশিংদু ঙাক শেন্নবা, মখোয়গী যজ্ঞদু মপুং ফানবা মখোয়না খুনগী লুচিংববু লৈঙাকলোয় ওইনা লৌবম্মী। হৌবকপদদি লৈঙাকলোয়শিংগী লৈঙাক- ব্রাহ্মণশিংগী মবক্তা খৎন- চৈনবা থোক্লম্মী। লৈঙাকলোয়দু লৌথোকই, কনা- কনাগুম্ববু হাৎতোকপসু য়াওই। মমৈথংদা লৈঙাকপবু নিংথৌগী শক্তম ওইনা লৌবম্মী অদুগা মুনি অমদি ব্রাহ্মণশিংদা নিংথৌগা মবি লৈনবা অকক্লবা থৌদাং কযা হায়বদি বাজধর্মগী মতাংদা লেপ্লবম্মী। হাযবিবা মবি লৈনবশিংদু তুংদা শুক্রনীতি হায়না খঙনখিবম্মী।

অনিশুবা ওইনা চাওনা অহোংনা লাকখিবদি আর্যশিংনা ভাবতকী থায়নগী আর্য নত্তবা জাতিশিংগা মবি লৈনবদুনি, অদুগা মখোয়না মখোয়গী সমাজদা নত্রগা ভাবতকী অকোয়বা মনাক নকপদা মফম পীখিবনি। হড়প্পা মোহনজোদড়ো সভ্যতাগী জাতিশিংদা নত্তনা ভাবত্তা তোঙান- তোঙানবা চিংগী জাতিশিং লৈবম্মী আর্যশিংনা কাংলুপ খববু শকফম কায়দনা লৌশিল্লম্মী, নুপী খবনা জাতি য়ান্নবা মচা পোক্লগা মখোয়বু নৌনা, অদুবু হান্নগুম অতোনবা জাতি ওইনা লৌবম্মী, মকওইনা জাতি য়ানশিন্নবগী সমস্যাবু মায়োক্লবগা। 'নিষাদ' হায়বা মমিংসি জাতি য়ানশিন্নবা মচাশিংগী ওইনা শিজিন্নবম্মী মখোয়গী মপানা আর্য ওই অদুগা মমানা চিংগী জাতিনি। মমা পুজা তৌবা অমদি মখল- মখলগী চৎন- পথাপশিং, হবাও- কুম্মৈশিং অমদি লাইশোন- তিনশোনশিং আর্যশিংগী সমাজদা য়াওবম্মী। মখল- মথেল কয়াগী মবি - লৈনবশিং অমসুং শিজিন্নবিবশিংদু আইনগী মতুং ইন্না তৌবা অবায়বা থবক নত্তে। অসিগুম্বা থৌওংশিংগী মায়কৈ অমদা আর্য সমাজদা খেন্নবা খবা লাকই, মদুদা আর্যশিংগী পুক্লিংগী অপাম্বদু খমথেংনা চঙশিল্লম্মী।

অহুমশুবা মকওইবা ৱাফমদি লৈবন্নিবা লবুক- লমহাংশিং, খুঙ্গংশিং অমদি নাগবিকশিংদুগী চাওখৎ- থৌবাংগী মতাংদা আর্যশিংগী থবক-থৌবমগী মহৈ অমদি অদুগুম্বা মখলগী পুন্সিদুবু মথঙশিংনা য়াবদুনি। আর্যশিংদি শা- ঙা য়োকপদা হৈ- শিংলম্মী অদুগা নুমিৎ খুদিংগী অনৌবা শজিক চাফম থিবদা মখোযনা মীওইবগী পুন্সিনা চাওখৎপগী মঙালদু ওইনা উই। অহৌবদা মখোয়গী লৌউ- শিংউবগী মওংদু হৌজিক্কী মতমসিগী নাগা অমদি চীংমী জাতিশিংগী 'ঝূম' গী মওং - মতৌগা হায়বদি উমংশিংবু দবকাব লৈবদগী হেন্না মৈ থাবা, চহি খবা মহৈ- মবোং থাবা অদুগা লৈহাও চেন্দ্রবা মতমদা মদু থাদোক্লন্নগা অনৌবা উমং অমুক কোকথোকপা। উমংদা শজিক চাফম থিবা আর্যশিংগী চৎনবীসি ভাবতকী অশুকপা উমংশিংদা চৎনহনবসু থোযনা অঙকপা ৱাফম নত্তে। অদুবু লৈবাক অসিগী শরুক খবদা চৎনবীসিগী থাযনগী মীওইশিং হাযবদি হডপ্পা মোহনজোদডো সভ্যতাগী কাংলুপশিংনা লৈঙোযলম মবক্তা তুবেল মপান্দা লৌউ- শিংউদুনা ঈশং- শংহনবা অমসুং লল্লোন- ইতিক তৌবা মতৌ অসুম্না চাওখৎলম্মী, মাগা মতম মান্নবা 'দজলা ফবাত' অমসুং নীল তুবেল মপানগী জাতিশিংনা তৌখিবদুগুম্বনি। ঈথৈ- লৌখোং পীবগী মওং অমদি পৃথিবীদা লৈহাও চেলহনবা শক্তি শিজিন্নবা মখোযগীদমক্তদি দবকাব ওইবম্মী। অদুবু আর্যশিংগীদমক্তদি অনৌবা থবক ওইবম্মী। আর্যশিংনা উমং মৈ থাবগী চৎনবীনা মবম ওইবগা সবস্বতী তুবেল কংত্রববা? মদুম্না তৌবম্বসু যাই, মবম অসিনা চাক তাংবা থোক্লম্বসু যাই। ইকংসু থোক্লে অদুগা উমং মৈ থাবা মুনি - ঋষিশিংগী সমাজ অমদি পৃথিবীগী পোৎথোক অমদি তোঙান- তোঙানবা লনগৈবু চাওখৎহন্নবগীদমক অনৌবা থৌবাং কযাসু পাযখৎপা তাবম্মী।

পৃথিবীবু অসুম্না চাউখৎহনখিবা মীশক, মাগী মবল- মথুম শিজিন্নবগী খুজিল- থৌবাং তৌখিবা, পৃথিবীবু লৈতেম মান্নহল্লগা লৈহাও চেন্নবা কন্না হোৎনখিবা, মাগী মমিং মহাভাবত অমদি পুবাণশিংগী মতুং ইন্না 'পৃথু' হাযনা কৌবম্মী।

পৃথু তশেংনা মথক্তা পনখিবা যুগ অহুমদা লৈবম্না খেন্নবশিংদুগী খুদম

ওইবসু য়াই। 'পৃথু' অমসু 'পৃথিবী' ৱাহৈশিংসি কবক্বনা হান্না লাকখি মসি চপচানা খণ্ডদ্রবসু মসিমদি শেংলে মদুদি পুবাণ ইবশিংনা পৃথিবীবু কবিগুম্বদা পৃথুগী মচানুপী, কবিগুম্বদনা মাগী লোইনবী অদুগা কবিগুম্বদনা মমাগী শক্তমদা ওইনা ঈঙ্গিৎ পীখি, মদুনা আর্যশিংগী পুন্সিদা অমদি ভাবতকী লৈমায়দা তোঙানবা শক্তম অমা ওইহল্লিবনি।



## BIO-DATA

| | |
|---|---|
| Full Name | : Sougaijam Nabachandra Singh |
| Father's Name | . (L) S. Mema Singh |
| Mother's Name | : (L) S. Thotnumacha Devi |
| Address | : Lamboikhongnangkhong |
| District | : Imphal West |
| P O/P.S. | : Lamphelpat- 795004 |
| Date of birth | : 1st March 1959 |
| Educational Qualifications | |
| (i) General | : M.A. Hindi, Nishnat (M Ed) |
| (ii) Hindi | : Rashtra Bhasha Ratna |
| (iii) Sanskrit | · Prak Shashtri |
| Name of College | : H.T.T. College, Imphal |
| Designation | · Lecturer in Hindi |

**অনুবাদকী ফোগুব্রবা লাইরিকশিং:-**

(১) ডাঃ রামকুমার বর্মাগী 'বৎসনিংথৌ উদয়ন'
(২) লক্ষ্মীনারায়ণ মিশ্রগী 'সিন্দূরগী হোলী'
(৩) ডাঃ 'রামকুমার বর্মাগী একাঙ্কী খরা'
(৪) কহানী কিরণ (মঙাল নাইর বাবী)
(৫) গিরিশ কারনাডকী (য়ায়াতি)
(৬) লৈরাং অনি

ISBN·- 978-93-81800-32-4 Price: Rs. 130/-
Special Hard Binding Price: Rs. 160/-